# অকুপ্পা শৈই

**A HIT STORY FOR - LOVE CREMINAL & REVENGE**





অইবা ঃ

*এমঃ কেঃ অজমির*



কংলৈপাক লোইনবাশিংগোন থপূবনা মরূপ (কথব), ইম্ফাল।

# অচুম্বা লৈই

**(A HIT STORY FOR LOVE AND REVENGE)**




অইবা :—

এমঃ কেঃ অজ্মির



কংলৈপাক লোইনশিল্লোন্ অপুম্বা মরুপ (কলম)

ইম্ফাল

**Writer :-** M.K. Ajmir
Lilong Bazar, M.U. Middle School Road

**Publisher :** M.M. Raj Khan
Member for KLAM

**Cover design :-** Zumma Khan
A/T. M.U. English School

Copy : 500



Rs. 40/-

**Printed at : M.I. Press, Lilong Masjid Road**

# "অহৈবগী ৱারোল

পুন্সিগী অহাৱা খুদোল "অচুম্বা লৈই" কৌবা নোভেল অসি ইং -শোক ২০০২, জুলাইথাগী তাং ৮ মিংথৌকাবা ঝুমিংকী মীচিক মীরাওখোল তাত্রবা অহিং অমদগী অহাৱা ওইনা হৈবা হৌজখি। কনাবুম্ব ঙাইখীরমদুনা মতম্নগী খোঙচৎনা সেপ্পনা অচুম্বক চৎখি। লোইননা Script অসিসু থা অমুথকী মন্নুংদা লোইশিন্নখিবনি।

ফোঙ্কুপ লাক্ষগী মেথমদা থোইনা থাথম-লুপচকবদি অচৌদে, ইন্নমদম অসিদা ইচন-ইচেশিংগী পুন্সি লৈবীদা অচুম্বনীক্তক থৌনা থজিক হৈনা ঙমগনব থল্লকখদবনি। থারী পন্নৌং অসুম কথকরক্তপাদা করিগুম্বা মতাংদা কনাগুম্বা মত্রগা কনাগুম্বী অন্নগী পুন্সি ৱারীগা চানকনা য়াওরররদি মন্নুং থায়দা অইখনা লৌরোই। ৱারী অসি অহৈবগী তোঙাম্বা থাথমি, কনাগুম্বা অমত্তগী পুন্সি-ৱারীগা মরী লৈনৱদে।

অহৈবগী অহাৱা ওইথিবদা নত্তনা শুপ্পগী নুমিং ২০ নি থকী মন্নুংদা মঙ্গা লোইখবা হোৎনবদা প্রিন্টীং মিস্টেক থরদি য়াওখিরমা য়াম্না মশিংগীদমক্তা পাথীরিবাশিংনা তাকপীদু। মতুংদা হেন্না ফগৎহন্নবগীদমক তাকপীরকপা পুন্নক হন্নাওনা লৌজগনি॥

লাইরিক অসি পুথোরকপা হোৎনবদা তেংবাংবীরকপা মকপশিংদি :-

1. Bm. Mujibur Rahman
2. Pm. Sikander Ali
3. Kh. Sajina
4. Kh. Riyajuddin
5. Mm. Ayajuddin
6. Pm. Anjana

Written by :-

Mk. Ajmir
Lilong Bazar
M. U. English School Road

# 'ৱারোল অমতং'

'অচুম্বা লৈই' কৌবা লাইরিক অসিবু লুংশিজরবা ইনাও ইবুঙো এম: এম: য়াজনা 'কলম' গী লুপলোই অমা ওইনা 'কলম' গী লোই-শিল্লোন ললগৈদা মচল অমা ওইনা পল্লেং লেংলকপদা য়াওহল্লিরকই কোঙবীনবা অকোঙ মীগী ইকণ্ড থোকলিবা লমদমসিদা 'কলম' গী লুপ লোই ওইনা অইবশিংস্তু পুক্রিং থোগৎপীহুনা 'অচুম্বা লৈই' গী অইবা অজমিল্লবু মাগী পুক্রিং লৈকোলগী লৈহাওদগী চোংলকপা লৈপালবু মথোঙ শেল্লকপদা অভাবা অউবা অয়েংবশিংনস্তু থল্লাই হকচাং য়াওনা থৌগৎপিরক্কনি নিংলৈ।

ওলিদি মঙাও থিগ্রবা অঙাঙনা চাউরক্লবা মতমদদি মাইকৈ খুদিং উরক্লুনা মপুং ফারকপা ঙাক্কনি। নহাগী পুন্সি হিদেলদি নগাগী থোইদাজবা ঈদেলদা হোম্বহুনতা শাল্লজনিংই। হেক থিংলুবা ঈরোলম্লুংদহুম চোংথখিল্লোই তম্বা ঙমদে। ঈনথৎলকপগী কল্লবা ময়াইনা কংলৈপোকপী ইমাগী থোইদাজবা হৈ-লৈ হেকমিল্লহুনা নোংমদি থবাক ফল্লা লেপমিল্লরগদবা মীকুপত্তু অইবগী মতমদা কলম গী লুপলোই মরুপ-মপীজশিংনা ঙাইরিবনি.।

চৎকদবা লম্বী তাম্না উব্রি। মথং খোঙচৎকৗদমক শেগ-মাইগা শেম শামিল্লরসি। লাইরিকী মহাওদি থ্বাই তরাগীনি।

"ঐখোয় লোইনশিল্লোই খোরজিরোঙ্গ অই-লাণ্মীনি"

'কলম' গীদমক য়াইতোঙবগী শিন্থাদা

চৈচৎ ৭।২।২০০৪ : মলিয়া-৩৪০০ কৈল, সনাহোঙমা মঙাঙ

# ১

নুমিৎ অছু ইংশোক ২০০২ জুলাই থাগী ডাং নিপাল নিংথৌকাবা মুখিৎনি। বজার অছু মীনা কক কুক পুষ্টিনবমথৈ চৌরি, লম্বি শরক অহু গাড়ি মচা অমদি অচৌবা কয়ানা খুরক ছাঙবা লৈতে, লাকফম পুনকমনি সহর অতু পুম্নমক মাগী মাগী মথৌদা পুক্লিং চঙলৈ। সহর অছুগী অয়াংবা বিলডিংশিংনা অচিয়া থেম্না য়াংলি শেল পায়বা টনাক খুনশিংগী মফমনি, অরাং অনিল ময়ক অছুদা রোসন্দু মহাকী গাড়ি ডান অতু পাকিংদা মফম চানা থম্লগা চৎথোকখি, অমরোমদা য়াংলবা বিলডিং অছুগী মনুংদ' নহা অনিথক্লা শক্তি লৈরবা বোম অমা ফিট তৌনবা কয়া হোৎনরি, ঙাইহাকী মতুংদা লোইরহনা

— "ও কে" নহা অমনা

— "ক্যাক ক্যাক" অতোপ্পা অমনা

অছুদগী মশক খঙদবা নহা অনি অছু খুৎলৈ থুনা চেনথোক্লকই, 'কথোয়না বিলডিঙ অছুগী মপাল হেক যোথোক্লকপগা অহৌবা মথোল মৈথু ১দি মৈবুলশিংগা লোইননা পোকথাইরকখিবা বোম অছুগী শক্তিনা অকিবগী শকলম লৌরকখি। অকিবা কংলবা মৈথু অমদি মৈবুলশিংগা

লোয়ননা বাংলবা বিলত্তিং অচু উফুল তানা থুগাইজনা কিন্নবা হৌরকই। মাচং-মচেং ফক্তুনা লংথোক্লকখিবা অতেক অকায় কয়া অমম্ মনাক নকপা অমদি অথাপ্র। মফম ফাওবদা তারক্লি মলেম লৈমাই ফাওবা থক-থক নিকহন্না ভমখিবা মীৎনা কুপ্পগী মঙ্গংদা থেংকাখিবা মীপায়নিংঙাই ওইরবা, থদ প্রতাপবুব থোকোক অতুদা সহর অতুদা তিন্নবা মীয়াম পুন্নাক যাইকৈ শলায় খণ্ডদনা চেন্নরকই, তুহো ববা তাহৌম্বিবা কনা কনানো? ইচারা মীচারা হম্মা য়েংনবমদে। মশাক খণ্ডদবা নহা অনিতু মীরক খায়দনা চেল্লক্রগ। মনাক অতুবাইদা লৈবন্না ভান অমদা নাম্বোকাখিনবা হোৎনরকই। মখোয়গী গাডি অতুনা থোবা হৌরকপদা তুংদগী পুলিস কমান্দো থননা তাম্ন-তাম্নরগা নো মৈ কাপশিল্লি। শকথণ্ডদবশিং অতুনস্ত হন্দুনা নোংমৈ কাপদ্দকপা নাকল অনিগী ক্রোস ফয়ার মরক্তুনা মীয়াম অচু উপ্রোক্লা উপতুনা থাওনরমই।

মতম অতুদা ইনথংলকপী ম্নুপি মচা অমথক্তি বাল অমগী মথাদা ইপণ্ড পঙনা লেপ্লগা মচাক কপতুনা তৌফম থংদন? লৈবন্থু রোসননা উরকই। ফিভম তাদ্রবা ম্নুপী অতুগী মতৌদুদা শিবা তারে থন্দুনা পাকথরগা রোসনতু হাৎচিনখি অতুগা ম্নুপা মচা অমা ওইবগী য়াম্না থাগৎনিঙাই ওইবা মওং অমদা মহাকী হৈজবা পুম্নমক পুথোক্তুনা পাকথরগা মহাক্লা মশা অচু শিংলগা মথোঙনা লেপালবা ম্নুপি অতুগী মথোওদা কৈনা হায়খিবা অতুনা ম্নুপী অচু তুথরকই মতম অতুদা ফিভম শেমদুনা লৈরবা রোসননা মহাকপু শোকহন্দনা ওক্লগা পুম্না ওন ওন্দুনা চৎলম্মই অতুগা মনাক অতুবাইদা লৈবা অকুৎপা দ্রেন অমদা তাশিনমিন্নরে। অনিতু ভাইহক্কী মতুদা থাওতুনা লৈবা তাথি। মশাক খণ্ডদবা নহা অনিতু নাম্বোকগ্রবা ভাইহক্কী মতুংদা মফম অতুদা অহেন্না সেক্যুতি ফোর্স শিং অমদি রেসক্যু রাকরশিং থোইরেন মশা প্যাইবগুম পাইশিন্নরক্লে। মখোয়না মথোদ পুক্লিং চংই, অতুগা ফয়ার ব্রিগেডনা মৈ কম্বগী থবক চৎথরমই। মতৌ অতুদা মীপায় চাওবী থম্মোয় শোম্বদো হিক-হিক কপলমই।

— "রাগম্ন, লাকও"

অসি হায়হুনা রোসননা মুপী অহুগী মথুং শমহুনা পুথোক্লকই মফম-হুদগী। মীয়াম পুম্নমকম্ন অমুক চেন্নবা লাওনবা হৌরকলমই। রোসন্না মহাক্কী গাড়ি অহুদা মুপী অহুবু পুহুন্না য়াম্না থুনা মফম অহু থাদো-ক্লমদে। অতেক অকায় কয়ান্না পুমচায় চায়ন্নবা মফম অহুদা অমদি লন্থি সরক কাওবদা মতং-মতং তংলবা ঈতনা লুপ্পবা মীওইবগী হক-চাং কয়া তা-তাহুনা লৈহৌন্নি, অশিব মচাবু কোন্দুনা মমা ওইবী কয়ানা ক্তেংথাহৌই, ঈথেঙলক্কা তাহুনা লৈরিবা গরায় য়াওপ্রবা মমা কয়াগী মনাক্তা পিক্লীবী ঙান তান্ত্রিবা মচাশিংহুনা মমাবু কৌহুনা কপহৌই, অশোকপা কয়া অমনা শিঙম নাওমদনা — "অয়ো" নাহেহুনা চৈনা থাওহৌই। লেপ্তুনা চেল্লিবা গাড়ি অহুগী খোঙজেলগী মরক থংনা মুপিহুনা হায়রকই

— "গারি থাম্লো ?"

— "নংগী য়ুম য়ৌরব্রা ?" রোসননা

— "হোয় !"

রোসননা গারিহু থামহং, মুপী অহুনা হায়ফেৎ চেপ্লগা মীৎচানা য়েংলকই

— "মিং করি কৌবগে ?" রোসননা

থুমমদনা গারিদগী কুমথগ্লগা মুপিহুনা হায়রকই

— "ঐগী মিং 'রনজিনা"

# ২

ত্রোইংক্লমদা ফমদুনা ভাচৌদো খবর অমা য়াম্না পুক্নিং চঙনা পাংনা লৈরিবৈঙে বেগমনা কোফি গ্লাস অমা পুদুনা চঙলকই টেবল মংক্তা কোফিদু থম্লগা ভাচৌদা হংলকই

— ওফিস চংলোইদব্রো ?

— চংকদবনি !

মমিংতু খবরদগী লৈথোক্লকপদি নক্তে ভাচৌদু

— থেংন্নিব্রা হৌজিকপু ?

— হায়, থেঙলেদনা মতমশে !

মরী য়েংলুরগা ভাচৌনা হায়রকখি অদুদগী খবর অদু থমল্লগা কোফিদু লৌদুনা তহা-তহানা থকচিল্লি

— ইশাগী ওইবা ইথৌ কাওথোকপমথৈ খবরদা অসুম থবাম্ন য়াওশিনদুনা লৈবসে ঐদি পামজদে কো !

ফুক হৌগৎলগা চৎনবা থৌরাং তৌরদুনা ভাচৌনা হায়রকই

— খবর অসিসু পাদবা য়াদবনিনে, মসিনা পৃথিবী কাচিন কোম্না শীন্নথুংনা কদায়দা করি থোক্লি, করি তৌরি হায়বা খঙহল্লিবনি নঙসু পানিংব্রো ? পারোনে-শে

— পাজনিংদে

— নোকমি নোকমি য়েংলগা ভাচৌনা

— করিগীনো, নংগী অদুবু ঐঙোন্দা য়ারৌরিবা হ'ম্নহুরো ?

— হুম, ফাগীকা তৌবিরকুদা !

— ফজবে, নভনা পাল্লরোই হায়রবনিনা থমজ্ঞাকো ! অসি হায়দুনা তাচৌনা থবর অমু থমখি তানজা অসিদা রোসন চঙলকই ।
অদুগা হায়বকই

— তাচৌ ? পৈশা লুপা চাম্মাথক্তা পীযুবা !
"করি তৌনভাইনো ?" তাচৌনা

— "গাড়ি থাও হাল্লভাইনি !" রোসননা

— নংগীদুবু য়াম্না থুনা থাও কংলিবা অদুবু কমদোৌবা জাংনো ?
তাচৌনা হংলকখি !

— "কদায় চংকদৌরিবনো রোসন ?" বেগমনা

— কৈন্থু চংলোয়দা !

— অদুদি পৈশা অসি লৌরম্নসে, চংলোইদব ওইরদি গাড়িদু থাও হানদ্রবস্থ য়ারনি ?
তাচৌনা হায়বকখি, রোসননা নোক্লগা হায়রকই

— মত্থুমক্তি য়ারোইদ, ফাগী বাহৈ হায়বহনি

— শে লৌবোসে ! মতম অসি থেংলে, ঐ চংলগে ?

চাম্মা চংপি নোট অমা লৌথোক্তুনা পীরম্নগা সুইট কেস অদু পাইদুনা তাচৌদু থোকখ্রে । তানজাসিদা লৈনা ঈশৈ অমা ভংলদুনা য়াম্না কেন চঙলকই মদুদা রোসননা হায়রকই

— হায, নঙ ইমুং মন্নুংদা ঈশৈ ভংগন্নু ? হায়দ্রা ঐনা

— "কৈদৌরবগে ঐনা ?" লৈনানা

— "মসি নভগী ঈশৈ শককম প্লেটফোর্ম অদু নত্তে !" রোসন্না

— "মসিবু করি ..... ?" লৈনানা

— "তুমিন্না লৈয় ?"

মরক থংলদুনা বেগমনা হায়খি, রোসন থোক্তুনা চংখি, তুংদা লৈনানা

— ঈশৈ ভংবস্থ য়াদবা অসিবু, ঐ মথা য়াম্না শারকইকো ?

— তুমিন লৈমুনে ইবেম্মা ! নবুংনা হায়রগা থুম্বা হৌনদে !

— শিদবু তুমিন্না লৈখিদরো ? য়াম্না তল্লিবা !

— "মশিদি !" বেগমনা

— ঐনা পামজবা ! শিনকম অসিদা থিংবিনু হায়রেদবা ! অসি হায়দুনা লৈনান শাওরংননা হায়রকখি ।

+ + + +

বসন্তগী ব্রিটনা লাকপদা হৈরাং লৈরাং উপাল রাপাল থিবিকনু অনৌবা য়েনিং হুল্লকই । লৌবুক লমহাং চীংয়া ভময়া পুম্নমক ইশঙদা শঙই ইকদা ফজৈ । অনৌবা য়েন্নিং হুল্লকপদা হরাও মথোয় কারবা পোম্বি চেক্লা কয়ানা অরাংবা উপালশিংদা কাইদোংদুনা মথোয়না সুংশি সুংশিরবা ঈশৈশিং শক্লি । মহৌশাগী লৈকোল খুদিং লৈচু লৈথেল সুরবা শিঙেল লৈরাংশিংনা ফুগাইনা শাংলি. মালংবগী শাহুম্না য়ৈবদা সিঙেল লৈরাংশিংনা হায়না হুমনা খুথেক জগোই শাজরি. লৌবুকশিংদা অশংব কৌনানা লেং-লেং চংদুনা হেন্নসু নিংথিজহল্লি ।

সুমিদাং রাইরম ওইবনা কো রা সুমিংনা নোংচুপ চীংয়া থাংগ্রবদা তময়ানা কোয়া চেলহৌরি শঙবান্নবা অতিয়াদা লুপা মচুগুম্না নিং-থিরবা অঙৌবা লৈচিনগী মপৈনা লশিং মকোনগুম পাইরি । মলেমগা অতিয়াগা শন্নস্রিবা অথাপ্পা মকমদা লোইবা চিংশাংনা তুম্বক পরেং লেপ্পি । মালংবা মাগী শাহুমগী ভাম্থাদা ইথক হৌরবা ইপাকথক্কী লাইজনা লুপানা তম্ফা থিম্বগুম তনিক-তনিক্লি. লিরি হুম্বা মলয়াগী সুংশিংনা লৈকোল কয়াগী লৈনম পুহুম্না মলেম থুংনা য়েন্নরি. লৈরাং-শিংগী লৈনম তাবদা থোইমু ওইবশিংনা শিঙেল থোজল লিরদুনা ঙংনা-ঙংনা পাইরকই ।

গাড়ি মচা অমা থোরদুনা লাক্লিবা য়োসনদু রনজিনাবু হেক উবদা মনাক্তা থৌজিন্নগা থামই. গারিদগী কুমথরগা য়োসননা

— "রনজিনা ."

— "হৈমা ! কদোমদগীনো ?"

— ঐ নংগী নাক্তা লাকলিবনি ?

— করি থরকী ?

— থবক লৈতে

— অহুদি ?

— ঐনা নঙোন্দা হংগদবা অমদি লৈ

— করি হংগদৌবা ?

— হায়রু নঙ, অশেংবা পাউথুম পীগদ্রা ?

— হোয়, হংলো !

— নঙ, ঐবু মুংশিত্রা ?

— হৈমা ! ৱাহং অহুদি ...... !

রনজিনা লৈথোক্লগা নোক্কনা থাওই, রোসননা হায়রকই

— ৱাহং অসি হংগে থজননা নংগী নাক্তা লাক্লিবনি।

— অস, ঐবু ঙসি অসিদা তৌরিবা অসিবু করিনোনে ? হায় নঙগী অদো ওন্নরমগনিংকো

— ওন্নদে, ঐগী থম্মোয়না নঙবুদি য়াম্না মুংশি হৌজিক দরকার ওইরিবা অসে নঙগী পাউথুম অহুনি

— ও, চপ চানা হেক্লিনলকএনে ?

— অশেংবনি

ডাইহাক থল্লুরগা লৈশিল্লক্কনা রনজিনানা হায়রকই

— অহুদি য়াম্না লুইয়ে

— লুরোই, নংগী থম্মোয়গী অনিংবদো হেক্তা হায়রু ?

— নংগী অহুদি ডাইরেক কোইসননিনে ?

— হোয় মানি, মহুমক্তি

— করিগী৲া নঙনা মহু হংলিববু ?

— ঐনা নংবু তশেংনা মুংশিজবা অহুননি

— করম্না ?

— ইবানি অহান্বা ওইনা থেংনখিবা মুমিৎ অদো মচুদগী ঐনা নঙবু মুংশিজখিবনি

— "ও-ওইরম্বা মাই!" খন্থরকপগুম তৌই

— অত্থুদি নঙ? হায়রোদন

— "অদোমগী মীংবু……?" রনজিনানা হংলকই

— বোসন!

মমিৎ উইশিল্লগা তপ্পা শোলকই রনজিনানা

— রোসন

— "মথা তাখরকউ!" রোসননা

— "আই লভ যু" তপ্পা

— ফরে, প.উঁথম ফংলবনিনা হুজিক ঐ চৎলগে

অসি হায়রগনা রোসন গাডীদুদা তোংখত্তুনা থোত্তনা চৎখি, হুজিক-খক্তদা রনজিনাদো তাব তারকই. তিম্বং লেপ্লগা যেংদুনা লৈরোই।



মুংশিবা নংসে অঙকপনি, মীংকুপ খুদিং থোঙখাং খুদিং তত্তুনা নীংশিংহল্লি মাবু। খঙ্না রাখল খুদিংমু মহাক্কগী ওইনা তৌই. খল্লি রাখলমু মওং মওং লেপ্পা নাইদবা পুক্নি.না. অঙকপনি মুংশিবা নঙসে মথল মথেলনি। মুমিৎ অদো রোসনদু মহাকী কাদী ফমদুনা রন-জিনাগী ফোটো থমা পায়দুনা য়েংলগা অসুম নৈরিঙৈ মতৈমা বেগম চঙলকই রোসনগী মতৌদু তুমিন্না ভাইহক য়েংলম্লগা

— রোসন ?

— হাও ইতৈমা !

রোসন ৱাখলদা উংলম্বদগী খঙহনা ফুক হৌগৎলি৹ ফোটো অহু থুনা লোৎশিনখি

— কনাগী ফোটোনো ?

— নত্তে লৈতে, ফোটো নত্ত

— হুজিক নংনা পায়রম্বহুদি ?

— ঐ করিম্ভু পায়দেনা !

— ঙমইদা, ঐনা উহৌরবা অসিমক্তা

অসি হায়রহুনা বেগমনা চঙশিন্দনা খিদোক্লগা ফোটোহু পুখোক্লকই।

— অস, লোয়রেদনা রোসননা

ফোটোহু ভাইহুক য়েংলুরগা বেগমনা হংলকই

— মসি কনাগী ফোটোনো ?

— হিরোইন৹ সিনিমাগী

— হিরোইন অসি কনানো ? হায়য়ু

— "মহু ঐ মমিংদি খংজদ্রে" লোকমি-নোকমি তৌরহুনা

— অশেংবা হায়য়ু মচিন থিগম্ভু ?

— অশেংবা অহুমক হায়রবনি ইতৈমা

— খঙদ্রবদি মসি শেগাইবা তা.র ?

বেগমনা ফোটোহু শেগায়গে তৌরকপদা রোসননা মখুত্তগী মুল্লি

— নত্তে নত্তে ইতৈমা ! মহুদদি তৌবিগম্ব

— হুম ! ঐ ভাব ত্তাইকো

বেগমমা নোকফেৎ তৌরগা হায়রকখি

— অস ! ইতৈমানা লান্না হেক্তা খল্লি

— হোয়-হোয় করে

অসি হায়রয়গা অমুক মথা তারমদনা বেগম থোকদ্রে

— শোয়রমনিকো মুংশিবী।

অসি হায়রদুনা কোটাদু য়েংলগা রোসননা মদোমতা শোল্লকই।

\+ + + +

অমজাদ মমিৎ মনা উইশিল্লদুনা হায়রং তুরং চঙলকই, মদু উবদা মচন মুপি লৈনানা পাখংনা

— হায়, নঙ ! নঙ কৈদৌরে ?

অমজাদনা চৈরকখি, মশাদু তুশিনগে তৌই লৈনানা পায়দুনা সোকাদা কমথহল্লি

— কৈদৌরগে হায়বনি নঙবু ?

— হায়, নঙ কনানো ?

মমিৎ উইশিন্দনা মরোল কায়রগা হংলকখি

— ইশ ! মসিদি রাখল চোইরেনা, নত্তে নঙবু য়ু ডাওরব্রো ?

অদুদগী মহাক হৌনা হৌনা নোকখবা হৌরক্লে, তানজা অসিদা রোসনদু চেনশিল্লকই

— "কৈদৌরে, নঙ কৈদৌরে ?" রোসননা

— মসি ডাওরেনে

মকোক পায়মদুনা লৈনানা হায়রকখি, ডাইহক য়েংলল্লগা রোসননা

— হায় মসিদি ভুং ওরুবনি

— "কন্নি ভুং ?" পাখংলদুনা লৈনানা

— "হোয় কমদৌনি ?" রোসননা

অমজাদ লায়নাদু হেনজিনবা শারকই, রোসননা ফি অমনা হুমাই হুমই, তৌকম থঙত্রবী লৈনানা

— করিনো মসিনা তৌরিবা অসিবু ?

— " লৈনা ? " রোসননা

— 'হা !' লৈনানা

— " ইতৈমা কৌরকউ, য়ান্না থুরো ." রোসননা

— ইনন্মা ! ইনন্মা !

লৈনানা মনন্মা বেগম কৌরহুনা থুনা চেনখিরমই। ভাইহকী মতুংদা লৈনানা ঈশিং জগ অচৌবা অমা পুরহুনা বেগমগা পুন্না থোক্লকই ফিত্তমহু উবদা বেগমনা

— কৈদৌরে ?

— ইতৈমা ! মসি ভুং ওক্লরে

তুমাই কল্লা হুয্যহুনা রোসননা হায়রকখি

— " ভুং ! "    ওক্লহুনা বেগমনা

" হোয় ইনন্মা ! "    লৈনানা

ভাইহক য়েংলুরগা খাজত্রহুনা বেগমনা

— খাজখিত্রেদা

অসি হায়রহুনা লৈনানদগী ঈশিং জগ অহু লৌহুনা বেগমনা পুন্না শোং হেক অমজাদতা হৈজিল্লি

— হা-ইতৈমা !

অমজাদ ভপাইদগী তৌশিন্নরম্বহু খংহুনা হৌগংলকখি

— !"তৌখিদ্রো ?"    বেগমনা

অমজাদনা মখুং লোমরহুনা

— "তৌররোয়, লাজরে-লাজরে"

ময়াম পুন্না নোকই, লৈনানা মমিং অনিহু লাওখংলগা

— কগী ওইরিবোইরে ?

— নভনা অভাং শারিবনা কন্নিশী ?

অসি হায়হুনা রোসন্দু বেগমনা তারখি, রোসন নোকহুনা চেংহোকখি

— ফাগীবু মতাং চাদনা তৌব্রো, তৌখিদ্রো ?

অসি হায়হুনা মচন লৈনানা অমজাদতা খুহুম্না থারকখি

— অয়ো য়োংয়ো    অমজাদনা

মথওগী মীকুপ্তা ঘরীদা য়েংলুরগা লৈনানা

— "হশ ! হা।" করিওম্বা মআ নিশিংলপদোৌনা

— "করিনো, কৈদৌরে ?" অমজাদনা

— ঐদি ফাওইদনা, ইশৈ প্রোগ্রাম চৎকদবনি; সিদি খেঙলেদনা

— কৈদৌনি অদুদি ?

— নঙনা ফাগী তৌরিঙৈ থেংলিনিসে

— করিনো ঐঙোন্দা তাইনরক্লব্রো ?

— তাইনদ্রি, নঙ গড়িগা ঐবু থুনা থিল্লব্রাও

— ও-অদুদা তারেদনা, মতম খেংলে হায়রবনিনা করম তৌনি, করে ঙসিদি ইবুংনা থিম্বিরগে, হয়েংমখৈদি হায়রকনু

— হা ! ঐ ঙসিগী ফঙসন অসি য়াওবা নংলরোইদ্রা হায়রবনি,

— হুজিক্তি হায়রম্ম লাকও, ইবুং থিম্বিরগে

লৈনাহ্নু মবুং অমজাদকা হরাও-হরাও খোকখ্রে।

\+ \+ \+ \+

জগোই ঈশৈগী লমদা খোইদোক হেন্দোক্ল নৌনা মমীং চৎথ-হনক্লিবী লৈনানি। মনা পীক থল্লবা ম্যুজিক হোল অদুগী মচু কয়াগী লাইটশিং কাপ্রহনা খোইদোক্লা নিংথিজনা শেম শারবা ষ্টেজ অদুদা লুপা অমনা খোক্লকুনা লাওখোক্লকই "হুজিক লৈজরে, মীয়াম পুম্নমক্না খোৌরাংনা ঙাইনরিবী মমীং লৈরবা 'মীস লৈনা' অমসুং মহাক্কী পার্টি" লৈনাগী মীং লাওখোক্লকপদা হোর্জ অদুদা তিল্লিবা ভাবক মন্নাম্না লেপ্তনা থবাক খুজিন্নরকই। মথংগী মীংকুপ্তা ইমতিক চারবা ম্যুজিক ইন্সট্রুমেন্ট মরক্তা লৈনা অমসুং মহাক্কী পাটি অদু খোক্লকুনা 'দান্স সোং' হৌরকই

| | |
|---|---|
| লৈনা | হে-হয়রকনু নঙ |
| | হৌরকনু ঐঙোন্দা |
| | নৌজরিবীনি ঐসে |
| পার্টি | নৌজরিবীনি ঐসে |
| লৈনা | নুংশি হায়রিরকনু |
| | খেম্বিরকনু ঐবু |
| | নৌজরিবীনি ঐসে |
| | হে-হায়রকনু নঙ |
| | হৌরকনু ঐঙোন্দা |
| পার্টি | হে-হায়রকনু নঙ |
| | হৌরকনু ঐঙোন্দা |
| লৈনা | মীৎচিকাহু খৎলকনু তাজনিংদে !! |
| | নুংশি রাইহৈকহু হায়বীরকনু তাজনিংদে |
| পার্টি | তাজনিংদে |
| লৈনা | অপাম নুংশিবকা খংজখিরোই |
| | নৌজরিবীনি ঐসে |
| | হে হায়রকনু নঙ |
| পার্টি | হে- হায়রকনু নঙ |
| | হৌরকনু ঐঙোন্দা |
| লৈনা | নুংশিবদি তঙ্গীরনি নঙন্দা |
| | হন্দোক্পিরকান্দদি ঐন্দু |
| পার্টি | ঐবু |
| লৈনা | খঙ্গোয় কায়না, মৈচাক খাঙবা |
| | ঐদি ঙমজরোই |
| | নৌজরিবীনি ঐসে |
| | হে-হায়রকনু নঙ |
| | হৌরকনু ঐঙোন্দা |

| | |
|---|---|
| পাটি | হে-হায়রকনু নও |
| | হৌরকনু ঐঙোন্দা |
| লৈনা | নুংশি হায়বিরকনু |
| | থেম্নীরকনু ঐবু |
| | নৌজরিবীনি ঐসে |
| পাটি | নৌজরিবীনি ঐসে |
| লৈনা | হে-হায়রকনু নও |
| | হৌরকনু ঐঙোন্দা !! |

ঈশৈগী খোরম -চু লোইপ্রহনা খোল্লকপা লম্বীদা মী কত্তবা কুরবাননা লৈনাগী ম: দা চঙশিল্লক্ল্লমা হায়রকই।

— হলো মিস ! অহিং অমগী মমল কয়ানো

মতম অচুদা মহৌশাদগী মীনা লাকচবা অমদি উশিংতবা য়ারক্লবী লৈনানা শাওবনা মম'ংতা ঈ কারচুনা খওহৌদনা খুবাক্না কুরবানগী মমায়দা থারকই।

— "নচলগুম্বীনি খনবা ওমদবা শাগী লমচৎ চৎপা, লমচৎ নাইদবা লুই ? নওগুম্বনা……"

অসি হায়রমুগা লৈনানা মতিন শিংচিল্লমুগা লৈখোক্ল্লনা চংখি। মীয়াম মমাওচুদা ইকাইবনা কুরবান্দো কমিনু তৌবা ওমখিত্রে। খোং নৌবী লৈরাংবু ওইরবনু লৈরাংগী লৈনাদা তিখও পাল্লি হায়বা, খও-লুদবনা সুপী মচানি খন্না উশিংলুদবনা কুরবান্দো মখুৎ মশা প্রোক-প্রোক থেক্ল্লনা খাওচৌই।

# ৪

নুংশিবা হায়বা অসে লৈরম্লবা ওসিগী মলেম অসি অতোপ্পা হিংশাম্না থল্লবা ফিভম অমদা ওইরম্মি য়াই। নুংশিবগী মরি অসিনা ভিবা পাম্বা থুদিংমকপু অমত্তা ওইবা পুন্দুনা থমই, মতাং অসিদা পিকপ্লবা তুমিং কাও ফাওবস্থ নুংশিবগী থম্মোয় পাল্লমগনি নুংশিবা মশক থংলমগনি। নুংশিবা হায়বসি মীৎনা উবা ফংদে, পায়বা য়াদে, মনম লৈতে, মহাও লৈতে, মচু লৈবা পোৎশক অমত্থ নত্তে। থোইদোক হেন্দোকনা মগুন লৈরবা নুংশিবা মহাক্তী থম্মোয়নুংদগী মপ্লোমদোম হৌজরকপা শকউদবা ইথিল অমনি।

এস.পী, তোম্বগী মচাম্নুপি রোহিদাবু নুংশিজকবদগী অমজাদনা ঙাওজরক্লি। মতম অসি ফনদি কুইরক্লে ফগী ফগীদগী অচুম্বা ওইরকই চম্লথক থল্লম্বদগী ওসিদি থম্মোইদা লাইনিং ওইরক্লে। ওসিদা রোহিদানা কোলেজ লাকপগী লম্বীদা মহাকী ভান অহু থামহুনা অমজাদনা ঙাইজরম্মই, মহাক লাক্লবদা অমজাদনা কৌরুই

— রোহিদা ! নঙ লাক্লেদনা

— "অং !" রোহিদানা শম্না খুমকই

— ঙাইথো-ও

— "করি হায়বগে ?" লেপ্লগা লৈশিল্লক্লনা রোহিদানা

— ঙাইহক পম্মবু য়াররোয়দত্রা ?

— ঐ মতম থেঙলে, হায়গদবহু হেক্তা হায়রো

— ফরে, থেঙলবদি চংলো; নঙনা কলেজ হল্লকপহ ঐ ঙাইরমগে

— হুম, ঙাইবিরমগনু

— করিগী ?

— অমজাদ ! মতম থরা ইরুানি লাপথোক্লখিসি

— মরমদি ?

— হৌজিক নঙ ! ঐগী ইটিদা অয়েংপা পিবীগনু, ঐ মতম থরা লাইব্রিক তমখিগনি

— নঙগী ইভিদা ঐনা কৈদৌফুংদনু য়েংখিবা লৈত্রি

— অচুবু মশিনা তুংদা কাইরকদবা অদুদি থদবা য়াদবনি

অমজাদনা বায়োম্বা হায়রকই

— য়োহিদা ! নঙগী রাথল অদো ঐঙোন্দগী লাপথোক্লিংবনি নত্রা ?

— হুয় ! মচুমনু থবীগনু

— ঐ থঙই, নঙ এস·পি অমগী মচা মুপি মতিক চারবী অমনি, ঐবুদি নঙনা মতিক চাদে থল্লি নত্রা ?

— নত্তে, রাথল অচুদি ওয়রে

— "নত্রবদি ?"

— মতম্ থরদং লাপথোক্লশি হায়জবত্তনি, তশেঙনা নঙনা ঐবু তুংশিবা ওইরবদি ঐনা হায়বা অসিদা নঙনা য়াবিকমনু থোকপনি

— য়োহিদা ! নঙনদু ঐবু থম্বীবা ওইরবদি ঐনা হায়বা অসিমু নঙনা য়াকম থোকপনি

— য়াগনি

— অদুদি ?

— হৌজিক নত্তে, মচু মতম থরগী তুংদা

— য়োহিদা !

হুং লৈথোক্লগা য়োহিদানা হায়রকই,

— হুয় ! ঐ কোলেজ থোংলবনি, ঐ চংলগে, কোম্না অমুক উনরসি

— করে, কাথংলো গাড়িদা ঐ কোলেজ কাওবা খিঙ্গিয়মগে

— নক্নে, থিজিনপু, মীনা উৎগা কজরেৎরি, ঐ ইদোম খোঙনা অসুম চৎলে

— "ঐগুম্বগা খঙ্খিরবা পন্সিনলোই"

— অদোমদা খল্লগনু, কৌম্না অমুক উনসি, ঐ চৎলে

য়োহিদা লৈথোক্না চৎখি, মহাক্না চৎখিবা মতুংদা অমজাদনা মীৎ কুপ্তুবমৈখ য়েংদুনা লৈহৌরি। তশেংনা অমজাদকী খশ্নোয়না রোহিদাবু সুংশিজখি, অদুবু মহাক্নদি কয়া য়াম্ন অমজাদপু খম্বীরমগদবমো হায়বা অদুমদি খংদে। অমজাদ মচাক্ত গাড়ি ভান মদু খোৎনা লাক্লে, লেপ্পনা চেল্লিরবা গড়িগী খোঙজেল অদুনা মহাকী রাখলবুদু হুমদুনা পুবিবগুম তৌই। অসুম লাকপা লম্বীদা মহাকী গাড়িদু মশক খঙদবা নহা অনিখক্না নোংমৈ উক্না থাম্লকই, গাড়ী অদুনা হেক থাম্বগা শকখঙদবা নহু অনিদু খুৎলৈ থুনা কাখৎলকই অদুগা মখোয়না হায়বা মকম অমা তাম্না গড়িদু খোৎনবা খঙহল্লকই হুজিক অমজাদনা গড়িদু খোৎবা হৌরমই। লেপ্পনা চেল্লক্লিবা গড়ী অদুনা থাপ্লবা মফমগী চীংয়া অমা য়োম্লক্লবদা তুংদা ফম্লিবা নহা অনিদুগী মরক্তগী অমনা হায়রকই

— গাড়ী থাম্বীরো

গাড়িদু থাম্লবদা মহা অনিদু কুমথরে, অদুগা অমনা হায়রকই

— শাওবা য়াদে অদোম হম্বিরো

অদুদগী শকখঙদবা নহা অনিদু মফমদু থাদোক্নি অমুক থুনা চৎখি-রমই। অমজাদসু অমুক পন্থরুবা তৌদনা মহাকী গাড়িদু মমাই লৈরগা য়াম্না থুনা থৌদুনা লাক্লে। লাইবক খিবাদি খরা খোরক্লগা ইঞ্জিন মুত্না গড়ীদু লেপথোকখ্রে, য়েংলুবদা থাও মরিক অমকাওবা য়াওর-মখিদে থাও লোইথোকখিরক্লে। অরাবনি ফিভম অদুদদি অমজাদতো মকোক পায়দুনা খাঙলে

— "ও-ঐগী লাইবক"

ভাইহক খল্লরগা উপায় শৈত্রদুনা অমজাদনা গড়ীদু য়ানা হোৎনদুনা

ইনবা হৌরক্লে, লৌবুক লমহাং ময়াই অদো ইচিক চীকই অংগাপ্রা কনাস্থ উদে, সুমিৎস্থ তাখিজুনা তপ্না-তপ্না মমশিনবা হৌরক্লি।

\+ \+ \+ \+

সুমিৎ অদো অমজাদ খেঙনা হল্লকই, হেক যৌরকপগা মইমা বেগমনা হংলকই

— অমজাদ ! নঙ হল্লক্লব্রা ?

— "হোয়, ইতৈমা !" অমজাদনা

— কুরিগীনো ভসিদ নঙ অসুক কেঙলক্লিবর্ব ? বেগমনা

— ভুসিদি খুদোংথবা অমা নঙলুরে

নিংশা স্বর শাংনা হোন্থরগা মমায়দা কাল্লিবা হুমাঙদু ফি অমনা তৈথোক-তৈথোক্লা অমজাদনা হায়রকখি

— হা, কৈদৌরবা ? বেগমনা

— কৈদৌরবা ? খবর পাঙুনা লৈরম্বা তাচৌনা

রোসনস্থ চঙশিল্লকই, অমজাদনা হায়রকই

— ঐনা গড়িদু -অসুম খৌরগা নাকপদা মশক খংদবা নহা অনিথক্লা নোংমৈ উৎলগা খামলকপনিদা

— "অহুদগী ..." বেগমনা লাংতক্লনা

— অহুদগী ঐনা গাড়ী হেক খাম্নগা নহা অনিদু কাখৎলকলে

— "উম, হয়ুম্" তাচৌনা

— নোংমৈ চীন্দোন্দা ঐবু গড়িদু খৌহল্লগা লাপথরবা মফম অমা তাম্না পুরক্লে, অদুগা মখোয়ত চীংয়া অমদা কুমহৌই, মহুদগী ঐ ইথন্দা হল্লকপদা থরা খৌরক্লগা গড়ীগী থাঙ লোইথোকখ্রেদনা

— ইশ ! কমদৌরে অহুনি ?

বেগমনা পাখংনা হংলকখি, অমজাদন রারি মখা তারকই

— মী লাংগা অমত্তা তাবা মকম নত্তে মুমিৎনু মন্নশিল্লা.ক.
মহৌদগি উপায় লৈত্রবহনা গত্তিদ্রু ইথন্নদা ইন্নগা লাক্লেবন।

— অতোপ্পা গড়ীগা অমত্তা লাক্কবা ?

য়োসননা হংলকখি

— কনা শাংনা য়ানা ইন্নগা লাক্লবা মতুংদা অতোপ্পা গতি অমা
তানজা চানা হেক লাক্লে, ঐনা হায়রজবদগী থাও থরা থায়-
বীরমহুনা ওসি যুম য়োৎরকপনি

— ও কয়া য়ারিগবা নত্তনা, চৎলো পোথানবা তৌরুরো তাচৌনা

হায়রকখি বেগমনা

— অমজাদ ! লাকও লাকও পোথাররো

মতৈমা বেগমগা লোয়ননা চত্তখি, কয়ম্বদগী হৌগৎলন্নগা তাচৌনা

হায়রকখি

— লাসহৌবগী ইন্নাং অসিনা ইংবা চিক্সা শান্তি লৈমা হিংবা
ওমলোইদৌরিদ্রা

— তাচৌ ! মসিদা লাগ্নিব অসি লালহৌবা নত্তে, গভর্ণমন্টনা
লাম্বনি, গভর্ণমন্টকী অচান-মীরাই নাইবা শাসন অসিদা
পেন্দ্রবা কন্নানা ওসি লালহৌবা ওইরকখিবনি

য়োসননা হায়রকখি, তাচৌনা হায়রকই

— অচুম্বা অমা অরানবা অমা অহুবু অমসু অমসু মানা-মানা
তৌবনা চুমলবনি ওাক থন্নবনি, অহুবু মহুনা তোঙাম্বা অমা ওই-
রগা গভর্ণমন্ট অমদি লালহৌবা অনিগী অণ্ডম তান্নবদা ফুড-বোল
ওইরিবা থমথেণ্ডনা য়ান্নিবদি মীচম প্রজা ঐখোয়দনি, নাকস অনিনা
অণ্ডক অথোম তৌনহুনা অণ্ডম তান্নবদা মহুগী চৈনা অহুনা লাক্ল
ত্রবা মীচম প্রজা ঐখোয়ন ফংলি, মালেম অসিগী মকম খুদিং
মাইগৈ খুদিং টেরোরিষ্টকী মৈরিনা তপ্পা তপ্পা চাকথৎলক্লি, মৈরি
আসন মৈরাইরকপদা নোংমদি শোয়দনমকী মালেম অসে থম্ব্র-

ঐন্দ্রিয় হায়বত্থু থোক্লরমি, মতম অদুদনি অচুম্বদু অরাম্বদু ঐস্নুংনডগু মাস্থ পুম্না শিমিন্নবা তাবনি। মীওইবা থুম্নাই অসে শোয়দনা মুৎথ্রগনি তাচৌমা হায়রকখি



য়াম্লবা মীয়াম অদুনা ফেষ্টুন অমসুং ফ্লেগ কার্ড শিং পাইরদুনা অমদি স্লোগান কয়া লাওদুনা অচৌবা 'সভা জত্রা' অমা লাক্লি

— মীচম হাৎপা য়ারোই, গোভর্মেন্টকী ফোর্সশিংনা মীচম হাৎপা লেপউ। মীচম প্রজাগী পুন্সি কল্‌

ওাইহক্কী মতুংদা অচৌবা পুলিস ফোর্সশিং থোমজিল্লক্লুনা মীয়ামগী 'সভা জত্রা' অদু থিংনবা হোৎনরকই, অদুমক্কপু গোভর্মেন্টকী সেক্যুরিটি ফোর্সনা নোংমৈ কাপ্পদা মমাল লৈজবা মীচম থম্না শিথিবা অদুগী পেন্নদ্রবা মীয়াম অদুনা গোভর্মেন্টকী মথক্তা হোৎনক্লিবা ইগৈ অদুনা কনশিল্লকপগা লোয়ননা থোইশাওরম্বা মীয়াম অদুগা মদুবু থিংনবা হোৎনরক্লিবা পুলিস ফোর্সশিং অদুগা হকথেংননা ইন্নবা হৌরক্লে।

নাকল অমরোমদা :—

-- "শার !"

এস. পী. তোপ্পা চৎসক্লুনা সনাবী কংলগা চীফ মীনিষ্টরগী মাঙদা লেপ্লখি, লৈবাক্কী মকোক ওইবা অদুনা তহ্‌া তহানা হংলকই

— এস. পী. ! নও লাক্লেদনা ?

— লাকচরে শার !

— ইরাংগী ফিভম অদু হুজিক করম তৌরি ?

— কোংনবা য়াবা পুন্নমক হোংনজরি অদুবু ইরাং অদু লাকশিবা ওমজি, হেন্না-হেন্না ফিভম লুশিল্লক্লি

— এস. পী. ! প্রজাদি গোভমেন্টকী মথাদা লৈবনি. ইরাং অদু গোভমেন্টকী শক্তিতনা নমথগদবনি

— শার !

— হুজিকমক শক্তি পুন্নমক শিজিন্নদুনা ফিভম অদু লাকশিন্নবা তৌ

ভাইহক থক্ল্লবগা এস. পী.না হায়রকই

— শার ! মথা তানা অশোক-অপন নত্রগ মীশি মীন্না...

— ডোন মাইন. লৈবাক অশিদা হুজিক 'ব্রেক-লো' চংনরি, নথুংভা পায়ন্নিবা থুংলায় অদো ফজনবা অমদি লেন্নবা নত্তে, মদু ইরাং তৌবা শান্তি থুগায়রবশিংগী মথক্তা শিজিন্নবনি

— শার !

— চংলো. হুজিকমক থুদক্তা ইরাং অদু নমথবা তৌক কৈদৌংমত্তু নঙোন্দা শোকহল্লোই. পুন্নমক গোভমেন্ট অসিগী 'দায়ত্ব' নি

— "শার !"

সালামী কংলন্নগা এস. পী. অদু থুনা কা অদুদগী থোকখি

এস. পী. মশামক য়াওনা মশিং য়ান্নবা কোর্সশিংগা লোইননা ইরাং থোক্লিবা মফমদুদা থোইরেন মশা পাইবগম পাইশিন্নরকই, অহেন্না ফোর্সশিং অদুনা মফমদুদা হেক থুংলরবগা এন্নম চথবা হৌরক্লে। মথোয়না মীয়াম অদুবু লীচৈনা ফুথবা হৌরমই অমসুং 'টিয়ার গ্যাস' সেলশিং মশিং থংদনা মীয়াম অদুনা কাপশিন্দুনা তানথায়নবা হোংনরকখি। থোদো অদুদা মীয়াম অদু হেন্না থোইশাওনরবা হায়বদু ওইরে, মথোয়না চেক্তম অমদি মুংদুমশিংনা পুলি-

সশিং অহুদা থাবা হৌরকই, হুজিক্কি ফিভম অহু হেন্না শাথিরবা মঙং অময়োমদা ওন্নক্রি। মীয়ায় অহুগী মরক্তা য়োসন্দু কোয়চেন-চেন্দুনা য়াওরি, চোকথরবা মশাহু হুমাঙনঙ লুপ্লে।

— "কয়ার -- !"

এস. পী. তোম্বনা মথা তাবশিংদা কম্মান্দ তৌখি, থঙনবা মীকুপ্তুদি পুলিস কোর্সশিং অহুনা পায়বা নোংমৈগী মচীনশিংঅহু মীয়াম অহুদা ওনশিল্লকই অমসুং মখোযনা মীয়াম অহুদা কাপশিন্ন হৌরকই। মতম অহুদদি মীয়াম অহু মাইগৈ শন্নাই থঙদনা চেন্নবা হৌরক্রে, নেংশিন্নবা তুশিন্নবদা শোক পন্ন কয়া অহুগা নোংমৈগী গুলীনা পাল্লবা কয়া তুহুনা তাহৌরি। মীয়াম অহু মাইগৈ শন্নায় থঙদনা কায়হুনা চেন্নথ্রবা তাইহক্তা মতুংদদি মফম অহু ইচিক চীকহৌরে, থুন্তাক লানশিবগা চপ মান্নগ্রে মীংনা কুপ্পদা সেক্যুরিটিগী মীওইশিংহু চাইথোক্লর্ক্রি, অশিব অমদি অশোকপা মীওই কয়া লম্বী শন্নকশিংহুদা তা-তাহুনা লৈরি, মথোয়বু কনানংসু লৌথংপিরমদে, অহোয়নহুম শিঙম নাঙমদনা লৈরিবশিং অহুবু মীপুংসি থঙদবশিং অহুনা অমুক নোংমৈনা কাপশি-ন্দুনা হাংতোকপিরমই। অশাইদগী চেন্নকদা মশাহু চোকথরবা য়োসন্দু চেক্তী রাল অমগী মরুমদা তপ্না কমথরকই, অশিবা অমদি ফিভম চাদ্রবা অশোকপা কয়া তা তাহনা লৈহৌরিবা অহু মমিংত শঙ শঙনা উরকই। মী হাংপিগনু মীচম প্রজাগী পুন্সি অমদি থ্বাইবু কয়ায়ু হায়বা অসিবু লাল্লগদ্রা? মীচম প্রজাবু ঙাক্লবনি হ'য়হুনা লৈরিবা গোভমেণ্ট অমদি মথুন্তা থুংলায় পায়বা সেক্যুরিটি ফোর্সনা কয়াবগী মহুত্তা ওনশিন্দনা অশোয়বা প্রজাশিংদা থুংলায় থারি, কয়ায়ু হাটজনবু হন্দনবা হাংতোকপিরে। অসিগুম্বা ফিভম অসিদা থুংলায় পায়জদবা অশোয় প্রজাশিংদি ইথেঙলক্তা তাহৌরিবা মমা-মপা মচীন মনাও শিংগী থরায় য়াওদ্রবা হকচাংবু য়েংহুনা উপায় লৈতনা মকোক্তা মথুং হাপহুনা থাঙহৌবা তারি। অথাপ্পবা সেক্যুরিটি ফোর্সশিংনা লাউড স্পীকর শিজিন্নহুন লাওরিবহু তারকই

— চুঞ্জিক কনাগুম্বা মীওই অমত্তা হায়-রে অসিগী নাকল অনি-
মক্তা মীটর ১০০ গী অকোঁয়বা কাওবদা থোক্লকপা য়ারোই,
মকম অসি মতম কক্তনা কর্ম্বি থরে

য়োসশো খল্লুরগা মথম্মোয় শোক্লা হিক-হিক কপ্পকই।

\+ \+ \+ \+

ঙ্গমিং অহু, পুক্লিং ৱাখল পুম্নমক ইতেক-তেকখৎপগুম তৌই।
মুংশিবী মাতবু উজনিংবনা থোইরাংলবা থম্মোয়দু পুত্থনা লাকখি মহাকী
নাক্তা, মথুংতা গুলাপকী নাচোম অমম্ব পায়দুনা চঙলকই য়োসনদু

— রনজিনা। য়োসননা

হাইকেং লৈথোক্লক্লগা রনজিনানা

— হুম!

— ঙসিদি লৈরাং গুলাপকী নাচোম অসিমত্তং নঙগী শমজিদা
থেৎচগে

অশাংপা গুলাপকী নাচোম অদু পায়রহনা য়োসননা হায়রকখি

— হুম, থেৎপিম্লদা

— কৈদৌবগে ?

— অদুবু, পামজদে

লৈহু অমুক্তং মনম নমলুরগা য়োসননা হায়রকই

— ঐদি মসি য়াম্না পামজৈ

— লৈকোলগী লৈরাংবুদি য়াম্না থোইকাদবীরিনা ! মদুনা হেল্লব্রা ?
মমিং অনিদু য়োসম্মা চেপতক য়েংলগা হায়রকখি রনজিনানা,
ফিভম খজিক-হোংলগা য়োসননা

— ঐগী অপাম্বা অসি-নঙগীসু ওইরমগদ্র খল্লু…নি, মহৌশানা
চুপি ওইবীশিংদি থোং-নৌবী লৈরাংশিংগা পাম্বক্লি হায়রনৈ, মদু
ঐন প্রমান তৌজনিংলু…নি, করি কাম্নরবগে !

— অশেংবগীরো ?

— অশেংবনি, ঐ নঙবুদি য়াম্না মুংশি পুক্সিগী ওইজগে থক্লিবনি
— বাহৈ অত্তুমক ওসিদগী নত্তনা মতম চুপ্পগী ওইহন্নীয়ু
— নহাক্তী ?
— ঐনা করি হায়গদৌরিবা ?
— নঙগীমু থম্মোইদুংগী অনিংবদি লৈরিগনিদনা
— অদোম্না লেপ্পিবগী মথা পোল্লে
— নুংশিবা থসিবু ঐখক্তগীন্নো ?
— "হুম ! মঙ্গদি ঐ হায়খিদে" রনজিমানা
— করেনে অদো, লৈরাং গুলাপ অশিমদি অমুম কঙহুনা মাঙ জগ্রসমুবা ?
— মরান লৈজদবীদো মাঙহন্নীগমু, মহুমু ঐঙোম্বা শিন্নবীন্নো
— ইথুংমক্লা নঙগী শমজিদা……,

অসি হায়হুনা রোসননা রনজিনাগী শমজীদা তপ্পা-তপ্পা থেৎচিন্নীরকই, রনজিনাদো নোকখেৎতমক তৌহুনা লৈ

— "ইমাদো হল্লক্লগনি" রনজিনানা
— কদায় চৎখি ?
— থবক অমা চৎখিবনি
— অহুদি ঐ চৎখিবনা করুগদ্রা ?
— "থঙদে" ঙাইহক থন্নরগা রনজিনানা
— নঙগী ইমা থেংনগদবা ঐ য়াম তক্লি, চৎপ্রগে
— করি মুমিৎ লাক্কদবনো ?
— নঙম্না লাকউ হায়বা মুমিৎ অমদা লাকচগে
— নঙনা লাক্লিংবা মুমিৎতা অহুম লাকপীয়ুনা
— হোয়, নঙগী অপাম্বগী মতুং-ইন্না মহুদা তান্নেদনা ঐ চৎলগে, য়ারব্রো ?
— "হৈমা !" রনজিনানা

অনিমক নোকমিন্নৈ, অমুক পম্বরম্বা তৌদনা য়োসনহু থোক্লকই।

রনজিনাগী পোক্কবী মমা রাম্নিদো। অমুক্তা কাওবা হেক থোংনজনিং-দবনি অহুবু দুমিং অসিদি মহাক্না থোক্লকপগা রানিনা চঙলকপগা মপা চাক্কহনা হেক মাংয়োক্লক্করে

— "কনানো ?"           রানিনা হংলকই

— ঐ...... ঐনি

ইথক থক্না রোসননা খুমথি, রানিনা থোক কল্লপনা

— নঙনি হায়ববুদি ঐসু খঙইনে, নঙ কনানো হংবনি, ভাব তাক্লব্রা পাখঙ !

— ঐগী মীং 'রোসন'

— রোসন .. ?

— হোয ইমা !

অতুদগী ভাইহক য়েংলুরগা রানিনা হংলকই

— য়ুম অসিদা দুপা নহা চঙবা য়াদে হায়বা নঙ, হায়্না খঙদব্রা ?

— অশ !

— মী লৈতবা ভাঙ্গাগকদি খঙলিনে-নব্রা ?

— অশ !

— হায়-দুপা নঙ ! অমুক হুয়্না মতুংদা ঐগী মীং অসিদা উহনগনু, চংলু-থুনা চংথো।

— দুংঙাইরেহে তৌরিশে অওইবা, কৈগা থেংনয়বনা হেম্না ফবা জাংনি

মথোমদা মুকম-মুকম শোল্লহনা রোসনহু থোকপ্লে, অতুদগী ইমুঙদা চঙলক্রগা রানিনা

— রনজিনা, হে রনজিনা !

থুনা মমাগী নাক্তা চঙলক্‌লনা রনজিনানা হংলকই

— করি হায়বগে ইমা ?

— য়ুম অসিদা কনা লাক্লমই ?

খঙদবা শাশিন্নরছুমা রনজিনানা হায়রকই

— কনাহ্ন শাক্লমদেয়ে

— হজিক থোকখিবা অহু কনানো খঙব্রা ?

— খঙজদে ইমা !

— নঙ ! ইবদি উহৌব্রা ?

— উজহৌদে ইমা !

মমানা রাহং কুপথরক্লিবগী মতিক রনজিনাহ্ন হৈ-শিংনা খুম্নমই অহু-দগী য়ানিনা

— খঙবন্থ খঙহৌদবা, উবন্থ উহৌদবা, অহুদি য়ুম অসিদা ক্ষোঙনা হুরাঙ্বা চঙলেদনা

অসি হায়রহুনা য়ানিদো মথা ভারমদনা, থোকখ্রে, রনজিনাদো ভুমিল্লা অস্থম লেপতুনা লৈহৌই।



ঙমিং অহু লৈনাগী মমাম্নবী থম্না শাক্তনা ঈশৈগী প্রোগাম অমা চংনবা মহাকপু হৌরখি।

— লৈনা ! নঙবু চংলরোইদৌরিয়ো ?

মমাম্নবী পোম্বীনা খোয়রাংনা হংলকখি

— কবু চংলোই হায়ব্রা ? লৈনাম।

— অহুদি মতমসে খেংলবনে পোম্বীনা

— লৈনা ! নঙ অসে তঞ্জরেদা

মিনানা পৈরগা হায়রকখি, লৈনাদা

— "হৌজিকপু হৌরম্নগরনে ?"

— "নংবা নংদবা থঙ্গরবনি"        পোম্বীনা

— "অদুদি কমদৌবা ?"        লৈনানা

— নবুং অমজাদপু গাড়ীগা ভাইহক খিনহন্বা য়ারোইদ্রা ?

শামিনানা হায়রকখি, লৈমানা থুনা হায়রকই মহাকসু মচু থল্লহনদৌনা

— হা ! অদুবুদি য়ানিয়ে

— "অদুদি নবুংদা হায়রু-ও চৎলে নঙ থুরো"        পোম্বীনা

— অদুদি নখোয় ভাইহক কম্লমখো-কো

অসি হায়দুনা লৈনাদু থুনা চঙঙগা অমজাদকী নাক্তা লাকই

— ইত্তায় !

— "করি হায়বগে ?"        অমজাদনা

ঈরুজনবা খোয়াং ত্তোদুনা লৈরম্বদুদা লৈনানা হংই

— নঙ ঈরুজগদোইরো ?

— হোয়, করিগীনো ?

— ঈশৈগী প্রোগ্রাম অমা লৈ ওসি, ইমাম্নবীশিংনা এবু হোবা লাক্লে

— অদু কৈদৌরবা ?

— মক্তমসে য়াম্না থেংথ্রবা, ইত্তায়না ভাইহক্কং গাড়ীগা খিন্বিয়ু হায়জগে ত্তৌবনে

— হোয়নে খিন্বীববুদি য়াই অদুদা ---,

— অদুদা কৈদৌরবা ? ?

— নঙগী ঈশৈ নোংমাইগী থবকসে তায়াইনা য়াম্না শাওরবনিকো

— শাওগে শাওজসনু, থেংলবনে এ ইমাম্নবীশিংগী মমাঙদা ইকাইরেবা

লৈনানা ভাইওমদনা হায়রকখি

— হোয়-হোয়, এ ফং-ফং ইরুজয়গা, ফং-ফং ত্তোরগা খিন্বীরগে

— "হোয়, য়াম্না থুরোবা" লৈবাহ্ন মোকই

— হোয়, ঐ থুরগে, ঙাইরয়ো

অসি হায়রুনা অমজাদ বাথ-রুমদা চেনশিল্লকখি। অদুদগী য়াম্না থুনা তহা-তহা তৌরুনা মশাহু ঈরুজখোক্কে। লোয়রম্বনা মফি ময়োলদুস্‌ চেম্না-চেম্না ভফিং ভফিং শেংচিন্নি, খুনবা হোংনখদা মকখ মরাংগা অমত্তা খঙদে। অদুদগী থাও হায়কেং তৈশিল্লগা মশমদো ফাবক হ্যংত্তোকই, মীংশেলগকা য়েংলুত্রে, য়াম্না চেংশিল্লদে খোঙউপ মরীহু হায়কেত্তা ফাজিল্লি। অদুগা থোক্লকপদদি মওং অমা ভাত্রে কৈনোমা বাংলে, মচনশিংদা হায়রকই

— "ঐ যারে, চংলসি" অমজাদনা

ময়ামদো মঙোন্দা য়েংলগা মচীন খুমহুনা পঙনোক্কা নোক্লরকই

— "ইমা! কব্রিনো সিদি?" পোম্বীনা

— "হৈমা! কৈনো তৌরিসিদে?" রিনানা

অসি হায়হুনা মখোয়দু য়েংলগা পঙনোক্ক নোকপহুদা অমজাদতু ভাব ভাদনা লেপ্তুনা লৈ। থুনবা হোংনবহুদা খোঙগ্রাওদো হুকচিম্বা কাও-হৌরমগনি, তৌরিবদো খোঙগ্রাওদি শেংলমত্রে, অদুবু ফুরীং অচো-ম্বহুনা কাবক্তি খুন্নি। ফিভম অদুদা নোকপদা থিংবা হোংনরহুনা লৈনানা হায়রকই

— ইভায়! নঙবু মথাদা য়েংথোও

অমজাদনা মশাদা যেংখজরুবদা ফিভম অদু খঙলক্লবহুদদি

— হা! ঐদি ইজং মাঙলেদনা

অস্নি হায়হুনা অমজাদতু হৌহুনা ইমুংলোমদা চেনশিনখিরমই, ময়া-মহুনা মতৌহুদা শিংথবমথৈ নোক্লুনা থাহনৈ।

\+ \+ \+ \+

মথংগী তুমিং অহু বস-ৎসন অমদা রোহিদানা গাড়ী ডাইহুনা লৈবত্থু অমজাদনা উরম্মই

মনাক্তা চঙশিন্দুনা রোহিদাদা চে অমা পিরদুনা অমজাদনা হায়রকই

— রোহিদা ! লৌশিন্ন

— করিনো মশিবু ?

চে অদু লৌরগা রোহিদানা হংলকখি

— চিঠীনি দুংশিবগী

— মসিনা কৈদৌনদোইবা ?

— মদু ঐগী খম্মোয়গী ব্বারিনি

— "ব্বার ..... ?" রোহিদাদো নোক্লকই

— কৈদৌনা নোক্লিনো ?

— নোক্লিংদদি

— নঙনা ঐবু কয়া খঙ্খোদবা মাল্লি-কো

— করিনো ঐনা কৈদৌরগে ?

— নঙ অসে থাজবা ঙমদে

— ইঃ থাজত্রগা ত্তোকপীয়ুনা

— হুম, ইবানিগী ব্বারি অসি দুংশিনরিবা হায়বা অহুন্না ?

— নঙনা হায়রিবত্থু কৈনো ? উনরি, ব্বারি শাররি, মসিদগী হেন্না অমুক করি তৌশি হায়রিনো ?

— করে, অহু ঐনা নঙোন্দা পিখিব চে মশিং অসি কয়াদি ওরে ?

ডাইহুক লৈরগা রোহিদানা হায়রকই

— মদু......ঐ খঙব্রেদা কয় ওন্নবনো ?

— হুম ! ঐনা নঙোন্দা হংলগা রাহং অদু নঙনা অমুক ঐঙোন্দা হংলক্লবনিনে ?

— হংদদি কৈনো ? খঙব্রবব্

চেশিং অদু নঙ নশা খঙদনা পীখিবা নত্তে, নখুৎতা শিন্নখিবা ডাক্তনি

— চুপ্সি অহুবুদ্ধি, ময়াম নীরককবগুম তৌবনিনে

— চেশিং অহু কদায়দদি থবই ? মহুগী মরোলশিংস ঐঙোন্দা অমত্তা হল্লকখিদে

— ঐ মহু ইনবগী মতম শঙদবনি; অহুননি ঐনা ইঙৌ লোইত্রিবা কাওবদি ঐঙোন্দা য়েৎলকখিগনু হায়রিবদো।

— অহুবু চেশিং অহুদি ?

— মহুশিংহু শেগায়খিত্রা, হন্দোকখিত্রা মাঙখিত্রা কৈনো অহুম তৌঔবনিদ।

— নঙোন্দা বাইচিন্দনবা নঙনা অহুম তৌখ্রে নত্রা ?

— হোয়, অহুনি

— ঐগী চেশিং অহুগী মতিক চাবা মরোল হল্লকউ, নত্রগা পিখিবা চেশিং অহু অমা কাওবা মাঙবা য়ারোই

— "হা !" ঙক্লহনা রোহিদানা

— চেশিং অহু ঐ য়াম্না বানা নঙবু লুংশিজবদগী ইঙ্খিবনি, করিগুম্বা নঙনা লুংশিবা অসিবু অয়েম্বা তাহল্লবদি মহু নঙনা শিংগদবনি, খঙলত্রা ? ঐ চৎলে

অমকাদ অসি হায়রমগা লৈথোক্লুনা চংখি। তুংদা রোহিদানা মথা য়াম্না শাক্কহনা মদোমত্তা তৌকম খঙদনা লেলহোই

— অশঃ! কদোমদগী লুংশিংনোকে মসিগী লুপা অসিনা তৌরক্লিখসিনা ? খোইমু পাইরকপ্রা হায়ববু মসিগী কুরাক অসিদা হজিন-হজিন লুম পায়রকই, ঐনা নিরুবনু নত্রা মাগী চেশিংচু পুখোকপা ঙমত্রবদিকা হায়দনা পম্বার তৌশিন্নমইসিবু ? অঙকপনি, নত্তে মসিবু করম্বা লুপানোনে ? করিমুংগী থেংনজরুবা ঐবু ?

# ৭

থাজবা মরুপ্না অথোইবনি। থম্মোয়গী অচেৎপা ৱারি কয়াম্থু থোইনা অয়োম অথুপ থম্লে। ৱারবদা কপমিন্নবা, ঙ্গুংঙাইরগা, নোকমিন্নবা মরুপ ওইবগী হৌনশানি। পীকশক পীক্লিবৈদগী পুন্সিগী অৱা-ঙ্গুংঙাই কয়াদা শরুক য়ামিন্নদুনতা লাক্লিবা লৈকায় অমত্তদা লৈমিন্নবা রুহিনাগা ওসিদি রনজিনাদো অচিকপন্দুদা থোক্লুনা ঙাইহক ৱারি ৱাতাই শামিন্নরমই।

— "রনজিনা ?"          রুহিনানা

— "হুম ?"          রনজিনানা

— থরায় ইমুং ঙ্গুংঙাইতনা উববু নঙবু করি তৌরবগে ?

— ঐবু থবায় ঙ্গুংঙাইতবা মানব্রো ?

— হোয়, নঙ কৈদৌরবগে ?

— কৈস্থ তৌদেদা।

নোকমি-নোকমি তৌরগা রনজিনানা থুম্লকখি

— নঙ ঐঙোন্দদি লোৎকন্থু, মহাক্কী ৱাথল ওইরিব্রো ?

— হুম ! নঙদি থঙবিজগ্রপোৎনি

অসি হায়দুনা অনিমক নোকই, ঙাইহক নোকলুরগা রুহিনানা অমুক হঙলকই

— নঙগী য়োসন অদুবু কৈদৌনা লাক্লুহগে ?

— অদুম লাকইনা, অদুবু ইমানা থঙখিদনবা হোৎনবা অসিদি অৱাবনি

— নঙগী নয়াইবক্নি, মচাক্কা য়ারোৌখিদনবত্তা হোংনৌ, পেন্দবা কয়া লৈরবস্থু থাঙবদা কল্লু

— মচুতনি ঐগী হিংলিবা পুন্সি অসে

— থুংনরবা মতমচুদা অরাবা পুন্নমক অদো কাওজখিগনি

— হোয়, নুংশিবা মাগকবু থুংনয়বদি..., ঐ করিস্থু খল্লরোই

— "মচুতবু নিংউ, পন্থুংদো" নোক্লপ তৌনা

— অদুবু করিগুম্বা লাইবক্তা তয়মদবা থোক্লবদি ?

— নীংবদা 'নিংউ, থাঙবদা কল্লু, তৌবা তম্বা মপূ অমা লৈরিদনা ঐখোয়না লান্দ্রগা লোয়রে নঙগীস্থু নয়াইবক্তা তম্বা অমা লৈরমগনি

— লাইবক্তা তম্বা অমদি লৈরমগনিদা, অদুবু পাম্লীবদি কায়নবস্থু নত্তে পন্থুং অদুনি

— হোয়, শোইদ্রবনি মচুগীদমক হৌজিক্কগী থোরাং তৌবা হোয়রো

— "ক্লহিনা !" রনজিনানা

অনিমক নোকমিরৈ

+ + + +

ইপানথাগী মতমদা তুরেলগী ঈশিং ইমায়না লেপ্তনা হেঙ্গৎল-কপজুম রনজিনা অমদি রোসন ইঅনিগী নুংশি মরিস্থু লেপ্তনা অনুম অনুম হেঙ্গৎলকখি। মীংকুপ থুদিং থোঙথাং থুদিং খল্লুবা রাথল পুন্নমকস্থু মহাক্তগী ওইমা তৌই। মতম্না অনুম হৌখি, কুইর কুইরগা নুংশিনস্থু হেল্লকই, নকশিনরকই খম্মোয় অনি অমত্তা ওইনা, অমনা অমগী অরা নুংঙাই পুন্সিদা শরুক য়াম্মিরবস্থু হৌরকখি।

নোংমা নুমিৎ অমনি, কমুংগী মচী অমদা মদোম তুমিন্না কমচুনা রনজিনাদো চীন্তা তৌদুনা লৈরি। তবাররী চীগ্বাল অনিস্থু তপংনপশিন্না

য়েংখিবা মীংকমসু হোংবা লৈতে, পুক্নিংদো ইনৌদা নৌই থল্লুবা রাখল খুদিংমকসু মহাক্কী ওইনা তৌই। তাঞা অনিদা য়োং মচা পিঙ্কাউ মখোঙ কাকৈ-কাকৈ থাংলহুনা রনজিনাগী নাক্তা চঙলকই। মরোল খোক্কবা শানি হায়জবতনি ওয়্বাক্লসু নুংশি, মীনহুম শীংই। অরাম্বা মতংদা মচে রনজিনাগী নাক্তা নুংশিননা লৈমিন্নৈ, মহাক্তি রনজিনাগীভা থবী, রাবরা মতমদা পিক্কিনা রনজিনাগী মতেং হেক-হেক পাংবী, রনজিনাগীসু লুনজবদা পিক্কিনি। চঙশিল্লকুনা পিক্কিনা রনজিনাগী ফিজি-কিনা পায়হুনা চিংলম্মি, পিক্কিগী মতৌহুনা চীংনরবা রনজিনাদো হৌগৎতুনা মহাক্কী মতুং ইল্লকই, মহাক্কা রনজিনাবু মপান-লোমদা চিংহুনা পুখোক্লকই অহুগা রোসননা ভাইহুনা লৈরিবা মফম অহুকাওবা পুরকখি।

— "করাম কুইরগে ভাইবীরম্ব ?" রনজিনানা হংলকই

— কুইরে !

ভাইহক তুমিন্না লৈক্লরগা রোসননা হংলকই

— ইবানি মরি লৈনবসিদা নঙবু ইমানা য়াম্না ভাঙবিব্রা ?

— খোইদোকপা হায়দেদা

— মহুনা নঙনা লোৎপা ওইগনি

— লোৎপা নত্তেদা, রোসন !

— হুম !

— নঙ ঐবু থম্মোয় শেংনা থম্বীব্রা ?

-- মহুবু হৌজিক্তা নৌনা হংলিব্রা ? নঙদি...... ?

— ঐগী পুন্সি অসি নঙগীদমক পুল্লপ কৎখোকই

— ঐসু শিরবা ফাওবা নঙগীদমক লেপকনি

— অশেংব্রা রোসন ?

— ঐনা নঙোন্দা হায়জিনগদবা নত্তে, রনজিনা !

— হুম ?

— নুংশিবা অসি কাগী নত্তে, নুংশিবা হায়বা অসি অমনা

অদুবু থাজনবা অহুনি নত্রবে ?

— চুমহি, ঐগী থম্মোয়দি কনানসু থজবীদে,

— ঐনা থজই, ঐগী থম্মোয়বুসু নঙনা থজরিবু

— য়োসন !

— কৈদৌরবা ?

— ঐদি ইমা পোক্তবীবা য়োকপনি, ইমাগী ভগবান কংজদে, থম্মোয়না বাজরিবদি করিগুম্বা উমবা যংহৌদনা হুমিংতা নঙমা ঐবু য়ারোহৌনা চংশিনবদি

— ঐ কনাবুসু য়ারোরোই, ঐগী থম্মোয়সে য়ারোবা হৈজদবনি

হায়রকে নোক্লুরগা য়নজিনানা হায়রকখি

— ওসিমকসু নহাক কুইনা ঙাইরমগনি

— ঙাইগনি, মাজসমু মুংশিবগীদমক্তী, নোংমদি ইবানিসু থুংনগনিদনা ? মতম অমু ফাওবদি বামিন্নথিবা ঙাবনি

— থুংনগদবা মতম অদুবু কয়াম য়াৎলিবগে ?

— য়াহং অহুদি ঐসু নত্তোক্না হংজিংলিবনি

— মদুবু ঐনা লেপকত্রা ?

স্বর শাংনা অমুক্তং হোঙ্গরগা রোসননা হায়রকই

— চুমহি অদুবুদি; অদুবু মতম থরদংদি..,

— কৈদৌরবা ?

— ঙাইমিন্নথিবা য়াদি হায়কবনিদা

— "ফরে, নঙগী অপাম্বনি" ঙাইহক থমুরগা হায়রকই

— য়ারোরব্রা ?

— নত্তেদা য়ারোসে, য়োসন ! ঐ চঙশিগে

— করিগীনো. ইমা ! লৈত্র ?

— "লৈ" য়নজিনানা

— অদুগীরা ?

— অং

— করে অদুদি চঙশো

— থাদৌহ্ন্‌কো

— থাদৌদেদা ঐস্থ চৎলগে

— নোংমা অমুক লাকউ

য়োসম তপ্না-তপ্না খোক্নুনা চৎখি মহাক্না চৎখিবা লম্বীদু য়নজিনানা লেপ্ত্রনা য়েংহৌরি।

ঙুম্মিং অদু য়ুমদা হজিনখিবদা মমা রানিনা খোঙজিন্দা মহাকপু ভাইদুনা লৈরমখি

— "নঙ! কদায় চৎলুই?" মমানা হংলকই

— কৈদস্থ চৎতে ইমা!

— নচীন থীগম্ন নঙনা থাংলিবা খোঙথাং অদু ঐ থঙই চঙশো ইমুংদা।

রানিনা খোনি কয়া ভাংলকখি, য়নজিনাদো মথা তানা করি অমত্তা খুন্নমদনা ইমুংলোমদা চঙশে, মমাহু ভাংল-ভাংলহ মথুং ইন্দুনা চঙখি।

# ৮

জগোই ঈশৈদা থল্লায় য়াওবা লৈনাগী শিনকম অসি হৌর কপঙ্গী কৌমা মাবুং য়োসনদি শুকয়া য়াদবনি লম্বী অসিদা মচন মুপীবু চৎহন্বা মহাক্না ভাশেংনা পামদে অহুবু লৈনাগী শিনকম অসিদা

অমজাদ-ভাচৌ অমসুং মনম্মা বেগমনদি কপ্পি অমত্তা অয়েংপা পীবা লৈতে।

মুমিং অহু ঈশৈগী প্রোগ্রাম অমা চংনবা লৈমাহু থোরাং লৌশিন্নবা হোৎনরি, ভানজা অসিদা মবুত্ত রোসন চঙলকই অহুগা হংলকই

— নঙ! কদায় চংকদৌরিবনো?
— "কৈদহু চংলোই"   লৈনানা শন্না থুম্বকই
— ঐবু রা য়াম্না ভাংহনগনু, নঙ অঙাং নত্রে নশানা অফা-কত্তা থবা ভন্নবনি

ভানজা অসিদা বেগমসু চঙলকই, মহাক্না হংলকই

— কৈদৌরগে?

লৈনা তুমিন্না অহুম লেপ্লনা লৈ, রোসননা

— নঙগী শিনকম অত্ত ঐ পামদে, খুদক্তা জগোই ঈশৈগী থবক থাদোকউ, নশানা নশাবু মীয়ামগী মীৎয়েংফম ওইহনগনু, ঐখোয় ইশ্লাম ধর্ম চৎলিবা জাতিনি, ইস্লাম ধর্মগী রুলশিং অহু ভাক্না চৎপা তাবনি নত্রবদি তুংদা অকবা থক ওইরক্লোই নঙ নশানা বাথল মুন্না থল্লু। ঐবু রা য়াম্না ভাংহনগনু অসি হায়রম্নগা রোসনহু থোকল্লে, তুংদা লৈনানা

— মসিদনিসে ঐনা থম্মোয় অসি প্রোক-প্রোক হেক চাঙ্গল্লিবা অসি
— "হৈ, শাওবা হৌনদেনে নঙবো"   বেগমনা
— কৈদৌনা শাওনিংলোইদৌব্লিনো? চৎলম থোক্লমদাইশিদনে দাওগকা য়াগদৌ মান্দেবা ঐ
— হৈ, হায়নিংবা হায়জসনু, মচন ওইবগী থন্না ভাংজরিবনি, নঙগী চৎকদবহু হুম চৎথো
— ঐনা ভৌবা থবক্তা য়েংলকপা অম্নিনা মলোইরে থোইদৌ শাওগৎপসে, কল্লগীনোমী ঐগী থবক্তা মানা অত্তক য়াম্না য়েংশিনবীরক্লিবা অসে? ঐ য়াম্না ভল্লিবা

— তোক্লো চাম্ববনি নত্তরু,
— হৌজিক 'দান্স ক্লব' তা ময়াম্না ঐবু ভাইহুনা লৈরম্মগনি,
চৎকনিদা ঐ ..

অসি হায়দুনা সাইড বেগ মচাদু মাবশিন্নগা লৈনাদু থোকখি

— মচিন মনাও অনি অসিবু করম তৌগদবনো ? ঐদা থঙজদ্রেদা অদি হায়না বেগবনা মলোমদা লোলহৌই।

\+ \+ \+ \+

তুমিৎ অদু ঈশৈগী থৌরম লোইরগা ম্যুজিক হোলদুগী মনাক নক্কা লৈবা হোটেল অমদা লৈনাদু মমাম্ববী থরগা চা-থক্লুনা ফমিন্নরমই। মতম অদুদা কুম্ববান অমস্তুং মহাক্কী গেং অদুগী মীওই থরস্তু চংলক্লুনা থংনবা মনাক্কী টেবল অদুদা ফম্মখি, মথোম্মনা মু অদুগা চাম্ববশিং লোহ্তনা লাওবা হৌরকই, হৌনা-হৌনা মথোয় মশেন নোক-থনরি অদুদগী লৈনাথোয়বোমদা ওনশিন্নক্লুনা করেম কথাইবথা হৌরকই

— "হল্লো দাজীং গাল" ১
— "কজরেহে নথোয়দি" ২
— "শকহেম্বীথোয় কেথনরিরো" ৩

অসিনা চৌংবা, অদুদগী মুহ পেক অমত্তং অমুক য়োৎথরগা কুম্ববাননা হায়রকই

— অপাম্বা মাম ম্বাওইকো
— পুল্লপ লৈয়ুরো, মমল কয়ানো ?

অকোপ্পা অমনা হায়রকখি, মমাম্ববীশিং অদুদি করিওম্বা অমফাওবা থুম্নদ্রবস্থ হন্দক অমুক্তি তাবা হৈনরকত্রমানে লৈনানা

— হে, তুমিন লৈয়ু

থংনবা মীকুপতা মু লিক্লীদু মথুংনা তাপ পায়রহুনা কুম্ববানদু হৌগৎলকচ, চওশিলক্লগা টেবল মথক্লুদা লিক্লীদু দক থম্মগা লৈনাগী মমাইদা নকশিন্নগা কুম্ববাননা

— নঙ! ঐবু থংব্রা মুপী ?

খুদোংচাবা অসিমদং ঙাথরম্বা কুরবাননা নৌজম্বিবী লৈনাগী মঙক্তা মখুৎ খুৎচাঙ অহুনা পায়শিল্লগা চিংথৎতুনা থমই, স্বর খিংলবী লৈনা "ইক-আব" তৌহনা থাঙই, মতৌতুদা ফম্বাৎ মমাম্ববীশিংছু ফুক-ফুক হৌগৎলে অহুবু উপায়দি লৈতনা য়েংহুনা লৈনৈ। ঙাঙা অসিদা কদো মদগীনো থঙহৌদনা ফং হাইজিল্লকখিবা অমজাদনা মখুৎতু কম্হোক-ঞগা কুরবানবু চিংখোক্লগা ফুগাইরকই, অতোপ্পা কুরবানগী মীশিং অহুম্ব য়াওশিল্লকপুমা অমজাদ মথন্দগা লম্বা তৌনরমই। অহুমকপু অমজাদ খোয়রবা নোপ্পা হায়রবা অহুমক্তী ওইখিদে। হোটেল অহুগী চৌক্রি টেবল অমদি পোৎ চৈ কয়া কায় তোইরকপা অহুদা য়েনেঙর অহুমা য়াল্লা থুনা পুলিসতা কোন তৌখি। ঙাইহক্কী মতুংদা মফম অহুদা পুলিসশিং য়ৌরকপদগী মী ফঙবা কুরবানগী শেং অহু চেম-খিরমই।

+ + + +

হোটেলদা থোকখিবা থোকহল্লিংদবা থৌদোক অহুগী পাও তাররকবা য়োসননা শাওরহুনা-মচন সুপিদা

— নঙ! লমহেন্বীনি, ওক্তবীনি-ওক্তবী!

— "করি? ঐনা অরাম্বা করি তৌরে?" লৈনানা

— ঐনা হায়রিবা অসিনি, নঙ! যুমদগী থোকপা য়ারোই লৈনাম্ব হম্বা লৈখিদে, মবুং মচন অনিদো তশেংনা থৎনবা হায়থহুমক ওইরক্কে

— ঐগী ইরান করি অমত্তা লৈতে, নঙনা খিংকমম্ব থোক্কে

— হে, নঙ! তুমিম্না লৈয়ু

— করিগী তুমিন লৈগনি? ঐ লানদে

— নঙন চৎলিবা লম্বী অহু চুম্লিব্রা, হায়যু, চুম্লিব্রা ?

— ঐগী অপাম্বনি

— মহুনা করি কাৈয় ?

— কাৈয়, ঐঙোন্দা কাম্নবা লৈ

-- মহুনরা থোক্লিবা থোঁদোক অসে ?

— মহু ঐনরা, ঐনা করি লাপ্লি ?

— হে, নঙগী মরমদগীনি

— ওইশঙ, মহুদা ঐ লাক্নে

লৈনাদো কপ্লিং-কপ্লিং তৌরকই, রোসননা শাওনা হায়রকই

— ঐনা হায়রিবা অসিনি নঙ ! জগোই-ইশৈগী থবক খুদক্কুগী তোকদবনি, ওসিদগী নঙ ! য়ুমদগী মপাল শুপথোক-থাকপা য়'রোই

— থোকনি, করিগী তোকদগে ? তোক্লোই, মসিমু ঐগী অপাম্বা শিনকমনি, রাথল থম্বা চম্বা জীবনি ঐমু, মী অমনা মশাগী অপাম্বা লম্বীদা চৎচনবগী রাইট অহু ঐগীমু লৈ, মসিদা কনাগুম্বা অমম্ভনা থিংবগী দরকার লৈতে

— "লৈনা !" রোসননা শাওনা

— ঐগী অপাম্বনি, ইনীং তোগান

অসি হায়রহুনা লৈনাহু ইমুংলোমদা চঙখি, মীকুপ থরাগী মনুংদা পোংৎচৈ থুগায় লংথাইবগী মখোল তারকপদগী রোসনমু চঙশিনখি হাম্নদগী হৌনা শাওবু শাওখ্রবদি মকনথী থম্বা ফত্তবা লৈনাবা অকং-অকংবা ইমুং-মনুংগী পোৎচৈদা ভাইনহুনা থগায় য়েথাইবা হৌরমই, মতোহুদা চঙশিলক্কনা রোসননা মচন মুপীবু থাম্নবা হোৎনরকই

— লৈনা ! নঙ ! মহু তোগমু

— চন্দোকউ নঙ কনানো থঙদে

— লৈনা !

— নবা লোদে, ঐগী ইনিংনি

— লৈনা !

থাম্বদা য়ারক্তবদগী রোসননা মচন মুপী লৈনাহু মমায়দা খুৎপাক্কা শাফু কম্না থাজিনম্রে, হজিক্তী মহাক অ্যান তাম্রে তাম্না অসিদা বেগম চওলকই তৌরম্বিবহুদা মহাক্না হংলকই

— কৈদৌরে, তৌরিবশিবু করিনো?

রোসননা মহাকী অশাওবা পুম্নমক ফুদোক্ন্না ভাংথরকই

— য়েংউ, লমহেম্বী-ওক্তবী-লমচৎ নাইদবী অশিনা তৌরিবনি, 'লগোই-ইশৈ' মীনা খুবাক খুবিরগা হরাওবা মীনা থাগৎপিরগা চৎপা হৈ ঐখোয় ইস্লাম ধর্ম অসিবু থাজদুনা চৎলিবনি, অহুদি ইস্লাম ধর্মগী রুলশিং অহুবুম্ভ ভাক্না চৎকম খোক্তত্রা? ভাইহকী ইরাংদা তাওবা মাপুবু কাওহম্লিংভাই ওইবা হরাও কুমহৈ, লগোই ইশৈ ধর্ম অসিনা য়াদে, তাইবঙ পান্বা অসিদা মীওইবনা পওবা থাগৎপীবদি য়াই অহুবু হেন্না দরকার ওইরিবদি মপুবা য়ান্নবা চৎপা অহুনি; ইতৈমা! মসি নখোয়না শোগৎলগা তৌহন্না নত্রা? ঐ নখোয়গী মরক্তা লৈনিংদ্রে, ঐ ভসিদগী য়ুম অসিদা হজিল্লক্রোই

— রোসন! নঙ কদাইদনো? লাকখো

মতৈমানা হায়বা ভারমদনা রোসন শাওহুনা খোকথি, বেগমনা লৈনাদা ওনশিল্লক্রগা

— লৈন! নঙ নবুংগা করি হায়নরে?

পাওখুম পীরমদনা লৈনাদো কপ্লগা ইমুংলোমদা চেনশিনখি, মহাক্কী কাদা চঙ্গ্রগা ফামুঙদা মমায় উপশিল্লগা হিক হিক কপলুম্বিং কপ্পুনা লৈখ্রে, ভাইহকী মতুংদা বেগমমু চওলকই মচন মুপীগী মতৌহুদা হায়কম খঙদ-া লেপতুনা লৈ।

# ৯

ফুংশিবা নওদি ফুংশিবনি, শকউদবা থম্মোয়-থম্মোয়গী মৈরিনি। ভশেংনা নও অসে অঙাওবনি-অপঙবনি মীৎ তাঙবনি, মসিদি অকি অথও, অশেং-অমাঙ, অকা ফত্তা কন্নিস্থ 'খঙদবনি। মহাক অশে ষাকচীং থাগী অয়ুক্তা নপীথক্তা ভাব। তনীক তনীকপা ফুংবা লিক্লা-গুম্মা নোংখিকৈ, অচুগা মৈগুম্মা তমখিরবা নগুনস্থ [illegible] চেল্লি। নহাকপু অমম্মা হায়নৈ— "Love is Red, Love is sweet, Love is kindly, Love is poision" অসিগুম্বা মগুনশিং অসিনা ফুংশিববু মীওইবনা শোয়ৈ, কীনৈ অমমুং পাম্লিবনি।

ভোয়না উনবা কংদবা ফুংশিবা অহক্তং উনবদদি চহি ১০০গী ফুংশি বারিনি। অয়েৎপা অথিংবা কয়ানা ফুংশি লস্বীদা শরুল কয়া থাহুনস্থু মচুনহুম খোইন-শেন্না ফুংশিব মরিদি চেৎশিন্নহল্লি। লাপ্পরগা ফুংশিবা হেম্বগুম শাওনরগস্থু মহেল্লি, অশেংবা ফুংশিবদি মহৌশানা পুক্লিং বায়েীগল্লি, অমনা-অমবু বায়েীনহুনা ভাইহক শাওনরুরবস্থু মারি অহুনা লোইশিন্নকপদদি কপ্পরিবা ভাক্নী।

শারতকী ব্রিটনা লোইশিল্লকপা নাকেন্থা মানা নকশিঙকপা মতমমতুনি। লৈখোক্তা শাৎচরম্বা লৈরাংশিংনা মালংবগী শাহুমবু থাঙ-হুনা লৈবা ওমজরঞ্জে, মনীং তম্মা শাৎচরম্বা লৈরাংশিং মতম মানা লোইশিল্লক্রহুনা লৈখোক্না তপ্পা-তপ্পা কংশিল্লক্রবদা কায়নরগনি খন্না নোংদম্বা মাগী খোঁশিনবু রায়েীনা পীরাং শিন্থরক্লি। শিঙেল-লৈরাং

শিংগী লৈকাদা কাইদোংঅদুনা মাবুক পেন্না লৈরি চুপরেম্বা খোঈমু কয়াম্ভু রৈশা লাংনররে।

ওসিদি রোসনদো মখরাই ইমুং নুংগাইতবা উই, হায়নখিবা মতমদগী খরা খেওথনা খোল্লকখিবা রনজিনাদা রারৌনা হায়রক:

— ঐবু অসুক কুইনা ওাইহল্লিবনি নত্রা' ?

— "কয়াম কুইনা ওাইরম্মগে ?" রনজিনানা

— পুং কয়াদা হায়নখি ? অদুগা হজিন্না পুং কয়া তাবগে ?

— ঐসু খাদা তৌরিনে

— ঐ খঙই, নঙনা খাওইনা খন্নীদবনি

— রোসন ! অদুম্না খনগদ্রু, খোল্লকতবদি নত্তে ঐসু খোল্লক্লিদনা

— অহেবা লৈবদুনা ঐবুদি করিসু খন্নীরম্মোই

— করিনো নঙনা খল্লিবা অদুবু ?

— খমকম খোকপনি

— রোসন ! নঙনা খঙলিবা অদুনি, ঐ অসি কয়াম নুংঙাইনা হিংলিবা পুল্লিনো ? করিসু নত্তবদা ঐঙোন্দা রারৌকম থিরকসু

— ঐ অসি য়াম্না রারৌকম থিগনত্র ?

রোসননা হংলকখি, খুমদনা ওাইহক খন্নুরগা রনজিনানা

— নঙগীদমক য়ুমদা রাঙাং কয়া তাখি, চৈনা কয়াসু খাঙখি, অদুবু পুন্নমক অদু ঐদি নুংশিবগীনি খল্লি, নঙোন্দা নোংনতসু রারৌবা লৈখিদে, ঐ করি অমত্তসু হায়খিদে

— ঐনা মরম ওইদুনা নঙগী পুল্লিবু য়াম্না রাহল্লে, অসি নত্রা ?

— ঐ মদুমকসু হায়খিদে

— ঐ খঙই, ঐনা নঙগী পুন্নিদা য়াম্না অয়েংপা ওইহল্লবনি, করে ইবানি ওসিদগী লাপথোক্লরসি

— রাহৈ অদুমক নচিন্দা পন্না ওম্নবদি করে, মহুসু নঙগী অপাম্বনি রাহৈ অসি হায়রগা রনজিনাসু তপ্না মাইথোঙ সুকখি

— অয়েংপা লৈত্রবা নঙগী পুন্নি অদো রাই-ফবা ওইরসমু

থাজদনা মমিং অনিদা পীরাং শিন্থরগা অহিক্লরবা খোঞ্জেলদা রনজি-
নানা হায়রকই

— রোসন ! অহুমদি ঐ থনখিবা লৈতবমি

— ঐ চৎলে

অসি হায়রুনা লৈখোক্লনা রোসনদু চৎখি, থাজনিংঙাই ওইরবা মতৌ-
তুদা রনজিমানা মহাকপু খাম্বু ভমজহৌদে। ঙাইহক্কী শাওনবক্তুনা
পুন্সিগী ওইগ্রগত্রা থন্না মপুক্লিং থ্বাজরবি রনজিনানা কৌরকই

— রোসন—... !

লেপ্লহুনা রোসন্দু লৈশিন্নকই। পীরাং থিংবা ভমদনা রনজিনাহু ভশেংনা
কক্লক্লে

চৎখিন্নু-চৎখিন্নু নঙ, থাদোক্লনা ঐবু
শ'ওখিন্নু-শাওখিন্নু নঙ, বারোহুনা ঐবু
ঙাইহক্কী অশাওবক্তুনা, পুন্সিগী ওইরগে থনখিন্নু
চৎখিন্নু-চৎখিন্নু নঙ ! থাদোক্লনা ঐবু
শাওখিন্নু-শাওখিন্নু নঙ, বারোহুনা ঐবু ।।

থরাইনা কপ্তনা লৈহৌরগা, নুংশিবনা নোক্না চৎলগেরা
নুংশিবা অসিবু কায়রবা নুংশিবনি থল্লগেরা ?
থাদোক্লগে থল্লবা, থেম্বীরমখো কপহৌরিবা থরাইসে
চৎখিন্নু চৎখিন্নু নঙ, থাদোক্লনা ঐবু
শাওখিন্নু-শাওখিন্নু নঙ, বারোহুনা ঐবু ।।

ঙাইহক্কী অশাওবক্তুনা পুন্সিগী ওইরগে থনখিন্নু
চাক্লিবনি থম্মোরমুংদা, নুংশিবগী মৈরিনা
লানজদবী থরাইসে কপহবীগে থম্বীনু
চৎখিন্নু চৎখিন্নু নঙ, থাদোক্লনা ঐবু
শাওখিন্নু-শাওখিন্নু মঙ, বারোহুনা ঐবু ।।

লাংচরিখনি শক্তম মুংশিবগী, মখোয়মুংশিদা
মুংশিববু কায়রবা মুংশিবনি খম্বিরু
ঐগী পুম্নিসে নওগীনি খবীয়ু মুংশিবা
চংখিন্নু চংখিন্নু নও, থাদোক্ত্রনা ঐবু
শাওখিন্নু-শাওখিন্নু নও, বারোহনা ঐবু

## ১০

পুলিস কম্যান্দোশিং অহনা লম্বীদা অচং-মওকশিংবু চীংনব শিং খন্দোক্ত্রনা চ্যেক তৌবগী থহক চংথহনা লৈরমই। তাল্লক অসিদা গাড়ী মচা অমদা লাকপা নহা অনিহনা পুলিসশিং অহু উবদা খুদক্তা লম্বী থৈহনা অতোপ্পা অমরোমদা থৌখি

— "মুভ-মুভ-মুভ" কম্যান্দোশিং

পুলিস কম্যান্দোশিং অহনা মখোয়গী গাড়ীগা থুংলৈ থুনা চীংননিংভাই ওইরিবা শকথঙদবা নহা অনি অহুবু তাম্নরকই। ফিভম ফংচিল্লত্রহনা গাড়ী মচাহু হন্দোক্লমগা শকথঙদবা নহা অনিহু য়ুমক ফাওহনা চেন-শিল্লকই, খুদক্তা কম্যান্দোশিং অহনসু মখোয়গী গাড়ীদগী কৌজেংগুম্না কন-কন চোংথনরক্ত্রনা খাইগৈ অনি থোক্লা নহা অনি অহুবু তান-শিম্নরকই। শকথঙদবা নহা অনিহু তাচোগী য়ুম ফাওবদি চেনশিল্লক্র-মগা অমুক ফাওহনা অতোপ্পা লম্বী অমরোমদা চেনখিরমই। তাঙ্গা অসিদা করিসু থঙজর্দনা তাচোদো চম্না ইমুঙলোমদগী থোকচরকই

মতম অদুদা কম্যান্দোশিং শজু য়ৌশিল্লক্লনা মখোয়না তাচৌবু কোয়শিন্লুন থম্লগা নোংমৈ নমদুনা হংলকই

— কৈ- মখোয় অনিদু কনা-কনানো ?

— শার ! এদি করি অমত্তা খঙজদে

— কৈ- নচিন খিগদু, হায়রু অশেংবদু মখোয়দু কনা-কনানো ?

— অশেংবনি শার ! ঐ খঙজদে

— নঙগী শিদা চেনশিল্লক্লবা অনিদু নঙ উহৌদ্রা ?

— ঐদি উজহৌদেনে

তাচৌনা অশেংবা অদুমক হায়জবদুনা মফাকী পাওথুম হোংবা লৈখিদে. অদুবু পো মৈশিংদুগা এক্কন তৌরদুনা কম্যান্দোশিং অদুনা

- অশেংবা হায়ররোইদ্রা, নঙ কাপথৎতুনা হাংলগে ?

— অশেংবনি হায়জরিবা অসিদা থাজবিয়ু

— হায় মসি পুরো .....

পুলিস কম্যান্দোশিং অদুনা নকন - নকন চপ্লগা তাচৌবু পুখোকখ্রে, তাঞ্জা অসিদা লৈনাদু চেন্থোক্লকই, কাওবা-থিদ্বা তৌদুনা তাচৌবু গাড়ীদা হৈনখৎখ্রে. লৈনানা তাচৌবু মখোয়গী মথুক্তগী কলহৌনবা কম্যান্দোশিংদুগা মুক্লরমই

-- করিগীনো ? পুবা য়ারোই, তাচৌবু থাদোক-ও

মতম অসিদা বেগমদু চেন্থোক্লকই. গাড়ী অদু থৌবা হৌরক্লে কপ্পা-কপ্পা লৈনানা তাচৌবু থাদোকপিরম্বা হায়জরদুনা গাড়ীগী মতুংদা য়াম্নরমই, অদুবু মীনুংশি খঙদ্রবা মখোয়দুনা লৈনাগী মকোক্তা নোংমৈগী 'বট' না শুংখিরকখি অদুগা গাড়ীদু থুনা-য়াঙনা থোদুনা চংখিরমই, মপুরোইববু কলহৌনবা গাড়ীদু বেগমনা তাম্লজরমই. শোক্লগা ভুদুনা লৈহৌরিবা মচন হুপিবু কোনখৎকদ্রা ? মপুরোইববু কলহৌনবা হোৎনগদ্রা ? তাইহক্তী বেগমদু 'হুঙ অনিগী মরক্তা-দা' হায়বদু ওইখ্রে. মখোঙ থংবা দম্রবা থাজবগী অশা উরক্রবা অদুদা বেগম হৃদয়া চেল্লক্লুনা মচন হুপি লৈনাবু কোনখৎলখি।

+ + + +

মুমিং মহ্‌ ইমুঙ অহুদি 'থন-প্রলয়' অমা ওইরক্লমগনই। মহৌশা প্রকৃতিগী কজরবা পুন্নমক মাঙগে. ওন্নমক ময়াই চমগে। খোংপা-নৌবা হায়বহ্‌ লৈখিগে, নীংখিরবা কজরবা পুন্নমক ওসিদি অকিবগী শক্তম লৌরক্লি। টকরবা পোংশক খুদিং অকিবা শককংদা ওইগে, তারুবা খোঙ্গেল পুম্নক্ন ইয়াক্লা-য়াকগে। মলেম লৈমাইথক অসি শারবা মরুভূমি-লৈকংলা অমগা পাম্মক ওইরে. ব্রহ্মা লিপীং-লিশীংনা অথাক অরাওগা লোইমনা মালেমদা হৈথরক্রে. ব্রহ্মগী মৈরিনা মালেম অসি তাদোই তামা চাকথেক্লবগুমে। পৃথিবী অসি থক থক নিক্লহুনা হায়-রক্রে. লেম্নবা চীংজাও পন্নেংশিং কীস্থরকতুনা ওন্নমক লৈত্তেম মান্নগে. মুমিংশা. থরাম মীচাক পুন্নমক মচেং-মচেং কায়হুনা তারক্লবগুমে. মবুক তম্না তইং-অইংলগা মলয়াগী নুংশিংনা ওসিদি তমখিরবা শক্লোন অমা লৌরক্কনা মালেম অপুবা নৈথারবগে মতাওম ংহুনা লাও-খোংনা শিংলক্লী. উপান-বাপান ওন্নমক কেরে-কেরে হায়হুনা থাওনরে। পুম্নি-পাং. ভূরেলগী ঈশিংনা অকিবা কংনা ইথক ইপোম হৌরক্লি। ওয়াংদা শাংলগী লৈরাংশিং ওসিদি মালেমদা চোইনা কেরে. পোষী চেক্লাশিংগী নুংশিরবা খোঙ্গেলন্থ অমত্তা তাবা লৈখিরে।

ওরাংদা সেক্যুরিটি ফোর্সশিংনা কাখিবা মরাল লৈজরবা তাচৌদো কইডিদা কা-হেবা, মওংদা ওং-নৈবদা শিরহুনা ওসিদি মতাকী থরাম রাওরবা চকচাং ওইনা ইমুং-মন্নংদা-শিরক্লী। থুংলায় পারবা মখেন থেংনবদি ওমজগরা সেক্যুরিটি ফোর্সশিংনা মরান লৈজদবা থুংলায় পায়দবা মীচম প্রজাশিংদা ওবশিন্দুনা হেক-হেক তাউনবা অসি ওসি-দগীদি নক্রে. টেররিষ্ট লৈবা লৈবাকশিংদা সেক্যুরিটি ফোর্সশিংনা মীচমনি থওনা-থওনা কাপ্পা-হাংপা অমদি মখোয়গী কইডিদা ওং-নৈবদা মরাল লৈজদবা মীচম কয়া ওসিন্থ তত্তনা শিরি। অসিগুম্বা লমদমশিংদা মরাল লৈজদবা মীচমশিংনা চাওথোকচনা অমদি শান্তী লৈনা পুক্লিং লুয়া অমক্তং তংদ্ধ লৈতানা হিংবা ওমগদবা হায়বসে ওথেংনা অরুবনি। নোংদম্বা মানা অন্নম খোকউ তহীরমখিবনা মুংশি

চায়া ঐখোয়গী ইয়ক্তা লৈমিন্নরব্বা মহাকপু নমহুনা শেংনংখাইনহন্বিখি। ইমীংখাওমক্তা খোকখিবা কাওবা ওয়রোইদবা খৌদোক অমদা মীনুংশি থওদবশিং অহুনা নমহুনা পুবিখিবনি ময়াম লৈজস্রবা মহাকপু। ইমুঙ-মন্নুং অমদি মরি-মতাশিংগী থম্মোয় কায়বগী মীকপ-মীয়াওখোল মরক্তা হৌনবী মতুং ইয়া অঙৌবা ফিজোলনা কুপ্পহুনা থবায় য়াওস্রবা তাচৌগী হকচাং অহু লৈরোন চনখি, মহাক তাইবংদা অমুক হন্নক্রোই।

মপুরোইবগী মীহাং অহুগী মরিদা বেগমনা খৌনা কন্না কোর্টতা কেশ খেংনরমই। প্রমান কয়া পুখোক্তুনা মহাকী মপুরোইবা মরাম লৈত্তে হায়বহু মহাক্না তশেং-তশেংনা উংখি। খৌদোক অহুনা শোকহৌখিবী লৈনাবু পুখোক্তুনা সেক্যুরিটি কোর্টশিংগী মীওইবগী হক খোজাওনবা কা-হেন্নবা লিচং অহুবুস্থ বেগমনা য়াম্না কন্না কন্দেম স্তৌখি। কেশ অহু লোইশিন্নকপদা কোর্টকী কমপ্লেক্সতা বেগমদো য়াম্না থম্মোয় শোক্না কপ্পমই, 'এস্স গ্রেসিয়া' গী শেলকম অহু লৌ হায়বস্থ মহাক্না য়াখিদে, য়ান্না মথম্মোয় শোক্না কপ্পহুনা মহাক্না হায়

— ঐগী ইপুরোইবা মরান লৈতে মরান লৈতে হায়বা অচুম্বা অহুদং পাম্বনা ঐনা ওসি 'বায়েন-বিচার' গী খোঙজিন অসিদা লেপ্পখিবনি, এস্স গ্রেসিয়াগী শেনকম ঐ লৌরোই, মসিনা সুংশিন্নবা ঐগী ইপুরোইবগী থবাইগী মমল ওইবা য়ারোই, ইপুরোইবা কায়নবগী থম্মোয়দা চাক্নিবা মৈরি অসে মসিনা মুথংপা য়াগত্রা ? ঐগী অপাম্বদি লাইবক থিহৌয়বী ঐগী 'দশা' অসে মতুংদা অমুক হন্না অজোপ্পা কনা অমদা খোকহনবীদবা অশিঙনি

ইমুঙ-মন্নুংগী অরাবদা মতেং থন্নদং পাংজবনি থম্বৌরগা এস্স গ্রেসিয়াগী শেনকম অহু লৌবীনবা হন্না-হন্না হায়জনবস্থ মচ অমুক হন্না লৌ হায়বদি মহাক্না য়াখিদ্রে

# ১১

ভাইবঙ শেম্বা মাপুনা ঐখোয় মীওইবা পুম্নমকপু অমগা-অমগা চপ মান্নবা থাক অমদা শেম্মীরকথি। ধর্ম খুদিংমক্কী ঐখোয়বু চপ মান্নবা অমগা অমগা খেন্নবা থমদনা মুংশি চান্নবা তিংমিন্নবা মতম চুপ্পদা পাওজেক পিবিরি। অদুবু ঙসিদি মীওইবগী রাখল্লা অরাম্বা লমী অমরোমদা চংথিদুনা অমগা-অমগা মুশিনদবা, অকন্ননা অশোওবু নমথাবিবা অমদি তুহৎ নৈহৎশিন্নবা কয়াগী মীকপ-মীরাওখোলতনা ঙসিদি মালেম অসি লৈরে। তুহৎ নৈহৎপীবদা হিংবা রাজত্ব থাওবা ওমজম্বা অশোয়বা ফুরুপশিং অদুনা শক্তি পায়রবা অকন্নাশিংগী মথক্তা নোং-ঙম্বা চিংজনবাদমক কেকপেক নাংতম লানহৌ হৌরকই। মখোয় অদুন শেমদবা, অচাকপা অমদি অশাওবনা মাডওইনথিদুনা লমন খুদিংবগী মৈরিনা চাকথংকরবদা মথুংতা খুংলায় পায়দুনা লানচৌবগী লম্বী অদুদ চঙখি অসিগুম্ব 'নোংতম লানহৌ' হৌরিবশিং অদুবু শান্তি থুগাইবা, ইরাং তৌবা 'টেরোরিষ্ট' শিংনি হায়রি। অদুবু মখোয়বু 'টেরোরিষ্ট' নি হায়দুনা কনাগুম্বনা খুদোংথী থিন্বা মতমদা খুদোংগী অদুথক নত্তনা খুৎ অদুগী লেমহৌরিবা খুৎশা মরিদি মচাক মশাদা হন্দুনা থিনজিনজরিবনি।

লৈবাক্কী শক্তি পায়রিবা গভর্মেন্ট অমদি নোংতম লানহৌরিবা নকন অনিনা কাপ্পরি, হাৎনরি, অমনা অমবু থোমদংনরি, অঙম

ত'ন্নবদা খুংচাও খ'নরি। মচিন্দনা লাওনরি লেপ্পা লৈতনা অমনা-অমগী মথক্তা মবাল পিনরি 'মানা লাল্লি, ঐন চুম্মি' অচুম্বু মসিদি কমানা খঙগদবা ?' খরনা অমুক লাওরি মচিন্দা কন্না-কন্না 'শান্তি' অচুম্বা শারদুনা নকন অমদা তোংশিল্লি, মভেং পাংশিল্লি মহাকসু লান অতুদা অতুমক য়াওশিল্লি। চাওখৎলকপগী ইরোয়ননা লৈতরে মালেমগী মফম কপায়দসু 'শান্তি'।

অঙম-অঙম শেংনবা হাংনবন ভসিগী ভাইবঙ কুমহৈ ওইরে। মফম খুদিং মাইকৈ খুদিং মালেমগী কাচিন-কোয়া শিম্বা থুংনা অকিবা কংলবা নোংমৈ, বোম, তোপকী খোল্লেলতনা থক-থক নীকহল্লে ১দি লানগী মৈরি অমসুং মৈখুতনা মাইগৈ খুদিং মমলে।

নকন অনিনা পাঙ্গল ফুদোক্লদুনা অঙম ভান্নবদা থম থেংনা রাজ-রিবদি মর ন লৈজদবা মীচম প্রজাশিংদনি। অ্যান ভাক্রিবা পীক্লিবা অভাংশিংনা মমাগী মথানুংদগী হেন্দোকুনা মনীং-তম্না শান্নজবা কাংজদ্রে, মীপাইরবা মমা ওইবীশিংনা পিক্লিবা মচাশিংবু খরাই হিংনবা মথা-ছুংদা চেংজেং কোনশিন্দুনা খাঙনরে। মচা কায়নরবা মমা ওইবীশিংনা ঈখেঙলক্তী অসিবা মচাবু য়েংহনা উপায় লৈতনা খবাক য়ৈনা খাঙ-জল্লি, খরাই য়াওরবা মচাবু কোন্দুনা ভেংথারি। নৌনা মপুরোইবা কায়নরবী নুপি কয়া অমনা পিক্লিবা মচাশিংগা লোইননা মপুরোইবগী মঙকম য়েংনা মীংলু পীরাং কাদনা সিবা ভাইনা হিংলি মহাকপু। থুংকমা শাহি' চাবা অম্মি'শিংনা লৈহৎশিন্নবী চমজরবী চানুরা কয়া অমনা মীংলু পীরাং কাদনা উপায় লৈত্রবগী নোক্লা চাওবা সমাজ অসিগী মরক্তা ইকায় ফিরুপ খুমহুনা মতু শোয়া হিংলি কপ্পা কপ্পা সিবতবু ভাইজরি মহাকসু।

চংখি মতমগী খোঙচংনা অসুম্মক লেপ্পা লৈতনা কনাবুসু ভাইবি-াম্বা লৈতে। হৌখিবা খোদোক কয়াগী বারীসু অকাওবগী ইরোম্ন-াদা তপ্পা-তপ্প অসুম লুপখি, মতমনা কুইরু-কুইরগা ওয়মক অসুম মমি

শামথি। নীংশিংবা নওসে লৈরমত্রবা ক ওন্তমদবা নন্তনা ওৎপীরমদ্রবা থৱাইবু পুন্সি অসিনা করিগী অস্থক 'ৱাক্তক্লগনি ? পুন্সি লম্বীদা থোদোক কয়ানা তামহৌরবস্থ রারি অসিমদি থল্লরোই হায়বস্থ য়ানে কাওরগে হায়বস্থ মওমদে, মতম্না কুইর-কুইরগ' অস্থুম ময়েক শেংবা হেল্লক্লি। পেন্দবা অচাক্পগী মৈরিনা থম্মোয়ন্নুংদা ওমত্নুনা লৈরকপা মতম কুইরক্লে, মওল মওল কয়ারক হুমা থল্লবা মশাগী ওইবা ফিরেপ অমা লৌরবা তুংদা নুমিৎ অত্থু মতৈমা বেগমদা রোসননা হায়রকই

— ইতৈমা !

— "করি হায়বগে ?" বেগমনা হংলকই

— ঐ লালহৌবা য়াওখিবা পায়ে

মনাও নুপাগী বাত্থু তাবদা বেগমনা ওক্লা

— করি, নঙনা হায়রিবা অত্থু করিনো ?

— লালহৌবগী লুপ অমদা ঐ জোইন্ট তৌরগে থল্লে

— রোসন ! মহুদি করিগী ?

— ঐগী অপাম্বনি, ঐগী বাখন অসি লৈতাফম থঙত্রে ইতৈমা

— নঙবু ঙাওরব্রা ?

— ঐ ঙাওদে ইতৈমা !

— নঙনা থল্লিবা বাখল অত্থু কদায়ফাওবদি চুমই ?

— ঐ ইশানা লৌজরিবা ফিরেপ অসিদা ঐ থাজজে

— "করম্না ?" বেগমনা

— ওইরক্লিবা ফিভম অসিনা

— হায়বদি...... ?

— লৈবাকী শক্তী পায়রিবশিংনা মশাগীতা থম্ব, অকম্বশিংনা খুংলিংবা, অশোম্বশিংবুন' নমথবিবা, গুপ্পম শাসনদা তুহৎ-নৈহৎপীবদা থাঙবদা রারবা লানজত্রবা থৱায় কম্নাগীদমক ঙসিদি ঐ পুন্সি অশে করিস্থু ওইদনা থল্লক্লে

— ওইথোক্কবনি, নঙ রাখল য়াম্না থেল্লি, নত্রা ?

নঙনা লন্থী অহুদা থোঙ থাংজিল্লগাই মরম শুপ্লে লৈতে

— ইতৈমা !

— নঙগী রাখল অহু ল্যাল্লি

— ঐগী রাখল লাল্লোইনে ইতৈমা !

— তুমিন লৈয়ু, তানিংদে

বেগমনা শাওনা চৈরকখি

— অহুদি হায়যু ইতৈমা ! তাচৌগী মরাল করিনো ?

— রোসন !

— মথুংত্তা থুংলায় পায়রে হায়রুনা অকপা শাব, হিংচা-য়াইতপা শিং অহুনা লানজদবা ত'চৌবু পুন্সি লোইহনখিবা নত্রা ? হুজিক্তা ঐ ইরাম্বগী লমন থুম্নবা ফিরেপ লৌরে

অমুক্কং থৌনাওদা মতিন য়োংথরগা বেগমনা হায়রকই

— হুম, হৌজবা অহু পুথংলগা মঙনা নথুত্তা থুংলায় পায়হুনা লপ্সী অহুদা থোঙ থাংজিল্লগে থল্লে অসি নত্রা ? অহুদি নঙ ! হায়য়ু নঙনা লৌরিবা ফিরেপ অহুনা কদায় কাওবা মাই পাক্লনি নত্রগা মাইথিগনি হায়বহুদি নঙ থঙলত্রা ?

— ওইনিংবা ওইজসন্থ, নোংমা শিগদবা লৈরবা মীওইবগী মপোক্লী, করি থম্মীংঙাই লৈরিবগে ?

— মহু য়াম্বোই, ঐনা হায়রিবা অসিনি, ঙসিনা নঙনা হল্লেংনা কনানা ? অমনরা - অমনরা ? হমবা অমা লৈত্রগদি মালেমগী লান অসে লোইবা নাইররোই, ঙাইহক্তী পেন্দবা শাওনিংবা অহুমা নঙ পেরাল্লবা লপ্সী অহুদা চংকে থক থনগন্থ

— ঐনা লৌম্লিবা ফিরেপ অসিদগী অমুক হন্দোক্লরোই

— রোসন ! নঙ রাখন অহু হন্দোকউ, ঐন হায়বশি য়াও নঙহুনা করিগুম্বশিং লপ্সী অহুদা চংলবা নঙ পুন্সি অসিমগী ঐগী ইনাওনি থনগ্ররোই

বেগমনা শাওনা হায়রকখিবনি, মতৈমা গী কল্লবা রাহৈ অচুদা রোসননা চায়রকই

— অচুদি ইতৈমা! মরান লৈজদবা তাচৌ শিখিবা অসিদা ইতৈমাগী থম্মোয় অতু'দি মোকপা ওয়মগনি

— রোসন ...—!

শাওরবা বেগমনা চঙশিন্দুনা মনাও মুপা রোসনগী মমাইদা থুংপাক্লা থাজিনখি তাঙ্গ অসিদা লৈনাহুস্থ চঙলকই মুমিন্না লেপতুনা লৈ, মথম্মোয় শোক্লবা বেগমনা

— নঙ .. নঙ! ঐগী ইনাও মুপানিকো রোসন! নচীন অচুমক্লা রাহৈ অচুবু হায়বা ঙমই নত্রা? নয়াম্বা লৈখিদবা মতম অচুদা ঐগী ফিভম করি ওইখি! ঐনা করি ফিরেপ লৌখি?

— ইতৈমা!

বেগমনা মমিংতা পীরাং শিন্থরতুনা কপ্লা কপ্লা

— কৌরক্নু, ঐ নঙগী নতৈমা নত্তে, ঙসিদগী ঐ নঙবু ইনাওনি হায়নম্থ থল্লরোই, চংশ্লো নঙনা চংনিংবা লম্বীদা নিনিং - তৌনা চংচখ্রো, নঙনা অপাম্বা লম্বীদা চংচখিবদা ঙসিদগী ঐ থিংলরোই, নঙস্থ ঐবু ঙসিদগী নতৈমনি থল্লকন্নু

অ'স হায়রম্লগা মীৎতগী শিন্থরক্লিবা পীরাংদো ফিজিনা তৈথোক্লুনা বেগমদো চঙখ্রে, মহাক তশেংনা বারোৌগ্রমায়ে? মতৈমাগী মফমদা লানখ্রে হায়বা রোসনদো হৌজিক্তা খন্থরকই অচুমকপু মতৈমানা কনা যাত্রবস্থ মহাক্লা লৌখ্রিবা মশাগী ফিরেপ অচুদগী অমুক হন্না হোংদাকে হায়বদি থনখদ্রি। ঙাইহক থল্লরগা রোসনহু চঙলক্তুনা মতৈমাবু খিরকই, লৈন্থু মতুং ইন্না, মতৈমাগী নাক্তা চঙলক্তুনা য়াম্না নিং-ঙমদনা পীরাং - পীরোয়নহুনা রোসননা

— ইতৈম! ঐ ইতৈমাগী মফমদা লানখ্রে, অতোপ্পা কনা নত্তে ননাওনি হায়বা থম্বীরগা ঐবু অমুক্তা ঙাকপীয়ু . , করিগুম্ব ইতৈমনা ঐবু ঙাকপিদ্রবা ননাওনি হায়বা থম্বীররোই লেপপ্রবদি ঙসি ঐনা চং-

চিংবা লম্পী অসিদগী অমুক ঐ হিংবা হৃক্কত্রক্কা ওইসনু , ঐ চৎলে ইতৈম'·· ,

খুসি চায়ফুন' মমা শকপী মতৈমাগী মখোঙশোক্কা পীরাং শিন্দ্রমগা লৈখোক্কনা চৎথ্রে য়োসনহু

— ইতৈমাগী য়োসন! নঙ ঐগী ইনাওনিবে য়োসন. ,

ইমাই পারবা তুরেলগী ঈচেলনা ঙাকপা ওমত্রবা তোর্ব্বানবু নমথায়-ফনা চেন্থরকপগুম খিংবা ওমত্রবা মীৎলুগী পীরাংনা মালেম লৈমাই জক্লক্কী, বেগমদো মনাও লুপাবু কৌহনা কপক্লে। লৈনাহু পীরাং শিন্থ-রকনা চিক্কা-হিক্কা কপহৌই।

\+ \+ \+ \+

কোরৌ লুমীৎনা নোংচুপ চিংয়া থাংলক্লবা লুমিদাং রাইরমগী মতমনি। মহৌশা লিরি হয়রবা মালংবসু ওশিদি মচি লেংখিত্রে, চীক্কা তুমিন লৈথ্রে, মালংবগী শাফমদা লেংজম হাইরবা উপাল - বাপাল খিবীকসু তুম্বক - তুম্বক লৈনথ্রে। উপালগী কৈরাথক্কা ফরাও - মখোই কানা চোং - ফন্দুনা শায়জরবা পোম্বী - চেক্লাশিংসু ওসিদি মতু ইপোন পোম্না তুমিন - তুমিন লৈনরি, অমত্তসু থোংখিত্রে। শিঙেল লৈরাংশিংগী লৈকাদা তোয়না ওংলরবা খোইমুশিংসু অমত্তা পায়রকখিত্রে ওসিদি। ক'রগুম্বা থৌদোক অমা থোক্লরগনি থওবগুম ওয়মক অরাবা ফোঙ-দোক্লক্লে।

লাইবক্কো লুম্বনা লাপথোক্লরগনি থবদা থম্মোয় অনিহু পুন্না ওমরত্রে। পুমমেন - পাওমেন্ননিংবা হায়নিংবা কয়াদা থম্মোয়সু দদি পীক থরি, মহৌশা অনিংবা থম্মোয়সুংগী যাবি কয়া নীং - তয়া কোঙদোক্লরম্বা ওসিদি করিগীনো থম্মোয় মাসু ময়োন খোকউ হায়বা য়াত্রিবা? হায়জগে থয়া ওবারবী চীম্বান অনিহু তনিক্কা কাংথৎচরকই অহুবু ইকায় থীপম্বী মপোক ওইখিবনা মশা অপুম্বা থক - থক নীক্কা হায়জোকচবদি ওমজদা পীরাং পীরোইনরবী মমিৎন থক্কমক য়েংজরগা অহুমক তো-

কচরি। হৌখিবা পুন্সিগী খোদোক কয়াবু নিংশিংলগা নৌহৌবা ইমাওদা পয়েং লেপ্লরদুনা খোদোক কয়াদুগী বারিনা শি বুল ওই থম্মোয়দা চেংনা থাগোল্লজরকই, পুবা ওন্নকত্রবা থম্মোয়সুংদা ওমদুনা লৈরম্বা মৈচাক্লা মৈরি থোক্লা চাকখংলমপা, মীৎপু অনিদা পীল্লাং মাম্বু মীংবা ওমদনা ইহৌরকপা মীৎকুপ অতুদদি থরাই ওইবা মহাকপু মথুং অনিনা চেক্লেং কোনজম্লগা রনজিৎদো থাওবা ওমদনা হিক্ল - হিক্ল। কপখো-ক্লক্লে থিংদুনা লৈরম্বা শন্দুনা কাইরমপদা ইচেলনা মমীং ওম্না চেম্বর-কপগুম পীল্লাং মান্ন মনীং ওবথে, কুমগী নোংহৌওম অরূৎপা লৈতনা শিম্বরক্লীবা পীল্লাংনা মালেম লৈমাই ওম্লক্লী। মতৌ মেংলম্বা শিতেল-লৈম্লাংশিংম্বু কপ্লক্লেং, পোম্বীশিংম্বু তেংথারক্লে, করি ওইমুবু তম্রমথবা মপোক্লো ? নক্লা লৈমিম্লরিতৈ অম্বুম্না নোংমতম্বু থমুদবনি অহুবু ওসিদি লাপ্লগনি থমুবদা করিগীনো থম্মোর মানা অম্বুক হুংশিজরক্লিবা ? পুক্লিং নওম্বু করিগীনো নৌরক্লিবা ?

রনজিনাবু কোর্নশিম্বীরগা য়োসমনা হায়রকই

— রনজিমা ! কপকম্বু নওম্বু, নওনা অম্বুম কম্লগা ঐবু কয়া থাওগদগে ?

— য়োসম ! ঐবু থাদোকপীরমগম্বু, ঐ লৈহৌবা ওম্নোইরে কপ্লা • কপ্লা রনজিমানা হায়রকখি, য়োসমনা মহাকপু খেমজিম্বীরদুনা হায়রকই

— লাইবক্লা তম্রমনি থদোকত, পুন্সি চুপ্পগী কায়নরগনি হায়বদি নত্তে, রাশক্লীবনি নোংমা মত্রগা নোংমদি ঐ নওম্বু লৌবা লাকথিগনি

— ঐম্বু নতুং ইন্দুনা চৎকনি, ঐবুম্বু পুবীয়ু নওনা

— ঐনা চৎকদৌরিবা লম্বী অসি অকবা নত্তে,

— য়োসম !

চহি কুমজা কয়াগী লুংশি রারিনা মীৎকুপ অহদা পুরদি, অমুক কো-ওদোক্লক্লরবম্বু অমমা - অমগী থম্মোয় অনি অহুদি অহুমক মথওনৈ, মীথরেং অমথক্লুংনম্বু মমল লৈরবা অর্থ ওম্লা চেন্নি। য়োসমনা হায়রকই

— রনজিনা ! ঐনা চৎলিব। লম্বী অসিদা করিগুম্বা ঐগী পুন্সিনা লাইবক থিখিবা থোক্লবা নত্ত ঐগী বাখল কাওবা ঙম্ববদি হোৎনৌ-কো

— য়োসন ! নঙগী রনজিনানা মতম পুম্নমক্তা নঙবুতবু ঙাইহনা লৈরমগনি হায়বা অসিমতদি কাওবীগম্ন-কো, অদুগা করিগুম্বা নঙগী পুন্সিনা লাইবক থিথিবা থোক্লবা মীৎকুপ অদুমক্তা ঐগী পুন্সিদু অরোইবনি খঙবীয়ু

খাঙবা ঙমত্রবা পুক্লিংবু কাথকমগা য়োসননা বিদায় পীরকই

— রনজিনা ! লৈহৌরোকো ... ঐ চৎলগে,

— য়োসন — !

বিদায় পীরমগা থাংনিংরবা থোঙথাং অদু তপ্না - তপ্না থাংলদুনা য়োসনদু চৎখ্রে, নুংশিবা মাবু থাবদি ঙমজহৌদনা মমিৎনতমক য়েং-করগা লৈহৌজয়ে রনজিনাদো। থরা চৎলগা অমুক মখুৎ হায়দুনা বিদায় পিরদুনা অরোইবা মীৎয়েং অমনা রনজিনাবু য়েংজরকই য়োসননা মউ - কংলবা উপাল অদুগী মাথোঙদা লেপত্তুনা রনজিনানা লো-ম্বোকত্রবা থম্মোয়মুংদা চাক্লিবা মৈরিলক্তা শিন্থরক্লিবা মীৎদু অনিগী পিয়াংনা বিদায় পীরক্লী। চৎখ্রে মহাক্তি, উনা - উমা তামখ্রে। মউ কংলবা উপাল অদুগী মথোঙদা লেপতুনা রনজিনানা মীৎয়েংগী বাংমা লানথিবা কাওবা য়োসনবু য়েংদুনা লৈহৌমি। তারমদাইগী কোয়ো হুমিৎনা নোংচুপ থংবা চৌংয়াদা লৈথখিবগা লোয়ননা ঙাংলৈমবা মাচুনা লৈফোম চাইবত্তম মচু শঙলম্বা মোলেম আস তপ্না - তপ্না মমশিপ্লক্লে। লেংদবা উপাল ওইবা মহাক্তা থাদোকপিরম্মবদা তাংজবী উরিনা মদোম লেপতুনা লৈজহৌরে।

# ১২

চহি অমগী মথুংদা তাওনা লাকপা লুংঙাইরবা 'ঈদ'কী নুমীৎনি। মতম অমদা জগোই - ঈশৈ য়াওমিন্নরন্বী মমান্নবী থরা লাক্নুনা লৈনাপা পুন্না কন্মিন্নরমই। লৈনাহু মহৌশাগা ইমান - মান্নদে থবাই লুংঙাইজনা ঊই, মমান্নবীশিংহুনা হরাও - হরাও বারি - রাতাই শান্নবহু মহাক য়াওদে ভুমিন্না ফমহনা অতম লৈ, মমাই - মমিং ইপোম পোমথংলি, বা লাংগন্থু অমন্তা ডাংদে মাবুং রোশন য়ুম থাদোক্লনা চংখিবদগী হল্লকখিদবা মতম ভুটরক্কে, নোংমা কাওরা য়ুমদা লাকখিদ্রে। লুংঙা-ইরবা ওসিগী থুমিং আসদা মাবুং অনি অহুদংগা লৈজরন্নবদি কন্না হরাওজরমগদবা বেগমনা ময়ামহুগী অচা - অথকশিং পুখোক্লওই

— "কন্নিনো ইনন্মা?" সোফিয়ানা হংলকই

— "অচা - অথক থরা শেম্নক্লিবনি" বেগমনা

— "হৈযা! থাওইন বাবিরেনা" পোম্বীনা

— ওসি ঈদ অসিদা অরৈবা চামিন্নগদবনি

অসি হায়হুনা অচ - অথকশিংহু টেবল মথক্তুদা থন্নগা বেগমন্থু কমথরক্লমই

— এখোয় ওসি ঈদকী কোয়রকপা অসিদি চাবা - থকপা লাকপা ভারেনে?

সোফিয়ারা ফাগী তৌরকখি, চানা - থরুবশিংদু শিন্দোক্লহনা বেগমনা হায়রকই

— অরৈবা চামিন্নবা, নুংশি - চাবা অসিনা ঈদকী মরুওইবা নত্রবে ?

— "অহোয়, অহুবুদি চুমইবা" লিলিনা

— "হৌরো - হৌরো, চারশি" বেগমনা

— "কনানো চান্না হৌবিরো" পোম্পীনা

— লৈনানা হৌবিয়ু

য়ানিনা হায়রকখি, মমান্নবিশিং লাকপগী থোইদোক্লা হয়াওবা মতৌ উংখিরবা লৈনানা অসিমদংদি হায়রকই

— ,চামিন্নরশি.. ,

তপ্পা লৌথংলগা অমদং মচীন্দা হুপ্লিবা অহু য়ানা থোকই মথা অমুক তাকবা লৈত্রে, মহৌশাগা মায়দনা লৈনাদো য়াথন্না মহুরবত্না তৌই। মমান্নবীশিংদুদি বাল্লি শা - শাহুনা চামিন্নরি, বেগমনা মমিৎতু তলক - তলক মচন মুপিদা য়েংলকই, লৈনাগী মতৌহুদা মহাক মুংঙাইজরমদে

— "ঐদি অথুম্বসে য়াম্না পামজগল্লি" লিলিনা

— "য়াংলিরা ? ঐঙোন্দগী হাপ্পীরকউরা ?" সোফিয়া

— "য়াজয়ে ইবেন্মা ! ঐ মীগী অয়েম্বদি চাজদে" লিলি

— "চাবিমু - চাবিমু, মতুনবু ঐঙোন্দা ওইজৈ" সোফিয়া

পোম্পীনা লৈনাগী মতৌ য়েংলুরগা হায়রকই

— হৈমা ! লৈমা নঙদি করি অমত্তা চাদ্রেনা

— "কৈদৌরে নঙদি ?" লিলিনা

— ঙসিদি লৈনাসে মহৌশাগা মায়দে - কো, মাদি য়াম্নু করি অমা ঙাংদ্রেনা, কৈদৌরগে নঙবু ?

পোম্পীনা মুংঙাইতনা হংলকই, মহৌশাদগী ফগী থরা তৌজগম্বা সোফিয়ানা

— ঈদ মুমিং অসিদা পোমখংলিবা অহুবু করিগীনো ?

— "থরাই সুংঙাইতবা মাল্লিনা করিগীনো ?" রানিনা

— ঐখোয়গা পার্টি পুল্লম্বসু জগোই - ইশৈ তোক্লনি হায়দনা নওদি ঐখোয় ইরক্তগী থায়দোকপ্রবা অহুগা ওসি ঐখোয় লাক্লগা... মঙগী নত্তৌসে য়াম্না সুংঙাইজদে- কো

পোম্বীনা বারোনা হায়রকথি বেপমনা ত্তপ্পনা হায়রকই

— মহাক মশা সুংঙাইত্রবারে

— "করিগীনো ?" লিলিনা

লৈনাহু করি অমত্তা থুমদে মমিংনথক্তমক য়েংই, সোফিয়ানা মত্তৌ- হুদা ফাগী তৌশিল্লকই

— কনাগুম্বগী প্রোগ্রাম শোইনবকা য়াওখিহুনা তৌরিবা ?

— "খওদেনে অহুগুম্বগী তৌরিজাংলা ?" লিলিনা

অসি হায়বহুদা মখোয়হু নোকই,

— ঈদ মুমিং অসিদা পোম্লিবা অসিবু..., অহুগুম্বগী ওইরবদি ঐখোয় চংপ্রগা পোম্বীহৌরো

রানিনা হায়রকথি, লিলিনা অমুক নাকচেক্তা ফৈরহুনা

— মত্তৌদি নাম্বনা—, পকচদে-কো

— "চুম্রো লৈনা ?" সোফিয়ানা হংলকই

হন্দক অমুক্তী লৈনাদো থাজদনা থওশাও - শাওরকতুনা

— তুমিন লৈয়ো—,

— "হৈমা ! ফাগী তৌরগা শাওইনে" লিলিনা

অশাইদগী রাথন অমদগী থরাই সুংঙাইতনা লৈজরম্লবা লৈনাদো কপ্লিং কপ্লিং মচীনথাম্দু পেরকই, মনম্না বেগমদি অমুক্তা হেন্না সুংঙাইখিত্রে অহুগুম্বা ফাগীদো মহাক্তী তৌহম্লিংখিদবনি. অমুকস্ত তিম্মরম্বী মমান্ন- বিনি হায়হুনা নোংমা - ফাদোক কোয়জরক্লিবা মমাম্নবীশিংহুনা করি থনখিগদগে হায়বহুস্ত বেগম থনখিদবা নত্তে।

— মতাং চাদনা কাগী তৌরবদি শাওরকপা তারনি পোম্বীনা তপ্লপ হায়রকখি, লিলিনা হায়রকই

— কাগীগকা অমত্তা তৌজররোই মতুংদি

— "লাজরে ঐখোয়না লাজরে" সোফিয়ানা হায়রকই লৈনাদো পীরাং থিংবা ওয়কত্রমানে, ইহৌরক্লিবা মীৎকী পীরাংছু থাঙৎলগা ফয়মবদগী মদোমক্তা হৌগৎতুনা ইমুংলোমদা চণ্ডখি, মমা-রবীশিংছু মমীৎতমক তলক - তলক য়েংনছুনা লৈহৌই

— মথরাই মুংঙাইত্রগুনা তৌরিবনি, ওয়াংদগী করি অমত্তা চাও - থকট হায়বা রাদনা লৈরিবনি

মচন মুপিগী মবুক্লিং খণ্ডবা বেগমনা হায়রকখি, অসি হায়রছুনা মহাকসু ইমুংলোমদা চণ্ডখি। লৈনাছু মহাকী কাদা চণ্ডলক্লগা কমুণ্ডদা ফমছুম মাবুক্লিং মুংশিনা কপ্লমই, মীৎলু অনিদগী শিন্থরকপা পীরাংসু থাম্বীনবা লৈত্তনা মনীং ওয়কখি। হৌখিবা পুন্সিদা থোকখিবা থৌদোক কয়াগী রারিনা হৌজিক্তা থোক্লিবগুম মাওদা পয়েং লেপ্লরি। ওাইহকী তুংদা রেগম কা অছুদা চণ্ডলকই, মচন মুপিগী মতৌছুদা মথোঙ থাংজিনবা ওমখিল্লে, থিংবা ওমদনা মহাকসু সুৎ সুৎ কপ্লক্লে, লৈনাছু মনম্মাবু উরকপদা

— ইনম্মা··· !

চেনশিনক্লুনা মনম্মাবু কোয়গা কপথৎলক্লে, বেগমসু তশেংনা কপ্লে। তাঞ্জা অছুদা লৈনাগী মমারবীশিং অছুসু চণ্ডলকই, নিংওযদনা মথো-য়ছুসু মতৌছুদা হিক - হিক কপ্নরকই।

# ১৩

ডিয়ার অমজাদ !

ঐ লাইব্রেরিক তম্লিবী ছাত্রী অমনি। লাইব্রেরিক অসি মথা অসুম তমথজখিগে হায়নসু ঐ থল্লি। ঐ চুজিক সুংশিনবা থম্বা পামজল্লি, ঐগী ইউডি লোইদ্রিবা ফাওবা যোই ফ্রেন্দ অমা ফাওবা থমখিরোই। ঐবু অদোমগী লভ ফ্রেন্দ অমা ওইনিংলম্বা য়াই, অদুবু ঐ য়ুম পাম্বা তারবসু অহম লমননা শিন্বিবা মকমদা ঐ ইশানা য়াজগনি চুজিকমক্তদি ঐ সুংশিনবা থম্বা পামজ্রি। নহাক ঐগী বাথন থাদোক্নুনা ঐডোম্নগী লাপথোকখিবনা ফগনি, নত্রগা নহাক ঐগীনি হায়বদা মতিক চাবা মীশক অমা ওইনবা হোৎনবীরকথো।

রোহিদা

অহান্বা ওইনা রোহিদানা ইরকখিবা চিথি অদু পারুবদা শাওনিংখিবনা অমজাদনা চে অদু মকুপ তানা শেগায়রগা লংথোকখ্রে, মতোউদুদা মহাক্কী মরুপ রাফিনা হংলকই

— কৈদৌরগে ?

— ঐ য়াম্না সুংঙাইতে, মানা তৌরিবা অসি য়াম্না পেন্সে

অসি হায়রগদুনা অমজাদ স্বরত্ন অমুক্তং শাংনা হোম্বরগা মথোঙ তিং৹ থোক্লদুনা নাপি মথক্রুমা কমত্রেক কয়থরগা মকোক পায়দুনা লৈগে, মবাক্কী মতৌদুনা নোকপী - নোকপী রাখিনা হংলকই

— করি ইথক্লবগে হায়বা নঙনা চেগকা শেগায়রিবা অসিবু, হায়গ্ন হায়বনি ?

— হংলক্লদুনা, ঙসি বাখন য়ামা লুংঙাইরোইদৌরি

— নত্তে মরোন্দু অমুক্তাতম্মনে

— ঐনা মতম অমুক কুইবা অসি ঙাওজরক্লিবা অসিদি থম্বীদ্রগা কারম্ন লৈত্তবা মাগী চে অমনা ঙশি ঐগী বাখন পুম্নমক লোইনা অরেম্বা তাইনখ্রে

— নঙ ! রোহিদাশি য়ামা লুংশিত্রনে ?

রাখিনা ককপনা হংলকখি, বাহং অদুনা অমজাদনা শাওরপ্পা হায়রকই

— লুংশিদদি ? অমুক কুইবা মতমশি মাবুত নিংজরক্লিবা ঐবু ,

— অদো, করিগুম্বা লৈজিক মহাক মকমাসদা লাক্লবাদ

— হা- ! কদায়দা লাক্লবা ?

অমজাদতো অঙাওবদৌনা কোয়েং য়েংলকই

— ও .. নঙ ! মজম্লনগুম্না ওইরেনে, লাক্কে, করিগুম্বা লাক্লবদি হায়বনি ?

— মহাক লাক্লোই, ঐ মতিক চাদ্রি, মহাকোনি হায়বদা মতিক চাবা মীশক অমা ওইবা ঙম্বা লৈজিক ঐ করি তৌগদগে ?

— অমজাদ !

— ঐ খঙই, ঐনা মতিক চাবা মী অমা ওইদবা অসিনা মহাক্না ঐবু মীরাংহনখি, মহাক্কী এম. পী অমগী মচা নুপীনি, ইনাক খুবা শেস পায়বীনি, লাইরিক হৈবীনি, অদুগা ঐদি ইচম - চম্বা মীশক অমনি অদুবু ঐনা মাবু লুংশিন্নরে, ঐ ভাওরে, লুংশিজরুবা ঐজনা লাক্লে

— "অমজাদ !" রাখিনা

মহাক্কী হৌইরোম ক্লাব্রোম্রকপা মমুদা তশেংনা য়াম্লিরো মুংঙাইরমদে, মায়ুক্লিং কাখবা, ওমজরা অইঙাম্রনা হৌগৎতুনা কোইলাও লাওরকই

— **Love is condition, Love is money..,**

— অমজাদ ! অমুক্তা তপথখো, নঙগী দময় ঐ শেমি ঐ পুম্নমক নঙগী ফনবা শিনগনি, নঙ ঐবু থাজো .. চৎলসি লাকও ?

— ঐ চৎ লাই, মফম অসিদা ঐ শিজম্রগনি, ঐনা মহাকপু মুং- শিন্নমই হায়বা অহুমদংদি থঙজহৌরসগ্র

— হে, নঙগী বাখন অহু ওরৈ মহাক্কদি নঙবু থম্দবা ওয়াগা নঙদি মহাকপু থম্দবা করিগী ওম্নদবগে ? অহুব করে, ঐনা নঙগী ফনবা পুম্নমক শিনগনি, ঐনা হায়বদা য়াও, লাকও... চৎলাস লাকও অসি হায়চনা য়াকিনা মাথুৎ পায়হন চৌংলগা অমজাদপু পুল্লা চৎখি।

\+ \+ \+ \+

মথংগী মুমিৎনি, অমজাদনা কোলেজ হল্লকপা লম্বীদগী রোহিদাবু মহাক্কী গাড়ী ভান কাহনা মরুর। পুরকখি, মতম অহুদ। মহাক্কী মরুপ য়াফিহু গাড়ীগী মনিং থংবা সিট অহুদা কুনথরগা লোয়া য়াওরমই। মথানা য়াদ - য়াদনা, লেপ্তুনা চেল্লকপা গাড়ী অহুনা রোহিদাবু থাম্নবা পুরংগী চৌংয়া অমা ফাঙা পুররে। মফম অহু য়োরবদত। অমজাদনা গাড়ী থামে লহুগা মহাক কুমথখি মথোইদো খিৎপমথৈ শাওনিংলবা রোহিদাসু থোং হাংদোক্লুনা গাড়ীদগী কুমথরক্লগা অমজাদত: শাওনা হায়রকই

— করিনো হৌরিবা অসে, নঙনা ঐঙোনগী পাম্নিবশি কম্নিনো ?

— রোহিদ ! ঐ নঙগী নকমদগী অভোম্ন। করিসু পামদে অহুব নঙগী, থম্মোয়নী অশেংবা অমথক্তি ঐ থঙবা পামই

— হে- যু ! নঙ ঐবু করি ওইনা থল্লি ? মুপীনি হায়হুনা ঐবু উশিন্তবা নত্রা ?

মুপী অদো ঐদি নত্তে, এস, পী অমগী মচা মুপী রোহিদানা করি তৌরকপা ওম্বগে হায়বদো মন্ত ঙেংঙৌ

অসি হায়রম্লগা কং লৈথোক্লগে শাওনা চংখি, অদুগা গাড়ীদুদা কাংথংলগা অমজাদনা ভাইহক তৌকয় খওদনা লৈরিঙৈ মহাক্কী গাড়ীদু হৈবোই - হৈতবোই রোহিদাবা থোরগা চংখ্রে

— রোহিদা ! লেপখো, রোহিদা !

তাঞ্জা অদুদা অমজাদনা লাওদুনা তুংদা তাম্মরকহৌই অদুবু মহাক তুশিন্নদুনা লৈহৌরমই, রোহিদানা অমজাদকী গাড়ী অদু ময়ুম ফাওবা থোদুনা লাক্লে। ময়ুম হেক যৌবগা গাড়ীদু গেট ময়দা থামদুনা থম্মগঃ থুনা চঙলকই, মহাক্কী বেগ অদু নিংথিনা থম্বকা নংদে সোকা মথক্তা লাক্লনা লংশিল্লগা ফোন অদু তাপ পায়থংদুনা মনাক নকপা পুলিস টেসন অমদা পাও পীদুনা মহাক্লা পুলিস কৌরমই। তাল্লক অসিদা অশাইদগী গাড়ী মনিংদা কুন্দনা লোংলম্বা রাকিদো থোক্লকুনা মহাক্লা থুংসৈ থুনা গাড়ীদু থোরগা চংখিরমই। ভাইহকী মতুংদা পুলিস টিম অমা রোহিদাগী যুমদা থুংলরে, মথোয়না রোহিদাদা হংলকই

— গাড়ীদি কদায় ?

— শার ! হৌজিক ভাইহক্কী মতুংসিদা গাড়ীসু গেটতগী লৈরম্রে

— "করি ? গাড়ী অদুগী নম্বরদি .. ?" পুলিস

খওদ্রদুনা ভাইহক খল্লুরগা রোহিদানা হায়রকই

— ভাকপীগনি, ঐ মতম্সু খঙজহৌদ্রে

ফাগী শান্নবগুম্না খল্লদুনা পুলিসনা

— নঙ ! ওইদবা ভাংলে, নত্রা ?

— নত্তে, অশেংবনি ঐবু থাজবীয়ু

মমিং অদু শঙত্রিক য়েংলদুনা পুলিস অদুনা শাওনা রোহিদাদা

— তুমিন লৈয়ু, নঙ। ঐখোয়দা কাগী শান্নরে, পুলিস ডিপার্মেন্ট অসিবু নঙ করি ওইনা খল্লি ? এস, পী অমগী মচানা করিগী কুল

থওদবগে৹ ঐখোয়বু টশিত্তব্রা

— শার !

— নও ! অমুক হন্না মতুং তৌগনু৹ নন - শেন্স

অসি হায়রুনা চৈবীরম্না রোহিদাগী রা তাবীরমদনা পুলিসশিংত্থু শাওহুনা চৎখি৹ তশেংনা মহাক্কী কমপ্লেন অদু পুলিসশিং অহুনা মখোয়দা কাগী শাররিবা ওইনা থনখিবনি। ইকায় - হুংশি য়ামরুবা রোহিদাহু কপ্পিং - কপ্পিং তৌহনা লৈহোরে।

\+ \+ \+ \+

অমুক্তং উনহুনা মফমদা চমখোক্লবা হায়জগে থম্না লৈরিঙৈ মী চিন্নবা বজার অমদা অগজাদনা রোহিদাবু নোংমা নুমিৎ অমা থেংনরমই। মনাক্তা চঙশিন্দুনা অমজাদনা হায়রকই

— য়োহিদা ! ঐবু খাকপিযু৹ নঙোন্দা ঐনা লানরে

মমিংত্তু খানা য়েংলম্নগা থাজদনা রোহিদানা থুৱাক্তা মথুং পেম্না অমজাদকী মমাইদা থারকখি। অচৎ - অওক মীয়াম অদু মতৌহুদা য়োমশিন্দুনা য়েংনরকই অমজাদতো ইকায়জখিবনা মীয়াম মমাওহুদা বা মচেৎ অমা ঙাংবা ঙমদনা মরু লুকখহুনা থাওই৹ মহুতনা পেম্বা ঙমগ্রিবা অশাওবনা হেনমনগ্রবা রোহিদানা অমুকস্থু মচিন পেম্না ঙাংথরকই

— কনাগী য়োহিদা ? নও ঐগা করি মরি লৈনগে ? ইকায়বা থওদবা লমচৎ নাইদবা শা ! নওশুম্বনস্থু ঐবু লৌগনি থম্বদি নতিক্রা ? ঐগী মীনাই ওইবা কাওবদা নওগুম্বদি মতিক চাদে৹ য়ু - অঙুঁ হৈন অসি হায়রম্নগা রোহিদাহু লৈথোক্লুনা চৎখ্রে৹ থোং - নোবী লৈরাংগী লৈনাদস্থু তিম্মও পাল্লি হায়বহনি৹ কেজ - নৌজমথক্তনা পকচবী নুপী ওইবঁনা অস্থক তমখিরমগনি হায়বদি অমজাদনা নোংমত্তস্থু থম্নুবা লৈখিদবনি। অত্তবু ঙসিদি লৈরাংগী তিম্মঙনা মুমরে৹ নুংশিবা হু ওংরে। মীয়াম মাঙহুদা চোপচবা নওলবা অমজাদ কনাবুস্থু হন্না

য়েংলম্বা তোমদনা নৈথোক্লকখি অতুগা মহাক্কী গাড়ী ভান অতু থোক্লুবা লাক্লে। গাড়ীগী য়াঙলবা থোঙজেলনা মুংশিংকী মাঙ থাবা চেল্লি, মীগী থম্মোয় শেংলবা য়োহিদাগী য়াইহেশিং অদুম্ হৌজিক্তা অমুক নাকোং শীংজা ঙৈনা হুয়া - হুয়া তাররি। য়াথবা লাকহংথিজনা য়াংদা অচৌবা মাল গাড়ী অমা লাক্লীবতু অমজাদকী মমিংতা কখি অমত্তা টংহৌখিরমহে, মথংগী মীংকুপ্পুদি গাড়ী অমিত্তু থোমজিনহুনা মহাক্কী গাড়ীতু মথক - মথা ওনগা লম্বীগী নকন্দা লৈবা ত্রেন অমদা তাখি-রমই।

হোস্পিটালদা লায়কল্লনবগীদমক য়ায়া থম অমজাদপু ওপরেসন ঠিয়েটরদা পুশিনরে। তাল্লক অসিদা বেগম অমসুং মচেন মুপী লৈনাগা অনিত্তু য়োমক্লে, মথোয়না ওপরেসন ঠিয়েটরগী থোঙ মপান্দা মঙ্গলগী পাওবু থোয়াংনা ভাইতুনা লৈ। ভাইহকী তুংদনি রুম অতুগী থোঙ হাংদোক্লুমা মচীম কিনা পুথা ডাক্তর অমা থোক্লই

— "ডাক্তর!" লৈনানা

— "ডাক্তর! কিভম কল্লিনো হায়বিমু"

ভাইভমদনা বেগমনা হংলুই, মচীন্দা পুল্লিবা কি অতু লোথোক্লগা মুংভাইবা মাইথোঙ উৎত্রবা ডাক্তর অতুনা তপ্না হংলকই

— পেসেন্ট অসিগী মী ওইবীয়ত্রা ?

— "হোয় হায়বীমু ডাক্তর" লাংতক্লনা লৈনানা

— আই এম শোরি, মহাক কয়া ওমজহৌত্রে

ডাক্তরগী বা অসিদা লৈমা অমসুং বেগম থিংবা ওমদনা থোক্লেল থোক্লা কপ্লক্লে, লোইননা অভোবা কি অমনা কুপ্পতুনা অমজাদকী থবাই য়াওত্রবা হকচাং অতু নর্শ সিংনা রুম মলুংদগী ইম্থোক্লক্লি। চেনশিন্দুনা থবাই য়াওত্রবা মাবুংগী হকচাং অতুদা কপ্লগা লৈনানা

— ইভায়..., কয়িগী তুমিয়া লৈরবা মঙদি ?

মুংশিবগী 'হ' ওয়বা চৈনা অমা পুতুনা চংগ্রবা মহাক্কী থম্মোয় অতুদি লাক্লখিদবনি।

১৪

* <u>After one year letter.</u>

— মসি লৌশিন্বীয়ু ইনে মচা।

শেলগী বন্দল অমা টেবল মথক্তুদা থম্লগা কুরবাননা হায়রকখি, শেল অদু তপ্পপ লৌশিল্লগা খোন নৌথরদুনা রানিনা হায়রকই

— ইবুংঙো কুরবান! নঙনা ইস্লোক্লা য়াম্না হেক তৌবিরে

চুরুট মচৈ অদু চমথংতুনা শাংনা অমুক্তং চৌংদুনা কামথোক্লগা কুরবাননা

— মসিদগী হেন্না কয়া ভোজরকখিগনি, ইনে মচানা ঐগী অনিংবা অসিদং থংহন্বীরবদি ।

— ইবুংঙোনা ঐগী ইচা দুপীদা বাথন থন্বীরকপা অসিদি য়াম্না লাইবক ফরিবনিদা

— অদুদা ইবেম্মাগী পুক্লিংদি থঙত্রিবা

— করিসু থন্নুগনু ঐগী ইচাদি মমা ঐগী অপাম্বা লম্বীদা চংপা ভাবনি, মসিদা অমুক করি থম্লিংঙাই লৈরিবগে?

— ইনে মচা! ঐ নিংঙ্গবদি হন্বা তৌদে অদুগা ঐগী মাই চোপ- তবনু ইনে মচানা থঙনঃ কনবা অদুম শিন্বীরো

— হে- করিগী চোপকদগে মমা ঐনা দায়ত্ব লৌরবদবু শোইবা হৌনব্রা?

— করে, পুন্নমক ইনে মচাগী খুত্তনি

— হোয়

— ঐ অমুক চৎচরগে

— করে - করে ইবুংঙো ! অমুক লাকউ, ইনেননে পুন্নমক শিন্ন-ন্নগদৌনি

— খাগৎচরি

কুন্নবান থোকল্লে· মখুত্তগী শেল চাবুন অহু য়েংলগা ন্নানিদো নোক-কেৎ তৌন্নকই। মবুকথোক্তী মচামক্তি নত্তবশিনা নুংশিবা মচেৎ অমা কাওবা খঙল্লবা ন্নানিনা পাম্নিবদি মচা নুপী ন্ননজিনাবু তৌবা ঙম্বা শেলজাও পায়বা কুন্নবানদা খং - মন য়োৎদৌন্না খাক্তন্নগা মচুগী মতিক চাবা মমল চাওনা লৌবা অহুনি। অহুবু অন্নং - অন্নাক পাম-জবী অচাওবা কাবী ন্নানিগী ন্নাখন কদায় কাওবা চুমগদৌন্নিবা হান্নবা অহুন্নি কন্না নুন্না নত্রী।

মুন্নিৎ অহু মচা নুপী ন্ননজিনাগী কাদা চঙলক্লগা ন্নানিনা হায়ন্নকই

— নঙ ! খঙলত্রা ? হুয়েং য়ুমশিদা মী লাক্লনি, নশা তনান - তনান্না লৈন্নু, মহাক্না লাকপদা হন্নাও - হন্নাওনা তৌবীগদবনি

— "কনানো লাক্কদবা ?" ন্ননজিনানা তঙ্গঙ্গা

— কুন্নবান ক্নায়বা মতিক মগুন লৈবা নুপা অহুনি

— ইমা !

— মী মবুক্লীং বান্নোইনখিবা ন্নাবা নত্তে, মশিদা নঙনা হন্নাও হন্নাও ন্নান্নকদি মঙম্বু ইজ্জৎ লৈনা ন্নাম্না চাওনা লুহোংন্নীগনি

ন্নানিদো অশিনং হায়ন্নম্নগা থোকখি। ন্ননজিনা নো-মতন্নু মমাগী ন্নাখং হিক্লোকপা ঙক্লখিন্নবীনি, করি হায়ন্নগনি মমাবু কিজবনা কান্ন অমা কাওবা হায়জবা ঙমজখিদে ন্ননজিনাদো মায়খোং লাংশিনক্লে, করি থোক্লগবা ওমচাক্লনা থম্মোয়মুংদা পল্লেকম খঙদনা মঙল - মঙল থলহৌই।

\+ \+ \+ \+

থল্লুবা রাখন খুদিং সুংশিবা মহাক্কী এইনা তৌই থমজখিবনি থাজবা পুম্নমক মহাক্কী মকমদা। তৌখিবা রাখি কয়াবু নিংশিংহুনা - নিংশিংহুনা সুংশিবগী লাইনিং ওইরক্লি। ইনাক্কা [illegible] লৈরিবৈ থোইদাক্লা 'নাংমক' থল্লদবনি অদুবু ওস্লিদি লাপ্পরবসিদা করিগীনো সুংশিব অসিনা অসুক মমল লৈরক্লিবা? লাপ্পা [illegible] থম্মোয় অনিগী রাখনদি লোংদনা ইনাক্কা অসুম লৈহৌরে। [illegible] মথক্তা অরাবা অমসু অমুক হাপচিল্লীরক্লি, শোল্লবা সুংশিবকী [illegible] তংথ্র-গক্লা সংলাসে পত্থং য়ৌগ্রিতৈ? থবাইনি থনজমদ্বা [illegible] নহাক্লা লোংদনা 'লৈবিরম্লবাশিত্তা পুন্সি অসিনা থরিগী অসুক [illegible]গনি? পলেম ইমা অপোকপী লৈখিহৌবা নহারুদি [illegible] নচাগী পুক্নিংসে, শিক্ষরম্লিবা পীরাং অসিসু তৈথোকপীরমগদ[illegible]তা, অদুবু তদ্বীরগনা নোংদম্বা মহাক্লা লাইবক্তা পুন্সি অসে [illegible] ওইরে, থওবী ইবীনব কনা লৈতনা অরাবা থৈচাকসে [illegible] থাওজবা অসিনা ভাইরে। মদোমক্তা অসুম থল্লু থল্লুরগা পুক্নিং[illegible] নৌর-কই, পীরাং পীরোইনরকই। তাক্লা অসিদা কুরবানদো [illegible]কই

—"রনজিনা!" কুরবাননা

— "হা - নও!" রনজিনা ফামদগী ফুক [illegible]

— হোয়, ঐ লাকচরি

— অদোম মফমসিদা...

কুরবাননা মরক থংলগা হায়রকই

— নওবু সুংশি - পাবজক্কবনা নওগী থোওজিন [illegible] ঐ লেপ্প-রিবনি

রনজিনাদো তুমিন্না অহুমক লেপত্তুনা লৈ, চুরুট মচৈ [illegible] শাংনা অমুক্তং 'চিংলুরগা কুরবাননা [illegible] ভারকই

— নহাকপু ঐগী পুন্সিগী ওইজগে থম্লি, অদুগা নহাক্কী পুক্নিংসু থওজনিংই

ভাইহক তুমিন্না থল্লুরগা রনজিনানা তপ্পা হায়রকই

— ঐগুম্বী অমনা অদোমগী ওইবদি মতিক চারোই, অমুক্তং খন্নীখো

— অরাংপা লৈত্রবী নহাক্না ঐগী ওইবদা মতিক চারোইদবা লৈতে

— অমুক্তং খন্নবীখো

— কয়ারক্ হন্না খল্লুরে, নহাক্না মতিক চারগনি খল্লরে

— রাখন অতুদি ওন্নরে, ঐগুম্বীদি কম্বিসু ওইজনবীনি, ঐতোন্দগী হেন্না মতিক চাবী খন্নদা অদোমগী য়াংলোই

— ঐগী ওইনদি নহাক্না অরোইবনি, পুন্সি লম্বীদা নহাক্না ঐগা চংমিন্নরবদি নহাক্কী করিগুম্বা অমত্তা য়াংহল্লোই, নত্তগী অপান্না পুন্নমক্ ক্লনীং থুংহনগনি

— মত্তু ঐ পামজদে

— মরমদি... ?

— ঐ কৈদৌনুংদসু য়ুংডাই - য়াইকবা পুন্সি পামজদে অদোমগী রাখন অত্তু থাদোকপায়ু

— রনজিনা !

মখা অমুক তারমদনা রনজিনাদো চত্তখে, মহাক্না চত্তখবা তুংতুদা তুমখবা চুরুট মচৈত্তু হুপোকখ্রগা অনৌবা অমা অমুক লৌথোক্লনা চমখংলগা শাংনা অনিরক্তং চীংলগা কুরবানদো থোকখি

মহাক্কী কাদ চত্তখগা মদোম তিম্নং লেপ্পুনা লৈরি রনজিনাদো মবুক্কিংদো মওল - মওল খন্নরকই। মখংগী মীকুপ্পুদি তৌকম খওল-কত্রত্তুনা কামুংতুদা মমাই উপশিল্লগা হিক্ক - হিক্না কপ্লক্লে, থাম্বীনবা লৈত্রবা মীৎলু অনিগী পীরাংতুসু মনীং - তম্না শিম্বরক্লি, ভোইনা তারক্লিবা শয়াংশিংতুসু থোমগৎতুনা অমুক শেমজিন্দুত্রে, খম্মোয়মুংগী অচাকপা কয়াতু কামুংগী কিদো থুবাম চেংনা পায়শিল্লতুনা তনৌমবী থুংশাতুনা গুরু - গুরু নৈতুনা থাওজরকই অহিক্লরবী খোজেলনা কা অতুগী অচিকপতু থংগাইরমই। পোক্তবী মমাগী খুংশিন অহুতব

মহাক্কী থম্মোয়না য়াম্না পেনজখিরমদে। ঙাইহক্কী মতুংদা য়ানিহু চঙলকই, রনজিনানা কপতুনা লৈরম্বহু উবদা খোঙজিন্দগী লেপতুনা হংলকই

— কৈদৌয়ে নঙ! কৈদৌরগেবা?

— ইমা! নচাবু ঙাকপীয়ু, ঐ হুপা অহুদা লুহোংবা ঙমজরোই পীরাংদো ফিজীনা তৈথোক্লহুন্না রনজিনানা হায়রকখি

— হি. অহুগী ওইরিবোইরে?

— ইমা..!

— উনিংদে, নঙনা খল্লিবদো ঐ খঙই, মহু ওইবা য়ারোই, নঙ। য়োসনগী বাথন থন্না থাদোকউ, অহুগা ঐনা শিল্লিবা অসিদা য়ারবদি কৈ নত্তহুনা ঐবু য়াই থুনবা তৌরবা নঙ কয়া কবা থোক্লোই হায়বা খঙউ

অসি হায়রম্নগা রানি থন্না খোকখি, তবারবী চিম্নানহু পেম্নি-পেম্নি রনজিনাদো কপতুনা লৈহৌই।

১৫

চেহৃম্রিবা তুরেলগী ইচেল অহুমা ংনরকখিবদি য়াই অনৌ-অনৌবা ছিদেন কয়া অমা অহুবু তুং বশিং অহুমুদি অমুক হন্না উনরবোই। পুম্লিগী হৌগ্রবা থোংদোক কয়াগী বাক্লিনা লুপগ্রবসু অঙাওবগী ইরোম্নংদা তপ্না-তপ্না কান্দা নিংশিংলকপদা শিন্থরিগনি পীরাং। হৌগ্রবা থোংদোক গী বারীবু নিংশিংলুবগা বেগমদো মদোমতা হিক্লা-হিক্লা কপচরমই

— "ইনম্মা!" লৈনা চঙলকই

পীরাংদো মচন নুপীনা উথিদনবা কিন্না লোন্না তৈথোকপগা বেগমনা হংলকই

— লৈনা! করি হায়রগে নঙবু?

— ঐনা হায়রদো ..

— করিবুনো নঙনা হায়রবু?

— অপ! ঐদি তপ্পরেদা

— লৈমা! বাদি হায়দনা!

— হায়গ্রবা অহুবু

— ঐদি কাওরেবা, অমুক হায়রো

— অহুদনি ঐমা তনজরক্লিসে

— করিবুনো?

— লুপা চাম্নাথক্তংদা পীয়োবা

— অতুগী ওইরে ?

— নত্তদি

— নত্তবু কদায় চংকদোইনো ?

— ইমাম্নবী অমত্তা উনরুগে

— কদায়দা, কনানো ?

— অশ ! শুম হংজিন্নকপসে ঐ য়াম্না তম্লি-কো

— হ য়রম্লগা চংলে! হায়বনি

— ঐ পোম্বীদো উননিংই, য়াম্না শুংশিয়েবা

— ময়ুমদা চংলুদোইরা ?

— অং...,

বেগমনা পৈশা লৌথোক্তুবা লৈনাদা পীরগা হায়রকই

— শে • লোরো, য়ুম অশিদা হুপা লৈবা নত্তে, [illegible] পঙচং - চংথোকপসে চংথোকহন্নিংদবনি, নঙ ! থুনা হল্লকউ-কো

— পুম্নমক ঐ থঙই ইনম্মা !

— নঙনা হল্লকত্রিবা কাওবা য়ুমশিদা ঐ ইথম্মা লৈহৌপদৌরিবনি

— ইনম্মা ! ঐ য়াম্না থুনা হল্লকনি, থাই

লৈনাদো হয়াঙ • হয়াঙ থোকখি, মহাক্না থোকখিবছু বেগমনা মীৎ কৃপ্তনা য়েংহৌই।

\+ \+ \+ \+

মকোক্তু শুমিদাং বাইরম যমশিন্নক্লবা মতম অতুনি। লৈনা মথন্দা জম্বী অতুদা হাথ্‌ • হাথ্‌ লাকই, থঙহৌদনা তুংলোমদা লৈথোক-লুবদা কুববান অমদি মহাক্কী গেং অতুগী মী থরা গাড়ী মচাশিংদা থৌজিন্নক্লিবছু উরকই। ফিভম অতু থঙলক্তুনা মতুদগী নাম্নোক্নবা লৈনা-হু চেল্লমই, থরা চেল্লক্লগা মহাক মোঙশোং অমগী মকমদা লৈশিন্দনা

লোৎখ্রে। কুরবানগী পার্টি অদু য়ৌশিনক্লুন মখোয়না মযম তংদা গাড়ীশিংদু থম্মগা মাইগৈ খুদিং চাইখোক্লদুনা রুপী অদুবু হংনবা তান্নখি। তাল্লকশিদা লৈনাদু চোম্থ'ক্লক্লনা মহাক্কা খুৎলৈ থুনা মখোয়গী গাড়ী মচাশিং অদু মথং-মথং লোইনমক মুংশিং থাদোক্লমগা চেল্লকখি। লাইবক খিবদি রুপা অমনা খঙহৌদনা মহাক্কী মাঙদা লম্বী থৎলরে, লৈনা তুং হন্দুনা চেৎমু ডমংগ্রে,

— চেনগম্মু রুপা! চেনগম্মু

অসি হায়রদুনা রুপা অদুনা তপ্পা চঙশিল্লকই, পাখৎলবী লৈনানা মহাক্কী বেগ অদুনা রুপাদুগী মমাইদা খোমদংলমগা মহাক চেনলকখি। অদুবু হৌজিক মহাক্কী লম্বী অদু কয়া শাংলমদে, খঙহৌদনা চোংখোক্লক্লনা কুরবাননা মাঙদা মহাক্কী লম্বী থৎলরে,

— হন্দোক-ও, লম্বী থাদোকউ, হন্দোক-ও

মনিংশা স্বর থবেং-থবেং হোল্লবী লৈনানা হায়রকখি

— ঙসিদি নহাক চেৎনা হিংলরোই, নঙ। ঙসিদি ঐগী খুৎতা তায়গনি

— নত্তে, নঙ! ঐবু থাদোকউ, ঐবু থাদোকউ

লৈনানা হুজিন-হুজিন হায়জরমই অদুবু মীগুংশি খঙদ্রবা কুরবাননা তাবিখিদে। লৈনাদু তুং-হন্দুনা চেৎবা খোরাংলকই অদুবু তুংলো-মদমু মী কত্তবশিং অদুনা কোইশিল্লকখিরমই। উপায় লৈজরবী মহাকপু কুরবাননা শুপকোন-কোনশিল্লগা নমদুনা মোঙশোং অমগী মরুমদা থাংজিল্লি। মৌজরিবী লৈনাগী মীকপ-মীরাওখোল মরক্তা মশানা য়াদ-য়াদনা নমফুদা মী কত্তবশিং অদুনা নমদুনা ইজ্জৎ মাঙহনবীখিরমই। শিন্না-শিন্নদা হুজিন-হুজিন নৈহৎপীরম্মগা মথুং পেল্লবশিং অদু মফমদু থাদোক্লুনা থ্না চৎল্লে। নমজা-নমথেক্লবীদুনা নৈহৎপীরম্মবী লৈনা অমান মাঙদুনা মদোম তাদুনা লৈহৌরে। লৈশাৎ তম্মকপদা তাইজরিবীদো থাঙওথক্তা লৈমন চলহম্বীগ্রে।

# ১৬

অশিং অরান্থাগী খঙহৌদনা হৃত্রকখিবা ভমখিররবা নোংলৈ অমনা লৈথোক্কগী নৌনা শেংনা-খাইনবব্রিহনা মলেমদা চোইনা কেলহন্বী রবী থাঙগথক্কা লৈমন চলহন্বীরবী লৈরাং অমগী পুন্সি রারীদি খস্নোয় শোক্লিংঙাইনি। মালংবগী শাহন্না কনখিবনা কায়নহন্বীবত্রা লৈথোক মাগা নত্রগা নোংদন্বা মাগী থৌশিন্না অশুম থোকত্ত ডন্বীর-মখিবনরা? কনাবুনো লৈমন চল্লবী লৈয়াং মহাক্না বারৌজ্জরমগদবা? লৈথোক্কা লৈশাং তমজব্রিডৈ ডাইবঙগী লৈতেং ওইজরল্লবস্থ মলেমদা চোইনা কেল্লবী লৈমম চল্লবী লৈমাংদি মীওইবগী থোঙনেংনকম ওইনহুনা তোক্লগত্রা?

হন্দক মরক অসিদা মহৌশাগা মান্নদনা হোংলক্লিবা মচম নুপী লৈনাগী মণ্ডং-মতৌ অসি বেগম চিংনদবা ওমদে। লৈনাদো মহৌ-শাগুম্না হয়াও – নুংঙাইবা মাইথোংদু উখিত্রে, মহাক মহৌশাগা মান্নদে, মচি-মচি খুদিং মদোম তুমিন-তুমিন পঙহনা অস্থম লৈবনা মহাক্কী হৈনবী ওইরক্লি।

— লৈনা! নঙবু কৈদৌরবগে? হায়যু, নশা ওমদত্রা নঙবু? মতোমদা তুমিম্না ইপঙ-পঙনা' লেপতুনা লৈরম্বহুদা বেগমনা চঙশি-ল্লক্কুনা হংলখি, ঙাইহক মমিংনত্তমক য়েংলম্নগা লৈনানা তপ্পা খুম্নকই

— কম্নিনু তৌদে

— অশেংবন্থ হায়রু, নঙগী নতৌসে ঐ ম্রাল্লা মুংঙাইতে-কো বেগমনা, তকশিন্দুনা হংলকখি, ফিভম খজিক্কং হোংলগা লৈনানা

— ঐবু কৈদৌরবগে ?

— নঙ অসে, হন্দক মরক মহৌশাগী ম্রাম্না মাম্নদেনে ইবেম্মা ! করি ননীং থ্ংদবা নত্রগা খরি পেন্সবা লৈবগে ইনম্মদা হায়রু

— ঐ করিমু তৌদে হায়রমক্কদা...,

— অহুবু ওইরবদি ফৈয়ে, নঙগী নত্তৌসিদা ঐদি পঙরা হাত্তে অসি হায়রম্লগা বেগম চংখি, মথা তারমদে। লৈনা মদোম তুমিল্লা লৈহৌরি, পুক্লিংদো মঙল - মঙল থল্লকই, খোকখিবা থৌদোক অহুগী হারি মহাক্না কনাদমু খঙহনখিরমদে। হারিতা লৈহৌগনি, মোক্না চাওবা তাইবং সমাজ অসিদা মহাক্কী মহৌশাদমক চোংথোকপীরকদবা কনা লৈরোই থম্না লৈনানা থৌদোক অহু মদোমতা লোংশিঞ্জখিবনি। মহাক্কীনি হায়বদা মনম্মা থক্না করি তৌবা, ওমগনি ? উপায় লৈতনা থবাক লৈদ্রনা খাঙজগদবা অহু মঙাই অহুবু মাবুং রোসন অহুদং য়ুমদা লৈবিরম্বদি করিগী অস্মুক মবুক্লিং হম্থজক্লগদগে ? থম্ - থম্নরগা লৈনাহু থম্মোয় পুবা ওম্লকত্রে, শাহিং চাবা হিংচাবশিং অহুনা ওমই মতাগুম নৈহৎপিখিবত্ত মুপীজা ওইবী কনাগী থম্মোইনা থাঙবা ওমগদগে ? লৈনাদো মহাক্কী কাদা চঙলক্লে, মীৎলু অনিগী পীরাং ইহৌরকই, খিংবা ঙম্নকত্রহনা মবুক্লিং মুংশিনা কপথোরক্লে, থেমজিম্বিনবা কনা লৈতনা মথম্মোয় পেম্না কপচরমই। অরুৎপা লৈতনা শিন্থরক্লি মিৎলু অনিগী পীরাংসু, থম্মোয় কায়না কপ্লগা হেম্না মথোই হাপকৎলক্লিবা পীরাংনা তনৌরবী মাইথোংবুসু হঞ্জিন - হঞ্জিন চাম্বীরে। নৈহৎপীপ্রবী মশাগী ইজ্জৎ মাঙজরবী মুপীজা অমগী মৈচাক্তি করি তায়না ওমগনি ? বেগমদো তাঞ্জাসিদা মচন মুপীগীদমক শঙ্গোম গ্লাস অম্না পুরক্লুনা চঙলকই, কপ্লমহু খিংলগা লৈন্নানা থ্না কিজিনা তৈথোক্লুনা শিন্থরক্লিবা পীরাংহু মনম্মাদগী লোংনথা হোংনরমই

— লৈনা ! শঙ্গোম থকউ

শাঙ্গোম গ্রাস অত্থু চৈরল মথক্তুদা থগ্রহনা বেগমনা হায়রকখি,

— ঐ থক্লিংদেদা ,

অচন মুপীদা চিংননা ঋেংলগা বেগমনা হুংলকই

— চাকম্ভু নিংথি মুংঙাইনা চাত্রবা, কৈদৌরবগে কপ্পম্লিব্রা নঙবু ?

— কপতেদা…,

— নদোম তুম্বিম্না কয়গা নপী ত্তারম্লিবনা করিগী ?

ঙাইহক মূম্না য়েংলুরগা বেগমনা হংলকখি, শেমজন শাজিম্বা ব্রাহৈনা থুম্নকই লৈন'না

— করিসু তৌদেবা, চম্না মীৎ মুংঙাইতহনা তৌরিমে

— অশেংবা হায়য়ু লৈনা ! হন্দক মরক অসি নঙ ! অম্বুম্না হেক-হেক তৌই

— মিৎ মুংঙাইতহনা তৌরিনি হায়রিমক্তা…,

— অহুগী নত্তে, নঙ মহৌশাগা য়াম্না মান্নদে

— ঐবু কৈদৌরগে, করিদা মান্নগ্রগে ঐবু ?

— মান্নদে নঙ ! অশেংবহু হায়য়ু

— ইনম্মা ! অশেংবনি হায়রিসে

— লৈনা ! নঙ ঐঙোন্দা ওইদবা ভাংলে নত্রা ? য়ুম অসিদা লৈরিবা অসে নঙ অহুগা ঐ ইবানি অসিদনি ঐগীনি হায়বদা নঙথক্তনি, নঙগীসু ননম্মা ঐনা লোইরে, ফিভম অসিদা নঙনা তৌরিবা অসিবু করিনো ? অফ-ফত্তা পুম্নমক তাম্নগদবনি, হায়য়ু নঙ ! ঐঙোন্দা লোৎকনু, হায়য়ু অশেংবহু নঙবু কৈদৌরবগে হায়য়ু

— হংজগ্রপোৎনি, ইনম্মাশিমা

মীৎলু অনিহু পীরাং পীরোইনরহনা লৈনানা শাওরংনানা হায়রকখি, তপথরগা বেগমনা

— হংদবা য়ারিব্রো, মহৌশা নঙবু অম্বুম্না তৌরমব্রা ? লৈনা ! মতম অসি কংত্রবনি, ইমুং-মমুংগী দাম্নত্ব পুম্নমক নঙনি, ঐনা লৈরিবা অসিসু নঙগীদমক্নি, পুক্লিং হম্বগনু, থাঙবা কমু, মুপী ওইরবসু

ক্বিভম অসিনা হৌজিক্তী থৌনা লৈতবা য়াত্রবনি থৌনা ফবা ত্তম্ন্-কো অসি হায়রম্লগা বেগমহ্র থোকপ্রে, মনম্মা থোকল্লগা লৈনাহ্র পাংরাং নৌথরক্ত্‌না অমুকম্ হ্রিক্না - হ্রিক্না কপ্লকই। কয়াম কুইনা হৌগ্রবা মতমনো খঙদে, কপ্লপলগী লৈনাদো মঙস - মঙল খন্থর ঙ্ক, অনৌবা রাখলগী মঙাল অমা লাকপগুম্ তৌরকই, পীরা-দুম্ ফিজিনা চৈথো-কখি অদুগা ফম্বদগী তপ্পা হৌগৎলকই।

+ + + +

মঙল - মঙল কযারক হম্না খল্লগা মশাগী ওইবা ফিরেপ অমা লৌদুনা য়েক্রবশিংগী মথক্তা চশ - চানা লমন খুম্বা লেপত্রবী লৈনা-দো স্নমিং অদু মাইব অঙ্কলগী 'প্রাইভেট সেন্টর' অদুদা লাকই। মতমহ্র অঙ্কল টেবলদা ফরিগুম্বা চে অমা ইদুনা লৈরমই,

— "অঙ্কল... !" লৈনানা

— লৈনা! নঙ মফম অসিদা... ? লাকও - লাকও চঙলকউ অঙ্কলনা হরাও - হরাওনা লৈনাবু কৌশিম্বিরকখি, মহাক চঙশিন্দুনা মনাক্তী চৌক্রি অদুদা তপ্পপনা ফমথরমই, অঙ্কলনা হংলকই

— নঙবু ঐগী অসিদা লাকপদি করি হায়নিংই ?

— অঙ্কল .. !

— হায়য়ু, ফিংনগন্থ

ঙাইহক খল্লুরগা লৈনানা হায়রকই

— অঙ্কল! ঐবু নহাক্তী সেন্টর অসিদা ত্রেনিং খরা য়াওহন্বীয়ু

— নঙবু .., নহাক্তি করিগী ?

অঙ্কলনা লৈনাগী মাইথোংদা য়েংলগা ওক্না হংলকখি, তপ্পপনা লৈনানা হায়রকই

— হৌজিক ঐথোয়গী ইমুং অদু নুপা হায়বহ্র লৈত্রবনিনা পুম্নমক্তী মহুৎ শিম্বা ঐনা ওইরক্লে ..,

লৈনাহ্র মখা তারক্তে, ঙাইহক খল্লুরগা অঙ্কলনা

— ও —, ঐ খঙলে, মতম অসিদদি নহাক্না খল্লিবা অহু চুমই,
অহুগা নঙগী ইমু'গী ফিভম অহুনসু মহু তঙাই ফত্রে

— অঙ্কল !

— নঙগী নানম্মা অমদি লৈল্লিবা নত্রা ?

— হোয়—,

— মহাক্দি য়ারত্রা ?

— মিঙ অঙ্কল ! পুম্মক অসি কনাসু খঙহন্বিসু, অরোবা ওইহল্লিয়ু
অসি হায়না লৈনানা খুনা হায়রকখি

— মরমদি... ?

— অঙ্কল — !

লৈনাহু মথা তারকখিদে, মথাই লুকখহুনা লৈপ্লবহুদা অঙ্কলনা হায়রকই

— ফরে — মহু ওইরসনু, নহাক করিদি পামই ?

ঐগী সেণ্টরসিদা মখল শুনা লৈরে—কাইট, অহুগা খুৎচু — খুৎলায়গী
অমদি গোয়িলা বার ফেয়ার...,

— ঐ- ওল-টস

ঙাইহক খল্লুরগা লৈনানা হায়রকখিবনি নোক্লপ তোয়গা অঙ্কলনা
হায়রকই

— নহাক খোনা ফগদবী মুপী মচা অমসু মাল্লি, ফরে, নহাক
ঐগী সেণ্টর অসিদা হয়েংদগী চাং নাইনা লাক্লো অহুগা ত্রেনিং হৌরো

— থেঙ্ক • য়ু অঙ্কল !

অঙ্কলগী প্রাইভেট সেণ্টর অসিদা মুমিৎ অসিদগী লৈনাহু 'বার ফিয়ার'
গী ত্রেনিং তম্বা হৌখ্রে।

# ১৭

নুমিৎ অছু নুংঙাইরবা 'ঈদ' কী নুমিৎনি। মীপুম খুদিংমক ফজরবা ফিরোইশিং শেৎ - চাদুনা থোক্লরক্লি, অমগা - অমগা থেংনবা উনবদা অশেংবা মীওইবগী নুংশিনবা অছু উৎলৈ। কৈথেল - বজারশিং অমুমু অহাও - অথৎমশিং য়োম্বা অমদি লৈবা লাকপা মীওইশিংবা পীক থল্লি, মাগী - মাগী অপাম্বশিং লৈনরি অছুগা অঙাংশিংনা মথল মথেলগী শান্নপোৎশিং লৈহনা হরাওলৈ মথল মথেলনি, নুংঙাইরবা নুমিৎনি।

ঙসিদি রনজিনাসু ওমজবী থরা কেজরহনা মশুং মমান্নবীশিংগা কোযবা থোকমিন্নরক্লি। মমান্নবীশিংগা ঙাইহক লাংমিন্নরুরবা তুংদা মহাক্না থরা হেম্না লুনা তিন্নজবী অনজনাগা অচিকপা অহুবাইদা ফম্মিনহনা ঙাইহক অমা - নুংঙাই বারি শান্নমই

— হৌজিক নঙবু করি থল্লিনো ?

অনজনানা হংলকথি, নোকফেৎতমক তৌহনা রনজিনানা

— ঐবু করি থনগদোইনো ?

— ঐনা হংলগা অমুক ঐঙোন্দা নঙনা হংজিল্লক্রবা ?

অসি হায়হনা অনিমক ঙাইহক নোকমিন্নরুই, নোকপহু থিংলগা অনজননা মথা তারকই

— অরেপ্পা অমদা অসুম লৈরদোইরা নঙবু ?

— অদুম তারদনাদে

ঙাইহক খল্লগা রনজিনানা খুমকখি, অনজনানা

— মপাওগনু অমত্তা খঙহল্লক্কত্রা ?

— অদুবু ওইরবদি করিগী অসুক বাজক্কনিগে ?

— ফংমদে মহাকনু, অসুক কুইরবা মতম অসিদি ঙপাও অম-
ত্তংদি খঙহল্লকপা চুমইনা,

— খঙদে, ঐ করি হায়গদবনো ?

রনজিনাদু অরাবা শকফম উৎলকই

— তুংগী হায়রা খনহৌদবা নঙনা লাক্কনি

— ঐনা লাকপা তারিত্রা ?

— নঙ অসে বাখন হেনমল্লি

ঙাইহক তুমিন্না লৈরগা পিরাং - পিরোইননা রনজিনানা হায়রকই

— নক্রিতৈ নোংমতনু অসুম্না খল্লুবা লৈখিদে, অদুবু লাপ্পবা তুংশিন্নদি কয়াদা মমল লৈরক্লিবা সুংশিবাসে ? মহাক্কী শকতম অদুতবু ইমিৎশিদা অসুম উদুনা লৈরে..., মহাক্না চংখিবা সুমিৎ অদু হায়জনিংবা কয়া থম্মোয়সুংদা পীক থনখি অদুবু লোইশোকত্রবা থম্মোয়শিনা বাহৈ অমা ফোংদোকপা ঙমজখিদে, সুংশিবা অসিনা অসুক বাহৈগিগনি খঙজরম্বা মপোকসিমগী হিংলমদবনা মফরমে।

— রনজিনা... ! নহাক্না হুজিক খল্লিবা অসিবু করিনো ?

— পুন্সিনা হিংলিবা মথৈ মহাকপু ঙাইজখিবা তারি

— মদুবু ওইথোকপা য়াগত্রা ?

— ঐগীদি মসিদা লেপ্লবনি. মহাক্কী মকমদা খমথিবা থাজনবা অদুদি ঙাকনি ঐ

— নঙগী ইমানা মদু পামদে, কুমখান অদু তরাইবা মীওইনু নত্তে, তুংদা ওইরকদবদু খল্লু

— কৈদৌনুংদনু মদু ওইথোক্লোই, করিগুম্বা ফিতমনা য়ারোইদবা

লৈরবা ইথম্তা শিজবা মহু মঙাই

— রনজিনা ! নঙগী ফিরেপ অতু কনমল্লি, য়োসনগী পুন্সিনা করিগুম্বা লাইবক থিথিবা থোক্লবদি নঙ কৈদৌবা… ?

— ঐগী পুন্সিমু মতমতুদা অয়োইবা ওইরেদনা, মুংশিবগীদমক পুন্সি অসিমা কথেকোথিবদা ঐ করিস্মু চিংনদে

— নহাক অমুক্তংদি থনখো

— কয়ারকস্মু থল্লে, মহাক্না ঐগীদি অয়োইবনি

— নঙগী পুন্সি লম্বি অসি তম্বদি ঙম্বা নত্রি

ঙাইহক থল্লরগা রনজিনানা হায়রকই

— অনজনা ! করিগুম্বা মহাক্না লেংদনা ইনাক্তা লৈবিরম্বা ঐগী পুন্সি অসিমক য়ৌন' বাজরয়োই অতুগা অপোকপী ইমা অতুমক লৈবিরম্বা মচা ঐগী পুক্লিং থঙবিরমগনি-কো।

অসি হায়তুনা মহাক সুং-সুং কপ্লকই

— রনজিনা ! নঙ কপ্লত্রা, ঐনা নঙগীদমক করি মত্তেং পাংগনি ? অনজনানা মহাকী মতৌতুদা মুংঙাইতনা হায়রকথি, পীরাং তৈথো-ক্লগা রনজিনানা

— অনজনা ! ঐ ইমানা চৈবীরম্লগনি

— চংলগেরা ?

— অং, ঐ চংলগে

— করে, নঙ ! মুংঙাইতবা পম্বন থনজিনগন্নু

— কোম্না অমুক উনরসি, ঐ চংলে

— করে

রনজিনা চংথি, মহাক্না চংখিবতু মুংঙাইতনা অনজনানা য়েংহৌম্নি।

মুমিং অতু অশোইকম অকায়বতা থিতুনা লৈরবী য়ানিনা থোঙ-জিন্দা লেপতুনা মচা মুপী রনজিনানা হনজিল্লকপতু ঙাইহনা লৈরমই

— কদায়দা চংলুই নঙ ?

মশিং থানা য়েংলতুনা য়ানিনা হংলকথি, করি অমস্তা থুমদনা রনজি

নাহু মক লুকথহনা লেপই, রানিনা য়াক্লবা খোনফমদা মখা তারকই

— লাংবা য়াওরুম্বিত্রা ? মখোই কাবী ! চৎলু ইমুংদা

রনজিনা চুমিন্না ইমুংলোমদা চঙলকই, মমাগী অশাওবা অচু উবদা মহাক য়াম্না থুনা মফি - মরোল হোংদোক্লমই, তানজা অসিদা রানিচু মহাকী কা অসিদা অমুক চঙলকই

— ওসি নঙনা খোকখিবা মতম অসি কয়া কুইরে, অহুগা হুজিক্তা হল্লক্লিবা নত্রা ? হুজিক নফি - নরোল পুম্নমক মৈ থাদোক্কে, ওসিদগী নঙ য়ুম অসিদগী মপান শুপখোক থোকপা য়ারোই

অসি হায়হুনা রানিনা মচা- মুপী রনজিনাগী অরৈবা মফি - মরোল পুম্নমক থোমদোক্ন্না কেরোসিন হৈজিল্লগা মৈ থাগৎলকই, মচিন্দমু পেৎমথৈ লোল্লি ঙাংলি । তুমহল্লগে মতাঙম মৈরি মতু রাংনা মৈচাক ফনা চাকখৎলক্লি

— পেল্লু নঙ ! পেমোনা---, ওসি মুমিৎ অসিদগী নঙ য়ুম অসিদগী থোঙফম অমা হেন্দোকপা য়ারোই খঙউ

অসি হায়রম্লগা রানি কা অহুদগী থোকখ্রে, মৈচাক ফনা চাক্লিবা মৈমী অহুগী মৈঙাল্লক্লা মিৎলু অনিদা পিরাং চহুম - চহুম শিন্থরহুনা তিম্বং লেপতুনা উপায় লৈতনা য়েংহুমা লৈহৌই রনজিনাদো ।

# ১৮

থুংজিগী চাং নাইনা লৈনানা য়ুমদগী হেক - হেক মাঙলিবা অসি ঙসিদগী নত্তে মতম কুইরক্লে। মহাক কদায়দা চৎলিবনো করি তৌরিবনো বেগমনা থঙদে অদুবু ঙসিদি মহৌশাঙমা শেম - শারদুনা খোক্লকপদা বেগমনা হংলকই

— লৈনা ! নঙবু কদায়দনো ?

— কৈদসু চৎলোই

লৈনানা শম্মা থুম্রকখি, বেগমনা অমুক হংলকই

— অদুদি করিগী চৎলিবা, নত্তে নঙবু য়ুমদগী থুংতিগী হেক - হেক মাঙলিবা অসিবু কদায়দা চৎলিবনো হায়বা ?

হায়কেৎ লেপ্লমগা বাহং অদুগী পাঙথুমদি পিরমদনা লৈনাদু মমাই লৈখোক্তুনা অমুক চৎলি

— ঐনা হংলিবা অসে নঙোন্দনে লৈনা !

— "ভায় হায়বনি" লৈনাদু লেপই

— "অদু কৈদৌরগে ?" বেগমনা

— কৈদসু চৎলোই হায়রিদনা

— অদুদি নঙবু য়ুমদা লৈবা য়াদ্রো ?

— হুম... থুংঙাইতা তৌরিনে

অসি হায়রদুনা লৈনাদু অমুক চৎপা হৌরকই

— য়ুমদা লৈবা অসি য়ুংভাইত্রবা ?

— "অং—," লৈনানা, মুক চংলি

— হৈয়া ! হায়রিমক্তা অয়ুম চংখিনে

— অশ ! চংজগ্রপোংবনি, ইনম্মাসিমা

— চংদবা য়ারিরো ?

— থুনা চল্লকনিবা

অসি হায়রয়ুগা লৈনাদো অচুম্বক থোক্লনা চংখি, মহাক্না চংখিবতু বেপমনা য়ুমগী ভেরেন্দাদগী লেপতুনা যেংহৌরি।

তুংদা অঙ্কলগী প্রাইভেট সেন্টর অতুদা হেক য়োরকপগা মহৌশাগুম্না লৈনাতু মফি - মরোল হেংদোক্তুনা মথং মথং কোর্স তমথরমই। হৌজিক্তি মহাক শিংথানিংঙাই ওইরবা থাক য়োনা হৈজরে। নোংমা মুমিং অমদি লৈনানা প্রাক্তিস তৌতুনা লৈরিঙৈ অঙ্কলনা হায়রকখি

— লৈনা !

— "অঙ্কল !" লৈনানা

— লোয়শিল্লো অতুগা নহাক ঐগী নাক্তা লাকউ

— 'হায়' অঙ্কল !

প্রাক্তিস তৌরম্বতু ভোকথোগ্রগা মহাক অঙ্কলগী নাক্তা চংলমই, ইকায় থুম্বা উংলগা অঙ্কলগী মাঙদা মহাক লেপই, অঙ্কলনা হায়রকই

— লৈনা ! ঙসি ফাওবা নহাক্না নহৈ তম্লকপা অসি মপুঙ ফারে হায়না ঐনা লৌই

— অঙ্কল !

— ফরে, নহাক নকনগী কা অসিদা চঙউ, কা মমুংদা লৈবা গ্লাস অতু পুরকউ

— ফগনি অঙ্কল !

অসি হায়তুনা লৈনাতু কা অতুদা চঙলকই, মহাক্না কা অতুদা হেক চঙশিনবগা থাজদনা নিংথিজনা ত্রেন তৌরবা মাম্বা নহা ওইরিবা মুপা

মঙ্গিশক লৈরম্বখি, মখোয়না লৈনাদা খঙহৌদনা এ্যট্রিক তৌশিল্লকই, মিকুপ অহুমত্তদা মহাকী হৈ-শিংবা অমদি মখোনা পুম্নমক পুখো-কুনা লৈনানা য়াম্না শাথিনা মখোয় অহুবু মাইথিবা পীরম্লগা কা অহুমগী খোঙ্কুল্লে, মহাক্না অঙকলদা শাওনা হংলম্বই

— অঙকল ! তৌরিবসি কম্লিনো ?

হৈরাওনা নোকখেং তৌবগা অঙকলনা হায়রকই

— ভপথখো, মখোয় অহু অতোপ্পা মত্তে, ঐগী মী ভাক্কনি, ঐনা নঙবু মহৈগী পরিক্ষ্যা অমা য়েংবনি, হৌজিক নহাক্না মাই পাক্লে,

— "অঙকল !" ভপথম্নগা নোকখেং তৌরকই

— হৌজিক ঐন নঙবু মহৈ ভগীবা লোইরে, ভসিগুম্বা নহাক মতুংদম্ মতম পুম্নমক্তা মাই পাকপা ওইসম্ - ,

অসি হায়রুনা অঙকলনা লৈনাবু নাম্থিরকই,

— অঙকল — !

মতম কুইনা পিরাং ভাখিত্রবী লৈনাদো ভসিদি করিগীনো খঙদে মবুঙ্গিং মুংশিল্লকপাম্লে মিকুপ অসিদা মৌহৌনা মিংলু অনিদা পিরাং শিম্বম্লুনা হিক - হিক কপ্লকই, মহাকী মক্তৌদুদা অঙকলনা

— লৈনা ! করিগীনো নঙনা কপ্লিবদি, হায়যু করিগীনো ?

— অঙকল ! ঐবু নহাক্না মহৈ মপুং ফানা তম্বিরে, ওজাবু থাগৎ-চরি, অহুবু ভসি ঐনা শিম্বরিবা পিম্বাং অসিগী মরম নোংমদি খঙলকখিগনি

— নত্তে লৈনা ! ঐগী ছাত্র অমনা কৈদৌম্নুংদম্ ওজাদা অরোম্বা থগোই হায়না ঐনা থজি

— মসিগীদমক্তুদি ভাকপীয়ু, করিগুম্বা মকম মতম চাবদা ওজাগী মত্তো নিজরক্তে, মতমহুদা ওজানা চাম্বীয়ু

— লৈনা !

— অঙকল — !

লৈনানা মহাকী ওজাবু থুরুমজরকই, মহাক্না মবুঙ্গিংগী অরোম্বা অহুদি মহাকী ওজাদা অহুম্মক হায়দোক্লমখিরে।

# ১৭

কমুংদা হিপ্লস্বদগী মমিং পাংথোক্লকপদা কক্লাংদা থেংলিবা ঘড়ী অহুদা মিংয়েং থমলুই। মতমদু অয়ুকী পুং ৬.০০ তায়ে। লৈনাহু হিপ্লস্বদগী হৌগৎতুনা মহাকী উপু অহু হাংদোক্লগা মতম কুইনা চেক-শিন্না লোংতুনা থম্না রিভোম্বর অদু লৌথোক্লকই, হায়রেং চেক ভোম্বগা অচোইবা মরু থন্না লৈরম্বা অহুস্ত মেগজিন্দা হাপচিন্দুনা কিট ভৌশিন্নে অহুগা মশাদা হাপচিল্লগা মহাকী কা অহুদগী ইংনা কপ্পা থোক্লকই। তুংদা মহাকী 'রু' মচুগী অনৌবা লৌবা মরুটি কার অদু লৈনানা গেরেজদগী থোদোক্লকই, তাক্লা অসিদা বেগমদু ইমুং-লোমদগী থোক্লকপদা থাজদনা অয়ুক অসিদা মচন মুপীনা গাড়ী থোদোক্লকপদু উরবদা ভেয়েন্দাদগী লেপতুনা য়েংলকলমই। মমম্মানা কদি হায়রকদগে থন্দুনা গাড়ীদু লেপহল্লগা মমম্মাদা মহাক্না য়েংলমই অদুবু কমিনু হায়রকত্রবা অহুদদি গাড়ীদু অহুম্মক গেটলোমদা থোদো-ক্লুনা মহাক চংথিরমই, বেগমনা লেপতুনা অমুম য়েংহুনা লৈহৌরি।

লগী অহুদা মহাকী মাঙদা থোরম্বা অঙোবা মচুগী কার অহুবু লৈনানা মশক থঙলকথি, গাড়ীগী থোঙজেল হেম্না মাঙথংহল্লহুনা মাঙগী গাড়ী অহুবু মহাক্না তারথংলমই। ডাইহকী মতুংদা হৌজিক্কি গাড়ী অনিহু য়েং – ওই কাংনহুনা চংমিন্নরক্লে, মতম অসিমক্তদা অমুক পম্বক্লদনা লৈনানা মহাকী রিভোম্বর অহু লৌথোক্লগা য়েক্লবা

কুরবানগী মী ওইবা মহাক্কী ওই থংবা সাইডতা থোরিবা গাড়ীদুগী ড্রাইভর অদুদা লৈনানা গুলি অনি কাপশিল্লমই,. গুলিনা পাল্লবা ড্রাইভর অদুনা গাড়ী অদু কনট্রোল ভমল্লদুনা লম্বীগী নকন্দা লৈবা ড্রেন অমদা মুংশিন্দুনা তাহৌরে। পন্থরমদনা লৈনাদু মহাক্কী গাড়ী থোদুনা অদুমম্মক চংখিগ্নমই।

+ + + +

নোংমা সুমিং অমা লৈনাদু ওফিস অমগী মনুংলোমদা চঙলকখি। মহাকপু পোম্বীনা উরদুনা কৌরকই

— লৈনা ! নঙবু কদোমদনো ?

— ঐ থবক অমগী লাক্লিবা, নঙদি ?

— মী অমা উনরগনি, উনখিদবা কুইরে কমদৌরিগে ?

— "মুংঙাইরি হায়রসিরা ?" নোকমি - নোকমি ভৌরগা নোক্লগা পোম্বীনা হায়রকই

— নঙনা ঙাংথোক্লকপসে মুংশিয়ে, নঙগী করি থবক লৈরিগে ঐগা চংমিল্লরসি

— পোম্বী ! নঙ চংসল্লো, ঐ থরা কুইগদৌবা মাল্লি

পোম্বীবু থাদোকখিনবা লৈনানা হায়রকখি

— ফরে, নহাক লৈবীহোথো, ঐ চংলয়গে

— অং

— কোন্না অমুক উনরসি, গুড - বাই

— গুড - বাই

পোম্বীদু চংখ্রে, তুংদা লৈনাদু ডাইরেক্তরগী কা অদোমদ লাকই। মথোংগী লাক্লিবা মী কয়া অমত্তু চংথোক - চংশিন তৌনরিবা মরক অদুদা মহাক কা অমদা চঙশিল্লমই, মহাদা ডাইরেক্তর অদু মদোমতা কমদুনা লৈরমখি

— নহাক কনানো ?

ছুপাহনা হংলকখি, লৈনানা হৈনা খুমই

— ঐবু খঙবিরব্রা ? ঐ… লৈনানি

— নঙদি মকম অসিদা… ?

— ঐনা অদোমবু খিক্লকপা মফম কুইরহরনি

— মরমদি… ?

ভাইহক খল্লুরগা লৈনানা হায়রকই

— মহাক কুরবানগী গেং অহুগী যেক্তা লৈবা মীনি, নত্রা ?

— নংগী অপাম্বা করিনো ?

— হোয়, ঐগী অপাম্বা অসি ভসিদি খঙলগনি

অসি হায়হুনা লৈনানা মহাকী সাইভতা য়াল্লিবা বেগ মচা অহুলগী রিভোম্বরহ লোথোক্লকই অহুগা মুপ্পা অহুদা এইম ভৌরমই

— হে, নঙ ! মহু নত্তে · ,

মুপাহু হৌগৎহুনা মহাক তম্না চেনশিন্নকই, খুদক্তা মহাক্না মুপাহদা মক অমা কাপশিনখি মরাইবক্তা গুলিনা পান্নবা মুপাহু তুথখ্রে। পম্নরনা লৈনানা চে মচেৎ অমদা কালম লোথোক্নুবা "Serial No.-2" অসি ইরগা মফমহুদা থম্নমখি, অহুগা মহাক থোক্লক্লে। কা অহুগী থোঙহু পকশিন্দ্রনা থম্নগা লৈনাহু করিনু থোকখিদবগুম তপ্না - ইংনা থোক্তুনা চৎখিন্নমই।

+ + + +

— অসুক থেংলবা অসিদা…, নঙ ! হৌজিক্তা হন্নক্লি নত্রা ?

মুমিদাং অহু খরা খেঙনা হজিল্লকপা অহুদা ভাইহনা লৈরম্বা মনম্মা বেগমনা লৈনাদা হংলকখি, করি অমত্তা খুম্নমদনা লৈনাহু মহাকী কাদা চঙলক্লে, বেগমহু চঙলক্নুনা মথা ভারকই

— নঙ ! থোঙথাং অমা ইচুম - চুমত্রবনি, মুমিৎ চুপ্পা য়ুম অসি- দগী থোকপগা অসুক থেঙ - থেঙনা হজিল্লক্লিবা অসিবু নঙবু কদায়দা চৎপগে ?

— কৈদন্থু চংত্তেবা, ঙসি নোংমা খেঙবসিদা ঙাংজগ্রপোংনি

— হে' নচিন্দু ঙইদবা ঙাংগনু, নঙ অস্তুম্মা মুংতিগী তৌই, ঐবু মা য়াম্মা ঙাংহনগনু, ঐ য়াম্মা ঙাংনিংদে'কো।

মথা তারমদনা বেগমদু থোকখিরমই। তুংদা লৈনবা মহাক্কী রিং্ভো' স্বরদু মোন মখাদা ইনশিন্দুনা থমগ্রগা কমুংতুদা লোংনা হিপথহৌই।

# ২০

কুরবাননা শেলগী বন্দল থরদু পিরকই মদু লৌশিল্লগা মহাকপু মমুংলোমদা চঙখিনবা রানিনা মঙক্না ইন্দুনা ইঙ্গিৎ তৌরকই অমুক পন্থবা তৌদনা কুরবানদু রনজিনাগী কা অদোমদা লাক্লে। রানিনা শেলগী মরাইনা শুমহৎগ্রবিনি, মহাক্কী মমিংতা শেলথক মত্তনা কনাবুম্থু উথিগ্রবনি।

— রনজিনা!

খোঙজিন্দা লেপ্লগা কুরবাননা, লৈথোক্লকপদা খোঙজিন্দা কুরবান লেপতুনা লৈরম্বদুদা ফন্নম্বদগী রনজিনাবু ফুক হৌগৎলকই

— নঙ…!

— ঙসিদি ঐ নহাকপু লৌবা লাক্লবনি,

অসি হায়রদুনা কুরবানদু চঙলকই

— করি ?

— রনজিনা ! মশক - নত্তো ফজবা নঙগী শুমহৎপী শক্লেম্না ঐবু তশেংনা ভাইভমহন্দবা হায়বহু ওইরে, ভসিদগী নহাক ঐগী পুন্সিগী ...,

— খল্লুগন্নু কৈদৌমুংদা, মহু ওইথোক্তবনি

— রনজিনা— !

— কনাগী রনজিনা ?

ভাইহক তুমিন্না য়েংলুরগা কুরবাননা

— ঐবু ইকায়বা পিরিবা হায়বহুরা

— নহাকী রাখলনি

— হায়বদি— ?

রনজিনাহু ভসিদি খোনা কনা হায়রকই

— ঐগী পুন্সি অসিনা কনাগুম্বা অমগীদমক লেপ্লি, মফম অসিদা অরেম্বা তাদনবা অদোম হান্নীরো

করেমনা নোক্লগা কুরবামনা হায়রকই

— হে- সুপীনা য়াম্না খোনা ফবা শাগনু, মতিকচাবা মমল লৌহুনা নমানা ঐগী খুত্তা নঙবু শিন্নরবনি

— কৈদৌমুংদা ওইথোক্তবনি, অদোম ঐগী ইফমদদি অরেম্বা তাগনি খঙবিয়ু

— নিংথিজনা থেম্বা অসিদা নঙ য়াররোইদত্রা ?

— মফম অসি খাদোক্তুনা য়াম্না থুনা হান্নীরো

— ঐভোন্দা তশেংনা শীংনরে নত্রা ? ঐগী খুত্তগী নঙ কৈদৌ-মুংদসু নাম্বোকপা ভয়োই

অসি হায়হুনা নমহুনা মথুৎ চল্লগে মতাগুম কুরবানহু চঙশিল্লকই

— চঙশিল্লকনু নঙ – ! চঙশিল্লকনু···,

অসি হায়হুনা রনজিনা মতুং হন - হন্না চৎলমই, কুরবানসু হন্না লৈ-থিদে, কিভমনা য়ারকত্রহুনা টৈবল মথক্তগী ছুরি মচাহু মহাক্না তাপ পায়খৎলকই অহুগা কুরবানদা শীংলহুনা

— থঙঙ্-নঙ শিবা নত্রগা ঐ শিবা-, নঙ! হেঙ্গিল্লকনু

— থাদোকউ মহুনা ওইবা য়ায়োই, তুংগী থন্নু

মশাগী ইজ্জৎ কঞ্জনবগীদমক থৌনা কনা লেপপ্রবী রনজিনানা হায়রকই

— ওইনিংবা ওইশনু থুনমক মকম অসি থদোক্ত্না চৎখো।

— রনজিনা... !

— চঙশিল্লকনু নঙ! চঙশিল্লকনু...,

কুরবানহু ক্ষিতম য়েংনা অন্তম চঙশিল্লকই, রনজিনাদো মনিংসা স্বর থবেৎ-থবেৎ হোল্লহুনা মসা অপুম্বা হুমাংনা লুপ্লক্লে, মহাক্কী পাঙ্গল লৈশিল্লকত্রে। য়াম্না হৈং শিংনা থঙহৌদনা কুরবাননা রনজিমাগী মখুৎতু ফাজিল্লগা লাকশিন্দুনা ছুরিহু মুল্লগা লংখোকখি অহুগা কোনশিন্দুনা রনজিনাবু নমশিন্নবা হোৎনরকই। ঙাইহক ইম্না-লাক্লগা অরৈবা পাঙ্গল পুম্নমক ফুদোক্লহুনা কুরাবানবু কহ্মোক্লম্লগা রনজিনাহু ফাহুদগী চেন্থোক্লকখি। কুরবাননা তুংলোমদা তাম্লক্লি, রনজিনাহু শিড়ীহুদা য়ুমগী মথা থংবা ফ্লুর অদোমদা চেন্থম্লক্লে অহুগা কা থরা লান্দুনা চেল্লক্লগা উপু অমগী মরুমদা কুন্দুনা লোৎখ্রে। মথং-মথং কুরবাননা রনজিনাগী খোঙ্গ্ল লীহুনা খিনরকপদা মহাক্লা লোৎলিবা কা অহুদা তাররে, কুরবাননা কোয়না য়েংলকই অহুবু কিজবনা মশা অপুম্বা থক-থক নিক্লা লোৎলিবী মহাকপুদি উরমদে। নিংবা কাইরবা বুরব ন চুরুট মচে অমা লৌথোক্লুনা মহু চমথৎলগা অমুক্তং শাংনা চিংহুমা কামথোকই অহুগা কা অহুদগী তপ্পা-তপ্পা থোকখি। মহাক্লা থোকখিবহু রনজিনানা মঙক লিথৎতুনা মিং কুপতনা য়েংহৌরি, তুংদা করি থোক্লখিগদগে হায়বহুদি থঙবা নত্রী।

মুমিৎ অহুগী থেঙজিল্লক্লবা মুমিদাংগী মতমনি! নোংদম্বা মহাক্লা লাইবক খিনা তম্বীরম্লবা রনজিনাগী মিৎলুগী পিরাংস্থ কংঙ্ তম্নমখি-ত্রমাক্লে। পোক্লবী মমা য়ানিনা লিচৈনা কন্দ্না রনজিনাবু মখুৎ পেম্না ফুথবীরি, চৈনা থাঙবদা মতু শোল্লবী মহাক্কী মীকপ মীম্না ওখোলতনা অহিংগী অচিকপহু থ্গাইরমই

— ইমা… ! নচাবু ঙাকপীয়ু, ঐ… লাম্বৌরে, ইমা… !

— নঙবু ঐগী ইচারা ? হায়রো নঙবু ঐগী ইচারো ?

— ইমা - !

— ঐনা হায়বা ইন্দ্রবা, ঐবু শীংনবা শারবদি মসি ফঙদবনি—, মীনুংশি তৈত্রবী রানিনা হন্না লৈতনা রনজিনাবু লিচৈহুনা কম্বীরকই, মখুত্তা পায়রিবা লিচৈ অহু তেক্লবা অহুগা মতোই - মতোই কায়রবা কাওবদা রানিদো হন্না লৈখিদে। মতৌ অহুদা কিজরবা য়োং মচা পিঙ্কীদো মশা তাশিন্দুনা টেবল মথাদা লোৎচরমই। মতুং - মতুং তংতুনা শোক্লবা রনজিনাগী মখুং অখোঙদগী ঈনা মরি - মরি চেন্থরক্লি, মহাক্কী লীক - খুজিশিংমু মতেক - মতেক তেক্তুনা চাইনা ফারি, মিংলু অনিদগী শিন্থরক্লিবা পিরাংনা তুরেলগী ইচেলঙমখ্রে, চৈনা থাঙবা ঙমজত্রবীদো লৈমাইদা থরো - থরো ওল্লক্রে। কপচবা হায়জবা অমত্তা মমা রানিনা মনাদা হাপ্পিখিদ্রে, হেন্নহুম চৈফু হেজিল্লকই॥ মখুত্তা পায়রিবা চৈ অহু রানিনা থাদোক্লকই তাঙ্গাহু য়োংলগা পিঙ্কীনা নশোন পিক্লা চেন্থোক্লক্তুনা চৈহু টেবল মথাদা চিংজিল্লগা লোংখ্রে। মশম খুদাং য়েংহুনা চিংথংলগা রনজিনাবু নমসু - নমসু শুজিন্নীরমই। মতৌ য়েংবা ঙমত্রহুনা পিঙ্কীহু মখুং মচা অনিহুনা মমিং খুমজিল্লগা থাঙজরকই। মশম খুদাংদা য়েংতুনা রনজিনাবু মমানা চিংতনা পুথোরক্লে

— চংলু মকম অসিদা নঙগী নমা লৈস্তে, নয়ুমসু নস্তে, নমা অশিবা অহুগী মনাক্তা চংখ্রো - চংলু… ,

অসি হায়হুনা রানিনা থোঙ হাঙদোক্তুনা রনজিনাবু মপান্দা ইস্থোরক্লগা থোঙহু লোনশিনখ্রে। মতমত্ত নোং - লুংশিংনা অকিবা কংনা কল্লমই, ভূপাল - রাপাল ঙম্মক অকন্না লুংশিংকী শহুমদা মরু ফুক্তুনা হুন্নগদবগুম ফেরে - ফেরে চাইনা থাঙলি, অমম্বগী শক্তকপু নমহংতুনা অমুক - অমুক ঙাস্থোক্লক্লিবা মিংনা থক্লবা নোংথাংগা লোইনবা অথাক অরাওনা মলেম অসি থক - থক নীকহল্লি, থম্মোয়দা লুঙহুন্না থাবঙম্না অকিবা পোকহল্লি

— ইমা…! “খোঙ্‌ হাংঙ্‌, খোঙ অসে লোনখিগনু-ঙ, খোঙ হাংঙ্‌নে— ইমা!

অকনা নোং নুংশিং অদুদা কৌজরবা রনজিনানা খোঙ থীন্দুনা হাংবীনবা কপ্পা-কপ্পা মমাবু কৌজরমই অদুবু খোঙ অদুদি অমুক হন্না হাংলকপা লৈখিদ্রে। মিকুপ কাংদবা নোংখাংগী মৈঙালদুনা রনজিনাগী মিৎলু অনিদগী শিন্থরক্লিবা পীরাংবু ময়েক শেংনা অমুক-অমুক উহল্লি। অমুক হাংলকখিদ্রবা খোঙদুদা ভারদুনা অয়োইবা ওইনা কপ্পা কপ্পা থম্মোয় কায়রবী রনজিনানা

— নোং-নুংশিং মরুকসিদা ঐবু কদায়দা লৈয়ু হায়বগে. ইমা? নবুকখোকী নচামক ওইরম্লবদি ইমা! নগাবু লৌশিখীরমগনি'কো…, নুংশিরবা থুংনজগে হায়বা অসিবু ঐনা কয়ামুক লাল্লবগে? খোঙসে অমুক্তদি হাংবীমুনে কৈদৌবগে, ইমা…!

খোঙদু অমুক হন্না হাংলকখিদ্রে, রনজিনাদু মিৎলু অনিদা পীরাংনা মনীং তম্লক্লী। নোং অদুসু জম-জম চুখরক্লে, নোংগী ঈশিংদুদা হকচাং অপুম্বা চোৎলদুনা থম্মোয় মৈচাক থাঙজয়কই। অথাপ্পদা চাক্লিবা লৈম্মৈবুদি লাইজা ঈশিং নঙনা মুথৎপা ঙমখিবসু য়াই, অদুবু থম্মোয়দুংদা চাক্লিবা শকটনবা মৈরিদি মিৎলুগী পীরাং নঙনা মুথৎলসু

পীরাং নঙসু ননীং তমজরো
মৈচাক নঙসু থম্মোয়দা চাক্লরো
থম্মোয় নঙনা চাক্লগা
থবাই মাসু কপ্পনি
থবাই নঙনা কপ্পগা
পীরাং মাসু পেল্লনি
পীরাং নঙসু ননীং তমজরো
মৈচাক নঙসু থম্মোয়দা চাক্লরো!!

করিগুম্বা ওইরম্লবা, ভাইবঙশিনা মঙলানগুম
পুন্সি অসিনা অসুক বাজরম্লোই ”
মঙকাওনরক্লপদা, ফংলমগনি পীরাংসু
মপোকসিদা অসি ওইয়ু তম্নমপ্রবাম্লে
পীরাং নঙসু ননীং তমজরো
মৈচাক নঙসু থম্মোয়দা চাক্লরো !!

রানা থাওজবা মৈচাকসিনা
নঙবু ফংশিজবনি থরগে
শিন্দ্রিবা মিৎলুগী পীরাংশিনা
পুন্সিগী থোঙলোই ওইনজরগে
পীরাং নঙসু ননীং তমজরো
মৈচাক নঙসু থম্মোয়দা চাক্লরো !!

## ২১

থুমিদাংগী মতমনি। মহাকী গাড়ীগী মনীং থংবা থোঙহু হাংদোক্লুনা মহা ওইরিবী পুপি অমা কাথংলকখিবহু ত্রাইভর অহুনা মগ্নি - মন্নিবা অহুদা মশক লাকশিবা ওরমদে, মহাক্না হংলকই
— নঙ ! কনানো ?

— ঐ খুদোং অমা চাপ্রে, নহাক্কী গাড়ী অসিদা য়ুম ফাওবদং

— কদায় য়োৎবীগদবনো ?

— গাড়ী থৌবীরো।

হংলিবা অহুগী পাওখুমদি পীদনা নুপি অহুনা হায়রকখি, মহাক অতৈ কনাসু নত্তে লৈনানি, ড্রাইভর অহুনা গাড়ীদু থোবা হৌরকই অহুগা অমুকসু হংলকই

— নহাকপু কনানো ?

— ঐগী শক কোয়না ভাকচগে, অহুগা মহুংগী লাইটসু থানগনু, মহুনা অতোপ্পনা ঊখিগদবদু ঐ পামদে

— অহুবু ঐগী গাড়ী অসিদি ভারা চেন্বগী থবক তৌবদি নত্তে, নহাক্কীদমক থম্লবনি

গাড়ী থোনা-থোনা নুপা। অহুনা হায়রকখি

— খঙই—,

লৈনানা শয়া খুমখি, ভাইহক লৈরগা মহাক্না অমুক হংলকই

— নহাক কুরবানগা নকপা মীরা ?

— মহাক ঐগী মরুপনি, কৈদৌরবগে ?

নুপা অহুনা ইয়াং-য়াংনা খুল্লকখি, মথংগী মীকুপতা লৈনানা

— ড্রাইভর ! গাড়ী থাম্লো

গাড়ীদু লেপহল্লে, লৈনা থোঙ হাংদোক্লুনা কুমথরকই, মতমদুদা নুপা অহুনা হংলকই

— মহাক য়োৎত্রা ?

— হোয়, হৌজিক্তি নহাক ঐবু শক খঙলগনি, ঐ লৈনানি

— "হা-নঙ ?" নুপাদু পাথৎপগুম তৌই

— ওসিদি নহাক্কীসু অয়োইবা মতম য়োৎরক্লে, নুভাইনা পোখাবীরো অসি হায়দুনা লৈনানা মহাক্কী রিভোল্বরদু শৎতোক্লকখি

— নক্লে-নত্তে নঙ ! ঐবু ভাকপীয়ু

— লৈনাদি কনাবুসু ভাকপীবা তৌদে

অসি হায়রুনা মহাক্না গুলি অমা মুপাত্নগী মকোক্তা কাপশিনখিরমই, পম্থদনা চে মচেৎ অমদা কলম লৌথোক্লনা :"Serial No. 5" অসি থারগা গাড়ী অহুদা নপশিন্বীরম্লগা খুৎলৈ থুনা মহাক মকমহু থাদোক্লনা চৎখি।

\+ \+ \+ \+

মচন মুপী লৈনাগী মহৌশাগা মাপ্নদবা মওং - মতৌ কয়াহুদা চিংনব-া থল্লবা বেগমনা মুমিং অহুদি মহাকী কাদা চওহুনা করিগুম্বা থরা য়েংশিল্লমই। লৈনানা অমুক্তমু শিজিন্নবদি উত্রিবা স্পেক অমুবা অমা অমদি অকবা মথলগী নাইক মচা অমা, মীওই থরগী মমিং মথাশিং ইবা নোট - বুক মচা অমা অমমুং কোটো থানু মহাক্না ফংবা ওমখি। কোটোশিং অহুদা য়াওরিবা মীওইশিং অহু থওবা অমত্তমু য়াওরমদে। বেগমদো মওল - মওল থল্লকই, চিংনবমু অমুম অমুম হেক্সংলকই অহুম্মকপু মহাক্না পোৎশিং অহু হায়দা মকম কায়দনা অমুক থমজিন্বীরমই। তাঙা অসিদা লৈনাহু ফং চওরকই

— ইনম্মা !

বেগম রা ঙাংদনা মচন মুপীদা মিং - কুপ্তনা ভাইহাক য়েংলুরগা

— লৈনা .. ! নও অসে মুপীনি-কো, অমুক থেঙলবা মতম অসি ফাওবা য়ুমদা হজিল্লকনি থওদবা..., নও কদায়দা লৈরই, মুংতিগী কদায়দা চৎলি ?

— থবক অমা চৎলুবদা থরা থেঙদোকখ্রে

লৈনানা তপ্পা খুম্লকখি

— নও ! ওইদবা ঙাংগনু লৈনা !

— অশেংবনি ইনম্মা !

— নওনা মুংতিগী থবক চৎমবগী মরম লৈক্তে, হায়য়ু নওগী থবক্লু করিনো, কদায়দনো ?

লৈনাহ্ খুমকত্রে। বেগমনা মখা ভারকই

— নঙনা অসিদা থম্বিবা মুপাগী কোটোশিং অসি কৈ দৌনবনো। কনাগীনো ?

— মীগীনি

— মীগী ফোটো মসিদা কৈদৌনবা থম্বিবা ?

— পিথোকপ্রগদবনি

— কনাগীনো অদুগা নঙগী ভাইহিদা হৈরিবা মীং ময়াম অসিনা করিগী ?

— মহু হুংলগা করি কারবগে ইনন্মা ?

— লৈনা—। ঐ থঙই নঙ ! অরোবা থবক থরদি তৌরে নত্র ? ঐনা নঙবু চিংনরকপা মতম কুইররকবনি। ঙসিদি অশেংবহ্ হায়দবা য়ারোই, হায়রু- নঙ ! কদায়দা চৎলি, করি তৌরি ?

— করিগীনো ইনন্মনা থুম থিগৎলিসি ?

লৈনাহ্ শাওরকই

— হে- মরম লৈহনা থিগৎলিবনি, মঙ খোঙথাং অম্মা ইচুম - চুমদেনে ইবেন্মা !

লৈনাহ্ ফুক হোগৎপ্রগা কোটোশিংহ্ অমদি ভাইরি অহ্ পুথোরক্লে অদুগা শেগায়দুনা লংথোরক্লগা হায়রকই

— মসিগীরা ইনন্মনা অপুক য়াম্মা ঙাংলিবসে। ঐঙোন্দা দরকার লৈত্রে

— লৈনা - !

— য়ারে, ইনন্মা থোকপীরো···, ঐ পোথাগে

অসি হায়দুনা লৈনা কমুংদা কাথৎতুনা মমাই ওয়েংলগা হিপখি। ভাইহক য়েংলুরগা বেগমনা

— নঙগী ফনবা ঙাংবীবনি। অদুবু মমামসে শেগারদুনা লংথোকপা অসিমক্কি নঙ ঐঙোন্দা পেনরিবা হায়বহ্নিনে

— ইনন্মা ! ঐবু ভাইহক্তা চিন্দা লৈহবীয়ু- প্লীজ

লৈনানা খোইশাওননা হায়রকখি

— হুম…,

মথা তারমদে বেগম কাদগী থোকখ্রে। তুংদা লৈনানা মহাক্কী মশাদা য়েপ্লগা মিভোম্বমক্তু লোৌথোক্লগা মোন মথাদা ইনশিন্দুনা থমখ্রে অদুগা ক্ষি ইনথংতুনা তিপখি।

মুমিং অদু থেঙলবা কাওবা লৈনা মহাক্কী কাদগী থোক্লম্মদে. চাকম্ভু চায়দে মতমদু পুং ˆ ১০ তারে. বেগম মচন মুপিগীদমক খন্দ্রনা য়াম্না মথর ই মুংঙাইরমদে. মহাক মচন মুপিগী কাদা অমুক হন্না লাকই. লৈনাদো অচুম্বক হিপতুনা লৈরমখি. বেগমনা হন্না ˆ হন্না কৌই

— লৈনা! লৈনা—

— হুম…,

লৈনানা ওপ্না থুম্নকখি. বেগমনা হংলকই

— কৈদোৌয়ে নঙ!, চাক চারোইদোৌরিব্রা?

— চারোই…,

লৈনানা শন্না থুম্নকখি মথা তারক্কে. বেগমনা

— লৈনা! ঐনা থম্না ঙাংবা অসিদা নঙ! য়াম্না বারৌরমাল্লে কো…, মহুগীদমক চান্না শিংক্লদোৌরিবা? হোৌগংলকউ নঙ! চাক চাক্ল লাও

লৈনাহু কন্না অমত্তা থুম্নকখিদ্রে. বেগমনা মথা তারকই

— হোৌগংলক্লম্মোই হায়ম্রিয়ো…?

লৈনা কিত্তম হোংদনা লৈখি. স্বরুহু শাংনা অমুক্কং হোম্বরগা মচন মুপী ওইবগী মুংশিজবদুনা বেগমনা চঙশিন্দুনা মহাক্কী কমুংগী কাম্বলহু থাজিম্বীরমই, অদুগা মথা তানা রা অমত্তা ঙাংলমদনা বেগমহু থোক্লকখি। লৈনা মুমিং অদু অচুম্বক চান্না শিংখি।

# ২২

ঘন্তায়নগী থন্না হাইদোক্লকপা লন্বী অমদনি। লৈমাগী কায় অহু থামগা শোঙ হাংদোক্লুনা মহাক্না গাড়ীদগী হেক কুমথরকপগা থঙ-হৌদনা তুংলোমদগী কুরবানগী মী অনিনা নোংমৈ নমহুমা·গন পোইন্টা মহাকপু লেংহন্দনা থমখি।

— "খুৎ থাঙৎলু" সুপা অমনা

লৈনাহু মখুৎ অনিমক মথকলোমদা তপ্পা থাঙৎলকই

— ঙসিদি নহাকী অরোইবা সুমিৎ ওইরে, নঙ! কয়ি অপাম্বা লৈ ?

"ঐগী অপাম্বা অমথক্তি লৈ" লৈনানা

— "হায়যু" অনিহুগী ময়ক্কগী অমনা

— মহুদি....,

লৈনানা থঙহৌদনা শৎ কমথরপা মখাহু লৈরগা হৌগৎলক্লুনা সুপাহুগী মখুৎতা পায়রিবা রিভোম্বর অহু মখোঙনা নকল্লোমদা থাদো-কখিরমই অঙ্গমা ঙকচানরিবৈ মথংগী মীকুপমক্তদা। অমুক অম্পীং.কীকনা থাদোক্লুনা সুপা অনিমক লোংবা ঙাহনখি। মহাক্না সুপা অনিহু হৌগৎলকপা ঙাইরগা অমুক হয়া মখোয়গা কাইট তৌনরমই। সুপা অমবু মতক থদেক্কনা হাৎলে অহুগা অতোপ্পা অমহুনা মকম-হুদগী নাম্মোক্কনা চেনখি, মহাক্না সুপা অহুবু তায়রমই অমম্বং

হাংলমই। তাঙ্গা অসিমক্তদা গাড়ী মচা অমদা লাকপা নহা অনিনা খুলায় অচৌবা পুথোক্তনা এট্রক তৌনবা হোৎনরকই, মিকুপ ৩ সিমক্তদা লৈনানা মহাক্কী রিভোল্ভর শৎত্নুনা খুৎলৈ থনা নহা অনি অহু কাপথরমই, অমসুং মথোয়না পায়রকখিবা কার্টৈন অহু লৌরগা চেল্লক্তনা মহাক্কী গাড়ীদা মকম অহু খাদোকখিরমই।

\+ \+ \+ \+

মথা শারবা কুরবাননা গ্লাসতগী মুহু পুন্না মোৎশিল্লগা টেবলদা থুম্না সুরহনা হায়রকই

— ইয়া লাকচখিদা...,

মনাক্তা লেপ্লিবা মহাক্কী য়েৎ থংবা পাম্বোম ওইরিবা দেভনা

— ফিভম অসিদা হৌজিক করি তৌবা তাম্বিবগে বোস?

— দেভ! ঐখোয়গী মীশিং নোংমা • নোংমগী শিজিন্নক্লি মাং য়োক্লবা ওগ্লোইদব্রা?

— বোস...,

— কৈদৌরে, নহাক মথা তাব্রবদি?

— ফিভম অসি লুশিল্লক্লে, 'সেরিয়েল কীলর' অসি পুলিসনসু কোয়ভান তাম্লে, করিগুম্বা মহাক্না পুলিসকী মথুক্তা তাগ্রবদি ঐখোয় শোয়দ। চেম্লরকনি

— অচুম্বনি, নহাক পুলিসনা থঙবা ভমগ্রব্রা?

— নত্তে, মহাক পুলিসনা মশক মমিং থঙবদি নত্রি

— ও, অহুদি ঐখোয়না হান্না মহাকপু লোইশিনহৌদবা য়াদবনি, হৌজিক ঐখোয় মিং - নাকোংশিংনা লৈগদবনি

— মহাক্কী বেক্তা মী লৈরিগব্রা?

অতোপ্পা অমনা হংলকখি, কুরবাননা

— মহুসু থম্নিংঙাই ওই, ঐখোয়গী মী পুম্নমক খুৎলায় মতিক চানা পামহল্লু অহুগা মিং - নাকোংশিংনা লৈহল্লু

ঙাইহক থন্নুরগা দেভনা হায়রকই

— ময়ুমদা এট্টকে তৌহনা চান্স য়েংবস্সু য়াই

— মহুবু ওইখোকদ্রা ?

অতোপ্পা অমহুনা হংলকখি, কুরবাননা

— মহুস্সু তৌবা য়াই, মওং - অমা নত্রগা অমদা লোয়শিনখিনবা হোৎনৌ, দেভ !

— "বোস !" দেভনা

— চৎলু, ঐখোয়গী মী শেমগৎলো

— ফগনি বোস !

দেভগা অনিহু খোকখি, কুরবাননা গ্লাস অহুদ য়ুহু থন্না হৈহুনা অমুক থকচিল্লি

# ২৩

অহিংগী মতমনি, মপান্দা চুইহু হজিন - হজিন য়াম্না খোংই। তুম্মবা লৈনাহু ছুই খোংবগী মখোন্দুনা মিকপ থোক্লকই, মহাক্না চিংনরক্কুনা মোন মথাদগী মিতোঙ্বরহু লৌখোক্তুনা পায়রগা নাশোম পিক্লা হৌগৎলগা থোঙহু তপ্না হাংদোক্তুনা য়েংই, কনাস্সু উদে, চুইহু অরেম্বদা খোংলিবা মাল্লি। তাঞ্জা অসিদা মচন সুগ্রীবু কূপশেন শেমরিবা বেগমস্সু হৌগৎলক্তুনা থোক্লকই, লৈনা লৈরম্বহুদা বেগমনা

— লৈনা ! নঙ তুমত্রিব্রা ?

মখুত্তা পায়রম্বা রিভোম্বরদু মনম্মা উখিদনবা কৎ য়েপশিনগা লৈনানা

— হুই খোংবদা য়েংগে খোক্লকপনি

করিগুম্বা অমা লৈনানা য়েপশিনখিবদু হাইফেৎ উহৌরবা বেগমনা চিংনরপ য়েংলগা

— কৈদৌরবগে নঙবু ?

— মী চঙলকপ্রা য়েংবনিবা

— তুমলুস্লো খেঙলেনে

লৈনাদু চঙখি কাগী খোঙদু খিংজিনখ্রে, তুংদা বেগমসু চঙখিরমই। হুইদুনা খোংলম্বা অদুসু মখৌ লৈত্রমাম্লে লেপখ্রে।

অসুম্মা অহিং অদু হৌখ্রে, মখংগী হুমিৎনি, লৈনা মহাকী অরোম্বা থবক অদুগীদমক চৎনবা খোক্লকপদা বেগমনা খেংনবদগী মহাকপু থৎলগা হংলকই

— কদায়দনো নঙনা চৎকদৌরিবা ?

মমিৎ অনিদু তথক - তথক্লদুনা লৈমামা খুম্লকই

— ৈ দস্ু চৎলোই

— চৎলোই হায়রবদি খোকখিগসু, য়ুমদা লৈয়ু

— অসুরাই কাওবদংনি

— অশিরাই ফাওবদং ওইরবসু নঙ ! য়ুমদগী খোকপা শুপন্না য়ারোম্ম

— ইমম্মা... !

— মখা তাগস্থ, থুনা ইমুংদা চঙউ

— ঐ থুনা হল্লকনি

— লৈনা ! নঙ ঐনা হায়বা ইনগে হায়ত্রা, ইল্লোয় হায়ত্রা ?

— ঐ ইনম্মনা হায়বদা ইল্লোইদি হায়খিদে

— অদুদি ইমুংদা চঙউ, নঙনা থাংলিবা খোংথাং অদু ঐ খঙদবা নত্তে

— ঐম্না কৈদৌরগে ?

— 'লৈনা ! রা য়াম্না তাংনরোইশি, নগুনা শেৎলিবা মফি - নরো-লন্থ হোংদোকউ, ধর্ম্মনা য়াদবা মন্থগুম্বা ড্রেস ঐগী মীৎত্তা উহনগন্থ, ঐ য়েংনিংদে

মনম্মা বেগমগী থাকমন্থ ম্যানিংদনা লৈনানা হায়রকই

— হুম, ইনম্মা ! থাইনগীন্থ নত্রে, হৌজিক অসে চাওখৎলবা যুগনি, মুপী - মুপা রাইট মান্নবা মতমসিদা করি কায়রে ?

— লৈনা ! যুগ অসিনা যদা চাওখৎলবস্থ ধর্ম্মদি অহুম্মক লেংদনা লৈরগনি, মতমনা অহোংবা কয়া লাক্লবস্থ মুপী - মুপাগী ফিজিকেল্লিদি কৈদৌম্লংদা হোংবা লৈররোই, মীওইবনা রাইট মান্নহল্লবস্থ ভাইবগুং শেম্বা মপুনা মুপী - মুপা অনিগী ফিজিকেল্লিদি মান্ননা শেম্বীরক্লমগ্রেনে, কমদোৌশগে ইবেম্মা ?

হম্মক অমুক্তি লৈনান্থ খুম্নকখিগ্রে, বেগমনা

— ঐনা হায়রিবা অসিনি, মগু ! যুমশিদগী থোককম অমা কাওবা হেন্দোকপা য়ারোই, চগউ ইমুংদা... চগখো

লৈনান্থ শাওরন্থনা ইমুংলোমদা চগলক্লে, মহাক্কী কাদা চগলক্লগা থম্মোয় শোক্না হিক - হিক কপ্লরি । হৌখিবা ইতিহাসকী লমাইশিং তপ্না - তপ্না হাইদোক্লনা হৌৱবা থোদোক কয়া নিংশিং - নিংশিং মিৎলু অনিদগী শিন্থরকপা পিন্নাংনা লৈনাগী তনৌ - তনৌবী মাইথোংবু চাম্বিন্নি । নমন্থনা লৈমন চলহন্নীখিবা মুমিৎ অন্থগী থোদোক হৌজিক্তা থোক্লি-বগুম মিৎ - মাগুদা শগু - শগুনা লেপ্পরবদা অকী তুজুংবনা মশা পুম্বা খগুখিবা মীকুপতো মচিন্দা "ইমা... !" কন্না লাওরকখি । মীকুপ থরা বাথন্দা ইরাক্লরে, লম্মন খুন্নিংবগী বৈরিনা থম্মোয়মুংদা প্রোক প্রোক চাকখৎলক্লে মিৎলুগী পিন্নাং তৈথোকখ্রে, লৈনা কয়ম্বদগী ফুক হৌগৎলগা উপু হাংদোক্লগা কার্ব্বাইনন্থ লৌখোক্লকই, কার্ব্বাইনন্থ খুদৈ মন্থংদা লোম্না পুম্বশা থোক্লক্লে, মনম্মা খগুখিদনবা থৈন্থনা থোক্ল-কগা গেরেজদা থামন্থনা লৈবা মহাক্কী গাড়ীদা কাথৎখ্রে । খুৎলৈ থুনা

মহাক্না গাড়ীদু থোৌদোক্লকই। গাড়ীগী মথোল তাবদা বেগমনা লৈথো-ক্লকপদা উরকখি, মিৎ কুপ্তনা শাওনা য়েংহৌই, অদুবু লৈনাদি গাড়ীগী থোঙাজেল হেন্না য়াঙখৎহল্লদুনা গেট লাপ্তোক্তুনা অদুম্মক চংখ্রে।

গাড়াদু হোটেল কেক অমগী মমাঙদা খাম্লখি। হোটেল অদু কুরবানগী গেং অদুগী শানৈ-যুনৈফম ওইনরিবনি, মমাঙদা কুরবাননা মহাক্নী থৌরি মেৎখিবা মফম অদুনি। গাড়ীদগী কুমথরগা লৈনাদু হোটেল মনুংলোমদা মোঙ-ঙাদনা চঙলকই, স্পোক অমুবা অমা উপ্পিবা লৈনাবু ফিজেৎ অদুনসু হেক্তুমক লায়না মশক খঙবা ঙম্মোই। মনুংথংবা কা অদোমদা লৈনাদু চঙলক্লে, কা অদুদা কুরবানগী মীশিং ওক্তবী ম্নুপীশিংগা শনে-যুনৈনদুনা লৈবদু মহাক্না উরমই, খুদক্তা লৈনানা কার্ইনদু লৌথোক্লগা কা অদুগী মনুংদা মোংমৈ ঙুলিনা নোং চুবগুম চুশিনহনখি। মথোয়সু নোংমৈশিং শৎতোক্লরকপা য়াওই অদুবু খুং হৃন্বদি নংদনা মথবাই থাখিবা ঙাক্লি। মী কয়ামুক শিবতা নত্তুনা কা অদুদা লৈরম্বা পোৎ-চৈ পুম্নমক কায়-তোইদুনা পুমচাই চাইরে। লৈনানা মহাক্নী ষ্ট্রাইক অদু শাংথরমদে, য়াম্না থুনা মহাক্নী গাড়ীদা মফম অদুদগী নাপ্তোক্তুনা চৎখিরমই। হোটেল মনুং অমদি অতোপ্পা মনাক অদুরাইদা লৈরম্বা মীওইশিং মফম-মরাং থঙদনা কোইচেন চেন্নখি তুংদা ওইহৌরিবা অশি-অনা অমদি মীকপ-মীরাওথোল মরক্তুদা সেক্যুরিটি ফোর্সশিং থোমজিন্নরকহৌরি। থোদোক অসিগী মতুংদগীদি শকথঙদবী 'সেরিয়েল কীল্লর' অদুবু গভর্মেন্টনা রেডিও, টি-ভি অমদি পেপরশিংদা রান্টেদ লাওথোক্তুনা পুলিসনা ভাম্নবা হৌখি।

# ২৪

থবলগী মঙালনা ফিভৌ ফোরবা নুমিৎতুগী অহিংগী অতিয়া অহু লৈচিন-নোংঙাংগ অমত্তা থাংদনা তরু-তরুনা ফজরমই। অথাপ্লদা লোইবি চিংশাং পরেংনা তুম্বক-তুম্বক লেপ্পি তইং-তইংবা লিরি হুম্বা মলয়াগী নুংশিৎনা অহিংদা শাৎপী শিংঙেল-লৈরাং কয়াগী লৈনম পুহনা নলেম থুংনা য়েল্লরি। লৈনম্মা হারবা থবলগী অহিংদা লৈরাং কয়ানা ফুগায়না শাৎচরবস্থু মত্তমদি নক্তবনা থোইমু কনা ইন্বীরখিদে। অহিং মমৈ ওইরকপদা লৈরাংগী নাচোম্লক্তুগী তাৱকপা লিক্লা মরিক্তু শিংঙেল-লৈরাং মানা বারোনা কপচবগী পিরাং ওইরবোই মথমুই।

অহিংনা থেংজিল্লকপগা লোয়নমা মীচিক-মীরাওথোল অমত্তা তাবা লৈখিদ্রে, অহিংগী অচিকপহু থংশাইরহুনা অথাপ্লদা খুনগী হুইনা মরক মরক খোংবদি করিগুম্বদা তারি। মতম অশিদা মরাইবক থীনা ভয়মুবী রনজিনাহু থোঙ ময়াগী ফক্লাংত্তদা ভাহুনা ফমগা অহিং মিংশেল থাওলমই, অম্সুম্না পোক্তবী মমা য়ানিনা মহাকপু কুংতিগী চৈরাক পিবীরি। লোল্লম্বা থোঙহু তপ্না হাংদোক্লকই অহুগা পিঙ্কীহু নশোন পিক্লা থোক্লক্লে, মহাক্লা রনজিনাগী ফিজি-ফিনা পায়হুনা চিংলরি। রনজিনা পিঙ্কীগী মভোহুদা মবুক্লিং নৌরক্লহুনা হিক্লা-হিক্ল কপ্লকই, মখুৎনা মুংশিনা নাম্বীরকই পিঙ্কীবু। মহাক্লদি ইমুংদা চওলক্লবা রনজি-

নাবু হন্না - হন্না চিংলমই, অহুবু মিংকী পিরাংতনা পাওখুম্নকপা নত্তনা পোক্তবী মমাবূ কৌজবনা রনজিনামা পিক্কীনা হায়বহু ইবা ঙম্মদে। তান্নক অসিদা রানিহু শমিন খজিক কংখিব্রা হিপ্লম্বদগী হৌগংলক্লুনা ইমুংলোমদগী খোক্লকক্লে, খোঙ হাংহুনা লৈরম্বহুদা ডাব তান্নবা রানিনা খোক্লক্লগা মমিৎ থানা য়েংলহুনা রনজিনাদা হায়রকই

— হৌগংলু..., চওক্ত ইমুংদা

জিত্তরবা পিক্কী খৈদোক্লুনা নকল্লোমদা লৈখিরমই, রনজিনানা হৌগংলগা ইমুংলোমদা চওখি, রানিনা খোঙহু লোনশিনখিরমই। মথংগী মিকুপ্তা রনজিনানা কপ - লাওবগী মখোল তারকই, ইমুং চওবা নংহৌব্রবা পিক্কীনা খোঙহু নম - নমহুনা য়েংই মহাক উপায় লৈত্রে খোঙহু লোনখ্রে। ইমুঙদা রনজিনানা কপ - লাওবগী মখোলহুনা পিক্কীবূ য়াম্না মথরাই মুংঙাইহল্লমদে, মপান্দা মহাক কোইচেন চেন্দুনা থাঙলমই।

— লমহেন্বী, শিগ্রো য়াব্রবদি নঙ! ঙসিদি এনা হাংপা তারে -- শিরো নঙ! শিরো...,

রানিনা লিচৈনা মথুং পেন্না রনজিনাবু শান্থরমই, অহিংগী অচিকপবু থুপাইহুনা রনজিনাগী মীকপ - মীরাওখোল মরক্তা শিন্থরক্লিবা মিংলু অনিগী পীরাংনা তনৌরবী মাইখোঙবু হন্না - হন্না চান্থীরি। মথুক্তগী লিচৈহু মতেক - মতেক তেক্লবা কাওবা তমথিনা ফুখিরগা রনজিনাবু মশম পায়হুনা চিংলগা পুরক্লে, কা অমদা ইনশিল্লগা রানিনা হায়রকই

— ঙসিদি নঙগী অরোইবা মুমিংনি, মৈ থারগা নঙনা ফ্রিং ফ্রিং চোংহুনা শিবা অহুনি য়েংগদবা -- ,

অসি হায়হুনা রানিনা রনজিনাগী মশাদা থাও হৈজিল্লি

— ইমা—! ইমা! মহুদদি তৌবিহু, নচাবু অমুক্তদি মুংশিবীয়ু ইমা! নচাবু মুংশিবীয়ু...,

রনজিনানা কপচবা - হায়জবা অমত্তা তাবিদনা রানিহু মৈ লৌবা চংখি। নাকল অমরোমদা পিক্কীনা য়ুমগী মপানলোমদগী রালদা

য়ানা হোৎনহুনা কাখৎলক্লি, মহাক দলান মথক্কী থোঙনাও অমদা চোংশিন্দুনা ইমুংদা চঙলক্লে, শোমদনা রানিনা মৈহুম পুত্নুনা লাক্লি। মতম লৈশিল্লকত্রবা তেল্লবা মীৎকুপ থরতা ঙাইশিল্লক্লবা তাঞ্জাহুনা পিষ্কী রনজিনাগী নাক্তা য়োরক্লে। রানিনা মৈহুম পুত্নুনা লাক্লিবা অত্নুস্ত য়োশিল্লক্লী, হৌজিক পিঙ্কীনা রনজিনাবু কম্নবা উপায় থম্বা হৌরকই, মতমশিংদা রনজিনাদি করিগুম্বা রাখন অমত্তা থোকখিদ্রে. পাঙ্গল পুম্বা মাঙশ্রে, মমানা তৌবা পুম্নমক য়ারগনি খল্লা কপতুনদা লৈশ্রে। রানিন্থ মৈহুম পায়রুনা কা অত্নুদা চঙশিল্লকই, মহাক্কা মৈহুমন্থ রনজিনা তম্না লংশিল্লকই, খুদক্তা চোংশিল্লগা পিঙ্কীনা মরক্তা ওক্লগা মৈহুমন্থ পুত্নুনা চেনখিরমই। শাওরবা রানিনা মনাক্তা লৈরম্বা লিক্লী অমা পিষ্কা তম্না লংখি অত্নুবু মন্থ পানখিরমদে। মশিংগা তৌক্লমদে, শাওরবা রানিনা রনজিনাবু য়ুমগী দলান মথক্লোমদা চিংহুনা পুখৎলকখি। রাংলবা দলান মথক্তুদগী মহাক্না রনজিনাবু কাওথরকই অত্নুবু মিকুপতুদা খুংলৈ থুনা রনজিনানা য়োংকী কেমত্নুদা য়ালহৌখি অমরোমদা মশানা মশাবু কন্ট্রোল তৌবা ঙমজহৌত্রবী রানিন্থ দলানগী মখারোমদা ওন্থরক্লমই, খুংলৈ থনা রনজিনানা মখুং নাম্মা অমনা মমাবু য়ালহৌখি। হৌজিক্তী মমাগী পুন্সি রনজিনাগী খুত্তা লৈরে, শিবা তারে খল্লবা রানিনা অহিক্লবা থোনকমদা হায়রকই

— রনজিনা... ! ঐনা ইচাগী মফমদা লাকখ্রে, নঙ ! ইমাবু কল্লু, ইমাবু থাদোকন্থ ,

— ইমা... !

রনজিনান মথম্মোয় শেংনা মমাবু কম্নবা হোৎনম্নকই। মতমন্থ পিঙ্কী লাপতক্লা ফিভমন্থ য়েংহুনা লৈ। রনজিনানা মমাবু চিংখৎনবা য়ানা হোৎনরমই, অত্নুবু মহাক্কী পাঙ্গল লৈখিদে, পাঙ্গলনদি অস্তম - অস্তুম লোইশিল্লক্লবা কুইনা য়ান্দুনা থম্বন্থ ঙমশিল্লকত্রবা ওইথোকপগী অশা উরকত্রবা অত্নুদদি রনজিনা মমিৎতা পিরাং চত্নুম - চত্নুম শিন্থরহুনা কপ্লক্লে

— ইমা— ।

— রনজিনা ! নঙ ইংবু বায়োগস্থ-কো, পুম্নমক ইমানা লাক্লবনি

— ইমা – !

— ইচাগী নিংজবা অহু খুংবা ওইরো'কো

খঙহৌদনা রানিহু রনজিনাগী মথক্তগী নাম্বোক্তুনা তাখি। রনজিনানা মমাবু খম্মোয় কায়না কৌজহৌই

— ইমা – !

খোজেল অহুনা অহিংগী অচিকপবু খুগায়রক্লুনা খোম্বাং ঙৈনা খবলগী ইপোম্নক্লা তিনখি। রামি শিঙ্ক্লে। অমুক পম্থরমদনা রনজিনা মহাক্কী লুনা তিন্নজবী মমাম্নবী অনজনাগীদা চেল্লকই। মহাক্না খোঙ খিন্দুনা কৌই

— অনজনা ! অনজনা... ?

খোঙ হাংদোক্লুনা অনজনানা ঙক্লা

— হৈমা ! রনজিনা নঙ... ?

— হোয়। ঐনি

— অহিং অসিদা। নঙ কৈদৌরে ?

মথানি ইমুংদা চঙশিন্নি। রনজিনানা খৌদোক অহুগী বারি পুম্নমক তয়ে। মহু তাম্নগা অনজনানা হায়রকই

— চৎলো' রনজিনা ! খুন্নমক মকমসি থাদোক্তুনা নঙ চৎলো। মঙ ! মকম কদায়দনো লোৎলুরো

— অনজনা ! ঐনা নঙোন্দা শিন্নরমগদবনি কম্নিগুম্বা পিক্কীহু মকমশিদা লাক্লবনি নঙনা মাবু খন্না কাক্তিম্বীয়ু

— হোয়

— ঐ চৎলে। লাইথক্লা তম্বীরম্বা অমা লৈরম্লসহু

রনজিনা খোকল্লে। তুংদা অনজনানা টেলিফোন্দু পায়খৎলি, ঙাইহক খল্লুরগা মহু শিজিন্নদনা অমুক তপ্পা খমখি।

শোমদদি করিগুম্বা অমা থল্লম্বদগী ফুক হৌগৎতুনা লাল্লগা পিন্থীনা মৈক্কমছু পায়রগা অরৈ • অরৈবা ফি • য়োল, পোং • চৈ পুম্নমক মৈ চুহনা য়ুমছু তুম্না মৈ থাদোক্লক্লে, য়ুমন্থু মৈমা তুম্না চাকহৌরি, পিন্থীছু থোক্তনা মতোমদা মকম খঙদনা চৎখিরমই।

# ২৫

মহাক্কী গাড়িছু লেপহল্লগা য়েংথোক্লকপদা লৈনামা উরকই-কুম্নবানগী মী অমনা কারগী মনিং থংবা থোঙছু হাংদোক্তনা কাখৎ-নবা তৌরমই। পম্বদনা লৈবাক্মা রিভোম্বম শৎতুনা তুংলোমদগী মুপা অন্থবু কাপ্পমই, অন্থগা খুৎলৈ থনা মহাক গাড়ি য়াঙনা থোদ্নুনা চৎখি। তাল্লক অসিদা নহা অনিথক নাকন্দগী চেনশিল্লকই, মথোম্মনা গুলিনা পান্দুনা লোংবা তারবা মুপা অন্থবু কোনথৎলি

— "শার! শার···!" ১
— "মহাক শিরে" ২
— "চৎলো, মছু তাম্নশি" ১

নহা অনি অন্থনা অশিবন্থু থম্মগা খুৎলৈ থনা মুপান্থগী কারন্থদা 'সেরিয়েল কীলর' অন্থনি চিংনরিবা বাণ্টেদ লাওথ্রবী মহাকপু তাম্ন-রমই। তুংদা তাম্নরক্লে খঙলবদা লৈমাবা মহাকী গাড়িন্থ অয়ুক হেম্না খোঙজেল য়াঙথৎহন্দুনা মুংশিংকী মাঙ থানা থৌই অন্থংকপু তুংগী

তাম্নরক্লিবা গাড়ি অহুস্থ মহু মওাই অনিমক হমবা লৈথিদে। লৈনানা হাইকেং হম্না • হম্না য়েংই, য়ারিবমথৈ মহাক্না নহা অমি অহুদা থৃংলায় খানিংলমদে, মহাক্না রিভোম্বরদগী গুলি অমা ব্রেক কয়ার তৌথোক্ত্না তুংগী গাড়ি অহুদা লৈহৌনবা হার্নিং তৌরমই অহুবু মথোয়গু হৎবা লৈথিদে, মথোয়না মুপীনি থন্না উশিংলমদবা য়াই

— "গাড়ী অসিগী নম্বর ইশিল্লু" থৌরিবহুনা

— "MN-1131..., ও-কে"

অতোপ্পা অমহুনা কলম লৌথোক্লুনা নম্বর ইশিনখি অহুগা অমুক হায়রকই

— পীক-অপ, পীক-অপ ..

ওাইহকী মতুংদা গাড়ী অমিহু নকশিন্নরক্লে, তুংগী গাড়ী অহুনা হেক্সংনবা তৌরকই, থজিক্তং হেক্সংলকপা মতাংহুদা লৈনানা টারিং শাররুনা মহাক্কী গাড়ী মনিংহু হাইজিল্লগ। অতোপ্পা গাড়ীহু মথক-মথা ওলহনখি। ওাওা অশিমক্তদা মাওলোমদগী লাক্লিবা অচৌবা টিক অমনা অমুক চেন্দুম্না পুরগা থোমদোকখি, মথংগী মিকুপওদি ওইল টৈক পোকথারক্ত্না কারহু মৈ হোঙ্গুনা চাকহৌই। হন্না য়েংলমদনা লৈনাদি মহাক্কী গাড়ী থৌহুনা লাকখি। তুংদা য়াওনা থৌরকখিবা মহাক্কী গাড়ীনা কোন্'র অমা লৈশিল্লকপা মতমহুদা নকনলোমদগী থহহৌদনা কৈজিল্লকপা অওোবা মচুগী কার অমগা থোমজিন্নপে তৌরবদা গাড়ী অনিহু নমহুনা লেপ্পহমখি। কার অহুদগী রোহিদা থোও হাংদোক্ত্না শাওনা কুমথরকই, মহাক্না শক য়ান্না কেওনা

— হে • নও! ওাওবা?

থোও হাংদোক্লুনা কুমথরগা লৈনানা ইংবা

— ঐ ওাওজদে

— লম্বিগী কোন্'রদবু অহুক য়াওনা থৌজিল্লকপ্রা?

— সাইড লান্না থৌজিমীরক্লিবা অদোম্না লাল্লোইত্রা?

— য়াদা তৌরিনে, নমিং য়ে·ঙ্ক্না

— ফরে, খুদোং থিবা থোক্লহৌব্রবনিনা মথা ঙানরঙমসি

— নঙনা মহু হায়রগা হেক্তা য়াগদ্রা ? ঐ অসি কনামো নঙ ! খঙব্রা !

— ঐ মহাকপু খঙজদে

— হে - ঐ এস, পী তোম্বগী মচা সুপিমি

— ও - ওইরিবোইরে

— খুত্তা আইন পায়রিবা ফেমিলিনি, করি পামগে ?

ভাইহক খল্লুরগা লৈনানা

— য়ারে, অদোম য়োৌবিয়ো

— হে- শক কেঙথৎলকয়ু

সুপিহুগী মতৌহুদা শাওয়ক্রবা লৈনানা খঙহৌদনা মহাকী রিত্তোম্বরহু শৎলগা এইম তয়হুনা

— য়ু - গো, গো---,

মত্তাং অসি য়োৌরকপদদি রোহিদাহু খঙহন হনখি, মহাক্না লৈনাগী গাড়ী নম্বরহু লোয়া খঙজিনখ্রে, মহাকী গাড়ীদা কাথৎলগা ড্রাইভরদা

— ড্রাইভর ! গাড়ী থোৌরো, য়ায়া থুরো

ড্রাইভরহুনা য়ায়া থ্‌না গাড়ী থোৌহুনা মথোৌয় মকমহু থাদোক্লুনা চৎখ্রে। হৌজিক্তা লৈনানা মহাকী অশোয়বহু খঙজরকই, করিগুম্বা মহাকী অয়োম্বা মিশন চৎপা খুদিংমক্তা মাঙজোননা মহাকী গাড়ীগী নম্বর প্লেট অহু মনিং - মমাঙ ওন্থোক্লবনি, অহবু ঙসিদি মহাক্না মহু কাওহুনা তৌরকখিরমদে, মহাকী গাড়ীগী প্লেট অহু মনিং অমম্লুং মমাঙ অনিমক্তা মায়দবা নম্বরশিং থাই মহু অচুম্বা। অমা অমম্লুং শাজিন্নবা অরাম্বা অমনি। হৌজিক্তা নম্বর প্লেট অহু মনিং - মমাঙ ওন্থোক্লগা অমুক থেৎচিল্লে অহুগা পম্মদনা মহাক গাড়ীহুদা থুংলৈ থ্‌না চৎখি।

য়োহিদানা ময়ুম হেক য়োৌবগা পম্মদনা মহাকী মপা এস, পীদা ফোন তৌহুনা থোদোক অহুগী ৱারি পুম্মক তমখি। মচা সুপিদগী

মেসেজ অসি হেক ফংবগা এস, পী তোম্বনা খুদক্তা মরি লৈনবা ওফিসারশিংগা মথং - মথং পাও পীনহনা অচৌবা রেম অমা চথনবা শের শাখি।

+ + + +

ঙুমিং অহু ঙুমিদাং থেঙলবা ফাওবা মচন-মুপি লৈনাবা হুজিরক্কবা অমিনা হান্নদগী হৌনা চিংনবা লৈরক্কবা বেগম অমুকা হেন্না মরুক্কিংচ লৈতাবা ঙমহনখিরে। ঙস্নুম থনম্বদগী মুহাক মচন মুপিগী কা অদোমদা চঙলকই, কনিঙম্বা লংলা - লংজিন থরা রুংগত্রা খর' কোইথি থিবা হৌরক্লে। লৈনাগী মোন মথাদগী শোকু লৌ- শোক্রক্লগা মহাক্না উপুহু হাংদোক্ক্না য়েংলুবদা কি অমনা কেশিন্না য়োম্নগা থম্বিবহু চিংয়োক্কনা য়েংলুবদা মহু কার্ডইন অমা ওইরমই, বেগম লবাই লুতোন শাংথ্রে, হকচাং পুম্বা তু চুংখিবা থক্ত্রোদে, থক - থক নিক্কবা মখুৎতুনা উপুগী থোঙহ্ হিংজিনথ্রে। বেগম জ্ঞান মাঙলবগুম তৌকম খঙদনা লেপতুনা লৈখি। মচন মুপিগী মমচং থোংথাংদা চিংনবা কয়া লৈরকখিবহু ঙসিদি মিকুপশিংদা অচুম্বা ওইনা মাঙদা চোংথোক্কনা লেপ্পরে। থাজনিংঙাই ওইরবা থৌদোক কয়ানা ঙসিদি মিংমাঙদা তকোং - তকোংনা লেপ্পরি। তাঙ্গাশিংদা লৈনাহু কং চঙলকই। মহাকপু হেক উবদা বেগমনা মহৌশাগা য়ান্নদবা থোনকমদা

— লৈনা! নঙনা তৌরিবশি করিনো?

— কৈদৌরবগে। ইনম্বাবু ঙাওরব্রো?

করি অমত্তা য়োং - হান্দনা ইঙপ ঙম্বা লৈনানা হায়রকখি

— এ ঙাওদে লৈনা !

অসি হায়হনা চঙশিন্দুনা উপুগী থোঙহ্ হাংদোক্লগা মহুদা থম্বিবা নোংমৈহু উহল্লগা বেগমনা মথা তারকই

— য়ু আর 'সেরিয়ল কীলর'....,

— ইনন্মা— !

মতাংদুদা লৈনান্না মহাক্কী রিভে'ম্বর শৎতুনা মনন্মাদা এইম ভাগ্নগা মথা তারকই

— করিগুম্বা ইনন্মাগী চিন্দগী বাকম অদু লিগ ওইরকপা তারবা ঐ ইনন্মাবু ভাকপীব' ভন্মোই

ৰিভম অদুদা মপুক্লিং কাথবা ভমত্রবা বেগমনা চঙশিন্দুনা মচন মুপি লৈনাগী মমাইদা থুংপাক্লা থাখি

— পিশক পিক্লিভেদগী ইতম্বাক্তা নাওকোন্দুন' নঙবু চাওহন্নকপগী মহৈদি নথুংমক্লা ওনশিন্দুন' ননন্মা ঐভোন্দা থুংলায় শিংবা ভল্লিবা অশিন্না, হায়য়ু নঙবু চাওনবা শেম্নকপগী মহৈবু মশিন্না ?

অসি হায়রগা বেগমদু কপ্প্রক্লে, মিকুপ অমগী মমাঙদা মুংগুম্না কল্লম্বা লৈনাগী থন্মোয়দু মনন্মাগী পিরাং উবদা লশীং মকোন্দগীস্থ হেন্না পেখরক্লে, মথুংতগী থুংলায় থাদগ্নগা চেনশিল্লক্লুনা মনন্মাবু কোল্লৈ

— ইনন্মা... !

খিংদুনা লৈরম্বা তোৰ্ব্বানগী পননা কাররকপদা চাওরবা ইচেলদুনা মনিং - তম্না চেম্বরকপগুম খিংবা ভমত্রবা মিংলু অনিগী পিরাংগা লোইননা লৈনাদু অঙাং মচাগুম ও খোংমা কপ্লকই

— "লৈনা... !" বেগমনা

— ঐ মীহাৎপীনি, ঐ পাপ চেন্নবীনে ..., নমাঙদা লেপ্লিবী ঐ অসে লেরিয়ল কীন্নর' অদুনিনে ইনন্মা !

— হায়য়ু লৈনা ! অদুক তমখিরবী অমা ওইনা মঙনা করিগীদমক লম্বী অদুদা থোঙ থাঙজিল্লুরিবনো ?

মিংলু অনিদগী শিম্বরকপা পিরাংতনা পুমচোৎ চোংলবী লৈনানা কপ্পা - কপ্পা মনন্মাগী বাহংগী পাওথুম পীরকই

— নোংমা মুমিৎ অমনি, মী কত্তবা হিংচা রাইতম্বশিং অদুনা নমজা - নমথেরবীদুনা ঐবু মুপি ওইবিগী ইজ্জৎ মাঙহন্বীখি

— 'লৈনা !" বেগমনা

— থুমিৎ অহুগী মতুং তারকপদা, মতম্মদি অসুম হৌখি অহুবু শেম্দবা অমদি অচাকপগী মৈরিনা থম্মোয়মুংদদি লেপ্তুনা অসুম - অসুম চাকথংলকখি, য়েক্কবা মী ফত্তবশিং অহুগী মথক্তা লম্মন থুম্নগে থগ্লকপদা তত্তাই - কদনা ঐ লম্নী অসিদা খোঙ থাংজিন্নদা তাখি

— মতমতুদা নঙ করিগী ঐত্তোম্দা খঙহনখিদে ?

— ইনম্মাগী কোকথক্তা পোৎলুম অহু খেংগৎনিংখিদে, ইনম্মানা কদ্রি তৌবা ওমগনি ? মহ ঐ থনখি ,

— অহুক বাখম খেম্বা, অহুক বাখন লৈতবা, ইচনপীদমক থবাই অসি থাদোকখিবদা চিংনগদবা ননম্মা নত্তে ঐ, অহুতসু নত্তনা লৈবাক্কী আইন - বায়েল হায়বসু লৈরিদনা অহুবু নঙনা নঙগী বাখন অহুথক্লা অচুম্বনি খল্লি নত্রা ?

শাওনিংবনা মশাহু থক - থক নিক্কতুনা বেগমনা হায়রকখি, থবাই চান্নবী লৈনানা পেম্দবা উৎলতুনা,

— অচৌবা ফুক্কপ্না খুৎলিংবা, অকম্বনা অচুম্বা শকপা করম্সনগী যুগ অসিদা কনানা তোল - তান্নরী ঐখোয়গী মীচংদা লেপ্পিরকনি, ঐখোয়গীদমক চোংথোকপিরকদবা কনানো, কনানা অচুম্বা বায়েন তৌবীরকনি ? নৈহৎপাঞ্ববী উপায় লৈজব্ববী চাম্নরা কয়াগী মিৎকী পিরাংনা লৈবাক্কী অওম্বশিংগী মথোঙ কয়ারক হম্না - হম্না চামপ্রে অহুবু কনানসু তাবী - উবীখিদ্রে থঙবীখিদ্রে

— লৈনা ... !

— ইনম্মা ! ঐ নোংমা নত্রগা নোংমদি মীগী মথুত্তা শিমগদবা লৈরবনি, মীগী মথুত্তা শিবদি ঐ শিনিংদে, মীগী মথুত্তা তাখিব্রিত্তে ঐ —, ইনম্মাগী খুত্তা শিজ্জরগে, শে- খুৎলায় অসি লৌ—, ঐবু কাপ্তনা হাৎপীয়ো

অসি হায়তনা ম্রিতোম্বরহু লৌথৎলগা মনম্মাদা পীরকই

— লৈবা !

— গভর্মেন্টনা ঐত্তোম্দা লহুওরিবা ব্রান্টেদকী মনা অহু মীনা কংখিগদবগী মহুৎ ইনম্মনা কংবীয়ু, খুৎলায় অসি লৌয়ো ইনম্মা --- !

— লৈনা.. !

মেলমনা মথাংদা লৈনাগী চেকেং কোনশিনগা কপ্পুই

— অঙ... ! ইনম্মানু ঙাক্তোনজুক্কো লৈজ !

— ইনম্মা !

তাঙ্গা অসিদা থপামদেনমদা লাংবা - নিংগী মথোল নম্না তারকই, মিকুপ নহম শিংলবা লৈনাগা থোঙনাওদগী য়েংখোকখিবগী উৎকই লৈকৃথিটি কোস কী গাড়ী মশিং থঙদনা যুমথক তম্না থোক্তিমরকখই। খুদক্তা লৈনানা ইপুদগী কার্ড ইনম্ন থুংলৈরকপা লৌদোক্লগা পাম্বদা থোকে ভৌই, মনম্মানা খিংলদনা

— তাইথো লৈনা ! নঙনা থম্লিবন্থ মতিক - অপা চাদে

— ইনম্মা ! হৌজিক মতম লৈত্রে ঐ লাইবক য়েংলগে

— নত্তে, লৈনা ! ফিভম অসিদা নঙগী থাহোকপা লম্বী লৈরোই, শোয়দনা থুদোং থিরগনি, থোকখিগন্নু, ইনম্মাগী নাক্তা-লৈয়ু

— “ইনম্মা .. !” লৈনাদু য়ানিংদবা উৎলকই

— অঙ ! ঐগী মাঙদা সরেন্দর তৌ

— কৈদোম্নুংদা ঐ য়েক্লবদা চঙজরোই

— লৈনা — ! নত্রবদি নঙ ! শিবা তাবে, ঐনা হিংলিংঙৈ নত্তু ফাওবা শোকহল্লোই, নঙ ! ঐগী মাঙদা সরেন্দর তৌ, ইনম্মানা হায়বসি ইল্লু লৈনা।

— ইনম্মানা ঐবু কম্বা ওম্মোই, সরেন্দর তৌরবন্থ ঐবু শোয়দনা হাংখিগনি

— লৈনা --- !

— ইনম্মা ! করিম্থ থংদবা শাম্নুনা লৈবীহৌরো, ঐ লাইবক য়েংলগে...,

মনম্মানা থাম্বা য়াদনা মহাক ক্লাদগী থোকখি,

— লৈনা — ! ও ! ঐনা হায়বা ইল্লোইব্রা ? নঙগী হিংনবা লম্বী লৈররোই, নঙবু থোকখিন্থ ইনম্মাগী নাক্তা লাওনে লৈমা — !

বেগমছ মক্কোক ভাওরকই, মথুং অনিনা মকোক পায়রগা কক্লাংদা ভাহুনা কমথহৌই। সেক্র্যুরিত্তি কোম শিংনা মাইগে থুদিং কোয়শিঙ্খ্রিবা ময়ক অহুদা ভাঙ্গা য়েংলগা লৈনাহু য়ুমগী মনিংলোমদগী কাওহুনা চেনখিরমই। তুংদা সেক্র্যুরিত্তি কোম শিংনা মহাকী য়ুমহু কোরশিন্নুনা য়েদ চখহৌই।

# ২৬

খেঙলবা গুমিদাংগী মতমনি, মরেপ নেম্বা মথুক নোয়বা মুপাহু ইশৈ ঙং-ঙংলহুনা য়ুম অমদগী খোক্লকই অহগা মহাকী কারহুদা কাখংখি, বাখন য়াম্না মুংঙাইরিবা হুপাহুনা চুরুট মচৈ অমা লোথোক্লগা মচিন্না চুপ্লহনা মহু চমথংলগা অমুক্তং শাংনা চিংলগা কামথোকই। গাড়ীহু খোনবা মহাক্না ইাত্তমহু লৈনবা হেক তৌরকপা মীকুপ্পুদা খঙহৌদনা নকন্দগী মকোক্তা নোংমৈনা নম্লকই

— লেঙগনু -, ওসিদি মঙগী সেন্নিম্নল ভারে

লৈনানা হায়রকখি, বাইহু ভাবদা মুপাহু মচিন্দা চুমিম্বা চুরুট মচৈহু ভাখিবা খঙহৌদে। লৈনানা গাড়ীগী খোঙহু চিংথোক্লগা মথা ভারকই

— নঙ! কুমথরকউ

— "ঐবু অমুক্তা ভাকপীয়ু -," মুপাহুনা

— ৱা ভাংগন্ৰু থুৱো —, থুং থাঙৎলু

মুপাহু গাড়ীদগী ৱিবনা মশাহু থক - থক নিক্লহুনা গাড়ীদগী কুম্থৰকই

— "নমায় ওস্থোকউ— চৎলো" হৈনানা

মুপাহু মথুং থাঙৎলগা তপ্না - তপ্না চৎলি, হৈনানা গাড়ীদা কাখৎলে

— মুংঙাইনা পোখাবিৱো—,

অসি হায়ৰুনা ওঙী অমা মুপাহুদা হৈনানা কাপশিনখি, মহাক চৈনা থাংহুনা লোংনা হাইখ্রে, মথংগী মিকুপ্তা হৈনানা মুপাহুগী গাড়ীহু খোঁহুনা চৎখি।

মুমিং অহুগী শেঙলবা অহিংনি, মতমহু নোংসু জম - জম চুন্থ-ৱক্লি। হৈনবা মহাক্না হায়জেক ভোৰকখিবা গাড়ীহু খোঁহুনা লাক্লি, লম্বীহুদা মহাক্না কোন্'ৰ অমা হেক হৈথোক্লকপা ভাক্লাহুদা অৱাংবা বিল্ডীংশিংগী মৱকী অথুবা লম্বী অদোমদগী খওহোদনা মুপী অমা চেংথোক্লকই অহুগা কৱিগুম্বা অৱাবা অমা ভাৰবা মাল্লবা মুপীহুনা লম্বী মৱাইদা চেংথোক্লক্লগা মথুং থাঙৎতুনা মহাকী গাড়ীহুবু থাম্লকই। মিমুংশি চাওবা হৈনানা শকখঙদবী মুপি অমা ওইৰবসু কিভমহুদা মহাকী গাড়ীহু লেপ্লমই

— খোঙ হাংবীয়ু, ঐবু কম্বীয়ু—,

মুপীহু চেনশিল্লক্লগা গাড়ীগী খোঙ খিন্দুনা মশাহু ইপা পাখৎনা তহা তহা হায়ৰকখি, হৈনানা খোঙহু হাংদোকই, খুৎলৈ থুনা মহাক গাড়ীদা কাখৎলক্লে, মুপীহু অতৈ কনা অমা নহেু ৱনজিনানি, মহাক্না তপথদনা মনিংশা স্থৰ খবেং - থবেং হোক্লহুনা হায়ৰকই

— খোৱো—, ভাৱৰক্লে…, য়াম্না থ্ৱনা গাড়ী খোৱো

— "অদোম্ৱ কনানো ?" হৈনানা

— ঐগী শক কোম্না ভাকে, য়েংও…, মহাক ভাৱৰক্লে গাড়ী থ্ৱনা খোঁবীৱো

ৱনজিনানা পাখৎনা হায়ৰকখি, হৈনানা য়েংথোক্লৱদা য়ু ভাওবা মুপা অমনা হাইৰং - তুৰং ভাৱৰক্লিবহু উৰকই, মহুদা মহাক খোইনা খো-

লাক্নবা তৌদে অহুবু গাড়ীদি থোবা হৌরমই

— "হে· গাড়ী লেপউ—, লেপউ

মপাহুনা তুংলোমদগী লাওরকখি৹ লৈনানা গাড়ীহু লেপহল্লে · অহুগা পীরার শিন্দ্রবা য়ায়া উশিত্তনা অমুক গাড়ীহু মনিং হনজিল্লক্লমই অহুগা মহাক্না রিভোল্বর শংতুনা তান্নরক্লিবা মপাহুদা গুলী অমা কাপশি-শিনখি৹ অহুগুম্বহু অমুক্তা উক্তরকত্রিবা য়নজিনাদি মমিং থুক্লগা খাঙ-জখি৹ মপাহু চৈনা খাংহুনা ভুথহৌই, পম্বরমদনা মখোয়গী গাড়ীহু থৌহুনা মকমহুদগী চংথিরমই।

\+ + + +

মথংগী মুমিংনি বজার অমদগী থন্না হাইদোক্লকপা গাড়ী পার্কিং ১মনি। লৈক্লবা পোং · চৈ থরহু কারগী মনিং থংবা থোঙহু হাংদোক্লগা চাপচিন্নে অহুগা রোহিদাহু মহাক্তৌ থবক লোইরহুনা চংনবা গাড়ীহুদা হেক কাথংকে তৌরিঙৈ তাক্লাহুদনি

— য়ারি শাথিশি…,

কদোমদগীনো থঙহৌদনা চঙশিল্লক্নুনা লৈনানা হায়রকখি৹ লৈখোক্ল-কপদা মহাক লেপহুনা লৈরম্বহুদা রোহিদা ওক্না থোকখি৹ মহাক্না মথা তায়রহুনা হংলকই

— ঐবু থঙলিব্রা ?

মমিং · মনা ইথক থক্না রোহিদা কল্লি অমত্তা থুমদনা লৈ, লৈনানা

— কাওখিরব্রা ?

— "কল্লি হায়গদবা— ?" রোহিদানা তপ্লপ্পা

— নত ! ঐগী ময়মদা পুলিসতা মেসেজ পীব্রা ?

তাইহক থম্নুগা রোহিদানা

— মহুগী ময়মদা ঐ থঙবা লৈত্তে

— ওইদবা তাংগন্নু , অশেংবহু হায়য়ু

— ঐ থঙদে, কৈদৌরবগে ?

— হে— য়ু—,

লৈনানা য়োহিদাগী মাবুক্তা কৌয়া শাফু কয়া থিবজিল্লি

— হা — আ !

অমুক্তং কয়া লাওরয়গা ময়ুক পায়হনা গাড়ীহুদা উপশিল্লগা য়োহিদাহু চৈনা য়াংহুনা লৈথি, জাল্লাসিদা জিপসি অনি মকমহুদা য়াওনা খৌজিল্লকই মহু থাম্লখি অমসুং মহুদগী কুরবান য়াওনা খুলায় মতিক-চানা পায়রবা মহাকী মীশিং খুৎলৈ থুনা চোংথমরকই, মথোয়না লৈনা তম্না নোংমৈশিং কাপশিল্লকই, থুদক্তা লৈনা পাকি ংহুদা থাম্লিবা গাড়ী ময়ামশিংগী মরমদা চোংশিনখি, য়োহিদাহু গুলীনা পান্দুনা তুথহৌরকই মকমহুদা মহাক শিরে। মশিং থঙদনা কাপশিল্লকপা য়াম্লবা নোংমৈ গুলীশিংনা পাম্বদা মকমহুদা থারিব। য়াম্লবা গাড়ীশিং কায়-তোইবা অমদি অমাং-অতা কয়া থোকপগী মথক্তা ওইদা তেঙ্কতা গুলীনা পাল্লুবদগী মৈ হৌহুনা চাল্লকপা গাড়ীসু য়াওরক্লে। কিভম কৎথিল্লকত্রবনা লৈমাহু গাড়ী ময়াম লৈবগী খুদোং চাবা লৌহুনা মহাক মকমহুদগী নাম্বোকখিনবা হোৎনরকই। মহাক্না গাড়ী-শিংগী মরমদা পাকথহুনা খুদোং চাপদবা য়েংহুনা চেল্লমই, অহুগা কুরবানগী গেং অহুগী খুলায় মতিক চানা পায়রিবা মীশিংহুনা মহা-কপু তায়-তায়হুনা কাপ্লমই মথা তারকপদা রিভোম্বর শৎহুনা মহাক্না চেয়া-চেয়া থুং হম্বা হোৎনরমই অহুবু মহাকী খুলায়হু মতিক চাদে মহুনা ওইথোক্লমদে। রনজিনানা ভাইহুনা লৈহৌরিবা মাক্রুটি ভানহ তম্না মহাক চেল্লকখি অমসুং মহুদা মবানি খুৎলৈ থুনা নাম্বো-কথিনবা হোৎনখি, গাড়ীহু য়াঙনা খৌরকখি তুংদা কুরবান অমদি মহাকী মীশিং অহুনসু জিপসি অনিহুদা তাম্লরক্লি। মুংশিংকী মাঙ থানা তায়থৎনরক্লিবা গাড়ী অনিহুগী খোঙজেল অকিবগী মশক্লি। মমৈথংদা গাড়ীগী লম্বী লোইখিরমই, গাড়ীহু হন্দোক্লমগা লৈনা অমদি ন জিনা অনিহু খোঙন' চেল্লমই। কুরবানগী লোইনবশিং অহুসু মখোঙ গাড়ী থল্লমগা তুংদগী খোঙনা তাম্লরক্লি। লৈনাগা মখোয়

অনি মাষ্টর অঙ্কলগী 'প্রাইভেট ট্রেনিং সেন্টর' দু য়ৌরক্লে মবানি মতুদা চেনশিনখ্রে। কুন্নবানগা লোইনবশিং অম্মুক মকমদু য়ৌখিল্লকই, মখোয়দু সেন্টরদুগী মঙ্গং চঙলক্লদা অঙ্কলনা খোরক্লগা

— লেপখো

মখোয়দু লেপ্লমই, চঙশিল্লক্লগা অঙ্কলনা হায়রকই

— মকমসিদা ময়াম করিগীদমক লাকপীবনো ?

— অদোমগীশিদা হুপি মচা অনী চেনশিনখিবদু ঐখোয়দা শিন্নবীয়ু

কুন্নবাননা হায়রকখি, কিভম থজিক হোংলগা অঙ্কলনা

— করিগীদমক ওইরবনো হায়বীয়ু

— "ঐখোয় মখোয়বু ভান্নরক্লিবনি" দেঙনা

— "মরমদু ঐনা থঙজবা য়াবোইদব্রা ?" অঙ্কলনা

— মরম খিগৎপিগনু। নুপী মচা অনীদু পুথোকপিন্নকউ

কুন্নবাননা থোন বাওনা হায়রকখি। অঙ্কলনা

— অদুদি ঐনা মখোয়বু পুথোকপা ওয়োই

— "মাষ্টর…! ঐবু শক থঙদব্রা ?" কুন্নবাননা

— অদোমবু থঙজৈ, মহমক ওইদুনসু মফমসিদদি ঐগী রাইট লৈ অশাওবা কন্নিমত্তা উৎতনা অঙ্কলনা তপথনা হায়রকখি, কুন্নবাননা

— মাষ্টর ! অদোমবু ঐখোয়না ইকায় খুম্নজৈ। অদুবু হায়রিবা অসিদা য়াত্রবদি পুন্নমক মাঙখিবা য়াই

— মদোমদা থোইদোক্লা থজদে। চঙজরক্লবা কনাগুম্বা অমবু ইন্থোকপা হায়বসি ধর্ম নত্তে। ঐনা ঐগী ইথৌদাং পাংথোকচবনি অঙ্কলনা হায়রকখি, শাওরদুনা কুরবাননা

— মাষ্টর ! ইমু- -াইমু তানবা পামত্রা মত্রগা পামদত্রা ?

— চঙজরক্লবা কনাগুম্বগীদমক কথোকপা হায়বসিদু ঐগী ইথৌনি অঙ্কলনা হায়রকখি, কুন্নবাননা মহাকী ওই থংবা পাম্বোম ওইন্নিবা দেভদা ওনশিল্লগা

— দেভ ! কৈরেদৌরি ?

পম্বদনা দেভনা চোংশিন্দুনা অঙ্কলদা থুলায় নমই, থুদক্তা থুলায়দু কম্থোকখ্রগা অকলনা দেভবু লেংনা তাহনখিবগা লোয়ননা মিংনা কুপ্পগী মনুংদা মহাক্কী থুলায়দু মুনখি। অহাপ্পা মীশিং অতুনা পোজিসন লৌদুনা অকলদা থুলায় থানবা কোংনরকখিবা তাঞ্জাঙ্গমক্তদা বিল্ডীংদুগী মথক্কী ফ্রবদা কৈরম্বা কৈনানা

— অঙ্কল — !

মহাক্কী ওজাবু কৌজবা লোস্তননা কৈনানা এটোমেটিক কার্বাইননা থপথরকই, চৈরকশিংগী মনুংদা চোংথোকখিদুনা অঙ্কলদু থুদোংচাগদবা মফম অমদা পোজিসন লৌখরমই। মীকত্তবশিংদু শিবা থরা অদুগা লেমহৌরিবশিংদুনা মাগী - মাগী পোজিসন লৌনদুনা খুৎ থোক্লবদু অকম্বা লানফম অমা ওইরক্লি। কৈনাগী কার্বাইনদু মক লোইথোকখিদুনা মেগজিন শিন্নগা হোৎনরিঙৈ মতমদুগী থুদোং চাবদু লৌদুনা মীফত্তবশিংদু বিল্ডীং মনক্লোবদা য়োৎখৎলকখি, হৌজিক্তা ফিভমনা কৈনাম্ব মহাক্কী পোজিসন হোংবা তারক্লে। কুরবানগী মীশিংদু হম্বা কৈত্তনা লানফমদু মখোয়না মায় পাক্লবা কন্না তকশিল্লকখি। লানফমদু অপ্পম মথা চথরমই, মরক্তুদা পীল্লর অমগী মরুমদা রনজিনানা তৌকম থওদনা কৈবদু কৈনানা উরকই, মহাক্কী রিভোম্বর লৌথোক্তুনা রনজিনাদা লংলকই, রিভোম্বরদু রনজিনানা থূরমই তৌহগুবসুং মহাক্না মদু শিজীন্নবদি হৈজরমদে, মহাক্না অমুক মদু লংথোকাখরমই। থৌদোল্ল উবদা কৈনা শাওগ্রে মহাক শাওগ্রে হায়বা রনজিনাম্ব থওদবা নাত্তে অহমকপু মিংনা য়েংবদগী হেম্বা পাওখুম পীনবগী তাঞ্জা কৈনখিদে। কৈনাদু পোজিসন্ মফম হোংদুনা চৎখিরমই। তুংদা করি তৌশিগে অপ্পম য়েংলকপদা লীকুং - তেন অমা রনজিনানা উরকই মদু মহাক্না লৌরমই। অহাম্বা তেঞ্জে হাপতুনা কাপখি মদুনা লেপ্তুনা পাইরক্লগা কুববানগী মী অমা মথবাক্তা য়ুংদুন হাংখি। মফম চাবা য়েং - য়েংদুনা লুম্নগা লানফমদুদা চেম্থোক - চেনসন তৌরিবা মী

ফত্তবশিংত্তুব্ তুমিন • তুমিন খুং • খাবগী থবক রনজিনানা তৌরি। নকল অমদা লৈনানা পায়রিবা নোংমৈত্তুগী মক কাপ্লরিঙৈ মরক্তা লোইখোকখ্রে৷ মহাক্না কোয়না য়েংলকপদা মনাক অত্তুবাইদা খুলায় অমা তাহ্নুনা লৈবা উরকই৷ পায়রিবত্তু খাদরম্লগা মহাক্না মত্তু খুন্নবা চেনশিল্লমই৷ অত্তুবু খুলায়ত্তু লৌখৎপা এংগ্লিঙৈ নকশগী মুপা অমনা খুলায়না ওভর পরায় তৌরগা

— 'ডো'ট মুভ ·, হেন্স অপ ·

মরায়বক খিরবী লৈনা করি অমত্তা উপায় লৈখিত্রে৷ মহাক মখুং অনীমক থাঙ্গৎলগা লেপখ্রে৷ মথংগী মীকুপ্তা তেগৈ অমনা থংহোদনা পায়ররক্লগা মুপাত্তুগী মকোক্ত যুংলখি মহাক হাইথখ্রে৷ মিকুপত্তু লৈনাদা য়াম্না অঙকপা অমা ওইরমই৷ মহাক্না লৈত্তুনা য়েংলকপদা লাপ্তক্তা লৌরুং • তেন অমা পায়রগা রন'জিনানা লেপত্তুনা য়েং লৈরম্বত্তুগা মিৎচানরুং, হৌজীক্তা লৈনাগী মচাৱান অ'নিত্তু নোককেৎ তৌরকই। তাঙ্গা অসিমক্তদা মপানলোমদা যামহ্না অমা খোঙজেল য়াঙনা খৌররক্লগা রোসনন্ত মফমত্তুদা থুংলখি৷ মহাক্না হেক লেপ্লগা বিল্ডীং মথক্তগী মুপা অমনা কাব'ইননা মহাক তম্না থপচিল্লকই৷ খুদক্তা রোসন মফম চাবা অমদা চোংশিন্দুনা পাকথরগা থাংই। মত্তু লৈনানা উরমই মনাক্তা তারিবা খুৎলায়ত্তু খুৎলৈ থ্নুনা লৌথৎলগা মহাক্না কাব'াইন পায়রিবা মুপা অত্তুবু টার্গে'ট তৌরকই৷ গুলীনা পাল্লবদা মুপাত্তু মথাদা ওন্থখিরমই। হৌজিক্তা রোসন্দু চোংথোক্লক্লে৷ মথক্তগী লৈনানা

— তয়াষ্ট ‥ !

প'য়রিবা নোংমৈত্তু মবুং রোসন্দা লংথখি৷ রোসননা মত্তু ওকখ্রে।

মথা চত্থরকপদা, কুরবানগী মীশিং অয়াম্বা শি'খিবগা লোয়ননা ম'খোয়গী নোংমৈ মরু'শি লোইশিল্লকপগা'মপাঙ্গল য়াম্না শোম্বরকপা তাঙ্গা লাক্রে। মখোয়না অফং অফংবা থাঙ অমদি য়োৎচৈনচিংবা খুলায় ওইনা শিজিন্নবা হৌরকই। হৌজক লৈনা খুলায় অমত্তা

পায়দনা চেল্লকই থওহৌদনা কুরবাননা মহাক্তী মাওদা থংচিল্লকখি, ঝিত্তোম্বর অমনা ওভয় পরার ত্তোহনা কুরবাননা

— লেওগমু নুপী !

ওাইহক চওক্করগা লৈনানা হায়রকই

— ঐগী ব' ত্তাখো

— ঐত্তোন্দা নওগী হায়নিংবম্মু লৈরম্লিব্রা ? হৌজিক নওগী অরোইবা মতম নক্লা লৈরে

— হোয়, হৌজিক ঐ শিরগনি

— মহুদি নও থওদি -- ?

লৈনাগী বাহৈহুনা কুরবানবু মিকুপ থরদং হয়াওনা নোকহনখি চৈরকশিদা লৈনানা মহাক্তী ক্লাই চেন্দু তপ্পা চিংথরমই অমম্নং কুরবাননা মহুদা মিংয়েং থক্কপম্নু মহাক্লা ওাইরমই, কুরবানগী মীংয়েং চোইরিঙৈ ত্তাম্লক্তুদা থওহৌদনা লৈনা মশাহু চোংথংলগা মিংনা কুপ্পগী মনুংদা কুরবানগী মথুত্তগী থুলায়মু নকল্লোমদা থাদোক্তুনা ত্তাহনখি। মথংদা মবানি অকম্বা কাইট ত্তোনরমই। শারেং - পাম্বোম কবা কুরবানবু নমথবা অরাইবা ওইখিদে। খোওকম নানখিবা অমদগী মথুংনা য়োংকি ফ্রেমদা য়ালহৌরগা লৈনাগী মশানা মথারোমদা ওম্বরক্লমই, য়াল্লিবা মথুক্তুদা কুরবাননা হঞ্জিন - হঞ্জিন নেংখায়হুনা চৈনা পীরমই, লৈনা বানা থাওলমই। ত্তাঞ্জাশিদা রোসন য়োশিল্লক্লে মহাক্লা কুরবানবু থুলায় শীংলক্লমই অহুবু কুরবাননা চোংশিন্দুনা অনীহু থুলায়হুগা লোয়ননা কোম্লহনা নম্মরকই, ওাইহক নম্মরবা তুংদা মহুদগী কুরবান মাম্বোক্তুনা চেনখি, রোসননা মহাকপু ত্তামখিরমই। তুংদা ফিভম চারুত্রবী লৈনা বানা হোংনহনা কাথংলকই, মতমশিদা মী কত্তবা থরনা লৈনাবু কোয়শিল্লকখি, থাও - য়োং য়াওনা মখোয়গা লৈনা মথন্দগা অকম্বা মওংদা কাইট ত্তোনক্লগা মথং - মথং মখোরবু হাংলমই, অহুবু লাইবক থীবদি অরোইবা মুপা অহুনা লৈনাগী মবুক্তা য়োংচৈনা কম্বরকখি, লৈনাহু চৈনা থাওবা ওমত্রহনা মবুক পায়রগা

তুথরকখি অমস্তং শিড়ী দা ওস্থখিরমই। ফিভর অসি উয়কপদা য়নজিনানা চেমবা হোৎনরিবা মুপাচবু মহাকী তেম্না কাপ্লক্লুনা হাৎখ্রে। মথাদা ওস্থরক্লবী লৈনা শিডীগী মখোঙদা ফমুগা চৈনা থাঙ না কপ্লকই। করিগুম্বনা তমজকবা মহৈহুনা চাংলাইগুম ওইজরবনু মহাকসু মুপীনি থোং-নৌবী হকচাংনি, হৈরাং-লৈরাংগুম্বীনি।

— লৈনা--- !

য়নজিনানা চেনশিল্লক্লুনা লৈনাবু কোনশিন্বীরখি, কিজীনা মহাকী পীরাংসু তৈথোকশিরমী, অনিহু হৌগৎলকহৌরে।

নকল অমরোমদা, রোসননা কুরবানবু শাখিবা মওংদা ফুগায়রমই। মমাই-মমিৎ ইহৌং-নাহৌং শারবা কুরবাননা মনাক্তা লৈরম্বা লিক্লী অমা থুগায়রগা মহু পায়হুনা রোসন তম্না হোৎচিল্লকই মহু ঙাক্লবা হোৎনবদা রোসনচু মথুত্তা শোক্লে, মহুগী খুদোং চাবা লৌহুনা অমুং-কসু মহাক রোসনগী খুত্তগী নাম্তোক্লনা চেনখিরমই।

লানফমহুদা মাষ্টর অঙ্কলগী মথৌনা মম্নিংজেল অমদি হৈ-শিংবা থাগৎনিঙাই ওইবা মগুনশিং চপ-চানী উবা ফংই। লোইশিল্লকপা তাঞ্জাসিদা নকন-লুম্নরগা মহাকা পানহুনা কাপ্নরিবা দেভগী নোংমৈ মরু লোইথোকখিরমই। মহুদা উপায় লৈত্রবা দেভনা হায়রকই

— মাষ্টর !

— “হায়য়ু” অঙ্কলনা

— এগী গুলী লোইরে, খুং হাংলবা মী অমদা খুলায় থাবদি মাষ্টর অমা ওইনা গুন হুম্থনিংঙাইনি, খুৎলায় থাদোক্লশি

— য়েশ, নহাকী অপাম্বহু য়াই, ঐ খুলায় থাদোক্লে, ওপন চে-লেঞ্জ তৌনশি থোক্লক-ও

— য়েশ-মাষ্টর !

অসি হায়হুনা অনীমক থোক্লরগা চঙশিন্নরমই, অহুবু মবুক ফত্তবা দেভনা খঙহৌদনা থাঙশাং অমা শংলকই, মতৌহুদা অঙ্কলনা

— দেভ ! হায়নখিবা রা ঙাকত্রব্রা ?

— মাষ্টর… !

অসি হায়দুনা মৈভত্থ শাংনা - শাংনা নোকথরমই। খুৎলৈ থুনা অঙ্কলনা চোংশিন্দুনা লেভব মৈৎথুনা থাংথ মুলি৹ দেভনা হৌগৎলকপদা

— ত্রাই এগেন...,

অসি হায়দুনা অঙ্কলনা থাংথ লংশিল্লি, দেভনা মথ ওক্লগা অঙ্কল তম্না হোৎচিল্লকই৹ খুঁদক্তা মথ ব্লোক তৌরগা অঙ্কলনা থাঙথ মুল্লে অমসুং মহাকপু মৈথৎখিরমই৹ হৌগৎলকপদা

— এগেন—৹

অসি হায়দুনা অঙ্কলনা অমুকসু থাঙথ পীশিল্লী৹হন্দক অমুক্তি দেভনা অঙ্কল তম্না থাঙথ লংশিল্লকই৹ মথ মঙ্কলনা ফাগ্লুনা ওল্লে অদুগা লংথোকখি।

— দেভ! য়োর লাষ্ট টাইম -.

অঙ্কলনা ক্লাইং কীকনা দেভব থাজিনখ্রে৹ ঁকীক অদুদা দেভথ মকোক ভাঙথুনা লৈখি৹ মথা তারকপদা মহাকপু ইচৌং - নাইচৌং শাবমখৈ অঙ্কলনা ফুগায়রগা মখোরিদা কাওশিন্দুনা হাৎলি৹ মহাক ঈ ওয়রদুনা শিখি।

নকল অমরোমদা হৌজিক কুরবান মথন্দমক ভাইরে৹ রোসননা এ৹কে অমা পায়রগা মহাকপু ক খুদিংদা চেকশিল্লা খিরমই। তাল্লকশিদা

— "রোসন – !" রনজিনানা তম্মা

তুংলোমদা চঙলকখিবথ থঙহৌদবনা নক্কা লৈরম্বদা হোট ব্লডতা লৈরিবা রোসননা হৎ লৈথোল্লক্ত্না নোংমৈ মচীনথ ওনশিল্লকখি রনজিনাদা৹ মহাক ওইরম্বদুদা

— "রনজিনা — !" রোসননা

খুৎলায় থাদরগা মবামি চেজেৎ কোনশিল্লকই "তাম্নকুরে কুমজা কয়া লাংচখিবনি থম্মোইদুংদদি মুং শিবা নভব" মনাক অদুরাইদা লৈরম্বা মচন মুপী লৈনাথ মভোদুদা ইকায়জরদুনা মমাই লৈথোকখি। মিকুপ থরাগী মতুংনি৹ লুমদুনা লৈরম্বা কুরবাননা থঙহৌদনা পায়রিবা কাব'া-

-- -----মাষ্টর অঙ্কলদা থগাচিল্লকখিয়মই

— "অঙ্কল -- !" লৈনানা

থোৌবৌত্থদা মথম্মোয় কায়রবী লৈনানা মহাক্কী ওজাবু কৌরহুনা চেন-শিল্লকই, গুলীনা মশিং খঙদনা পালবা অঙ্কলবু লৈনানা কোনশিন্দুনা মহাক্কী মতম্রাক্তা হিপথল্লমই।

— "কুরবান--- !" রোসননা

মনজিনাবু ইস্তোরম্নগা রোসননা এককেতু পায়রগা কুরবান তম্না হোৎ-চিনখি, কুরবান খুলায় হন্দোক্লম্নগা মপানলোমদা চোংথহুনা মামহা অমা থোরগা মেকমত্থদগী নাম্বোকখি, রোসননা মনাক অত্থরাইদা লৈরম্বা অঙ্কলগী শাগোল অমগা মহাকপু তানখি।

শোমদনা মনজিনাসু চঙসক্নুনা অঙ্কলগী নাক্তা কল্লরি, লৈনানা

— অঙ্কল !

— লৈনা— ! কিল্ডদা হুমাং তাখিবা অত্থনা ওসি নহাক ঈমক্তী তাদ্রেদনা---,

মানা - চৈনা খাওলিবা অঙ্কলনা হায়রকখি

— "অঙ্কল— !" লৈনানা

— চৎলো, নহাক ঐগী হাত্রনি, ওজাগী মিৎ অনীশিনা তুমগ্র-মসু অচুম্বগীদমক নীংহল্লগনু, ওজানা তম্নীখিবা বিদ্য অত্থনা নহাক মায় পাকচবা ওইয়ু—,

— "অঙ্কল— !" লৈনানা

লৈনাহু কপ্লকই, পুন্সিগী অরোইবা মীকুপ যৌশিল্লক্লবা অঙ্কলনা চৈনাহু মানা খাওলহুনা

— "কপকনু --, থবাই শোম্বগনু, অচুম্বগীদমক নওনা মলেমসিদা 'অচুম্বা লৈই' অমা চিংলমথো— !

মসিগা লোয়ননা অঙ্কলগী মমিৎ অনীহু মতম চুপ্পগী ওইনা তুমশিনরে

— অঙ্কল -- !

অরোইবা ওইনা মহাক্কী ওজাবু কোল্লগা থম্মোয় কায়না কৌজরহুনা লৈনাহু কপ্লকই। মনজিনানা লৈনাবু মখুৎ পাল্লহুনা চিংথংলমই, মিৎলু

অনীগী পীরাংনা মহাক্কী ওজবু বিদাই পীরম্নগা মবানি মকমত্ত থাদোক্লক্লে

নকন অমরোমদা লম্বীদা কুরবানহু মহাক্লা থৌরক্লিবা গাড়ীহু তুশিন্নরমই, মহুদগী হৌগৎতুনা গাড়ীহু হুন্দোক্রম্নগা মহাক মথোঙনা চেন্না চৌরকই। মতাংশি মৌরকপদা রোসনহন্থ শাগোলদগী কুমথরগা এ-কে রাইফলহু থঙৎতুনা লোইশিন্নগে মতাঙুম কুরবানদা এইম লৌরকই, তাঙ্গাশিদা কার অমদা লৈনা অমস্তং রনজিনা অনীহু মক-মহুদা থুংলরে, গাড়ীহু থুংলৈ থংনা থাক্লগা লৈনানা লাওরকই

— তরাই—! ঙাইথো

লৈনাহু চেনশিন্নকই অতুগা মবুং হোসনদগী খুংলায়হু লৌরগা চেল্লিবা কুরবানদা

— কুরবান…!

থরাই হিংলগনি থম্না চেঞ্জরম্বা কুরবানহু নোকফেৎ তৌরগা লৈশিন্নকই, অহুবু মহাক্কী মীনোক্কু কুইথিরমদে, নোংমৈ থঙৎলগা লৈনানা মহা-কচোম্না এইম তৌহুনা লৈরমহু উরকপদা শকফম ওনখি। মথংগী মিকুপ্তা লৈমানা কুরবানগী থম্মোয় মপাদা গুলী অমা কাপশিনখি, লৈমাগী নোংমৈ গুলীনা পাল্লবা কুরবান লৈমাইদা হাইথখ্রে। মতম-শিদা মীওই থরগা বেগমহু অঙৌবা মচুগী কার অমদা থংলখি

— "ইনম্মা!" হরাওনা নোক্লগা লৈনানা

— "লৈনা—!" বেগমনা

লৈনাবু ঙাইহক কোনশিন্দীরম্নগা অমুক বেগমনা

— রোসন!

— "ইতৈমা!" রোসননা

রনজিনাদা ঙাইহক য়েংলুরগা মশক থঙত্রহুনা বেগমনা হংলকই.

— মহাক্কী কনানো?

— ইনম্মা! মাবু থঙদত্রা—?

লৈনানা নোকখি - নোকখি তৌরহুনা হায়রকখি, মহাক্লা রনজিনাদা অমুক মবুং রোসনদা অমুক য়েং তৌহুনা থিক থিক নোক্লকই, রনজিনাদি

ইকায়জরহুনা মরু লুম্বাখি। তাঙ্গাসিদা শিরম্লথবা কুরবান রিভোম্বর মচা অমা শংলগা খঙহৌরবা ওদো অমা কাপশিল্লকই৹ মহু লৈনাদা পাল্লে

— "আ... হা" লৈনা

চৈনা থাঙলহুনা মহাক্লা তুথরকপদা মনম্মা বেগমনা কোনশিন্নীরগা মতম্বাক্তা হিপখহল্লি৹

— কুরবান! য়োর লাষ্ট টাইম...,

থুংলৈ থুনা এ-কেহু লৌখংলগা রোসননা মেগজিন্দগী মরু তোংবমথৈ কুরবানদা কাপশিনখি৹ গুলীনা মশীং খঙদনা পাল্লবা কুরবান মী ওরম্লগা মমিং অনীহু মতম চুম্লগী ওইনা তুমখ্রে। বেগমনা মমিংতা পীরাং শিন্থরহুনা

— লৈনা—!

— ইনম্মা! নচনবু কাকপীয়ু, মতম • মতমহুগী ওম্রবা হোম্বদা ইনম্মাদা ওইদবা কম্না ঙাংখি, ঐবু ঝারেীবীগনু৹ ঙসিদি ঐগীসু নুমিৎ শুরেদো৹ পুন্সি অসিদি মশি ঙাক্তনি

লৈনানা হায়রকখি৹ বেগমনা

— লৈনা...! ইচন লান্দে, ইচন লান্দেনে

— "তম্নাই! লাও" লৈনানা

রোসন মচনগী নাক্তা নক্লা ফম্লমই, রনজিনাগী মখুৎতু পায়রগা মবুং রোসনগী মখুৎকা লৈনানা পাযনহল্লহুনা হায়রকই

— পুন্সিগী থাদোক্লগনু কো

— "লৈনা ..!" রোসননা য়াম্না নিংঙমদনা

লৈনাহু মমিং অনীদা পীরাংনা খুমহৎলহুনা ঝানা চৈনা থাঙলকই৹ পূম্নমক লৈনাবু কোল্লগা পীরাং শিন্থরক্লে

— "লৈনা...৹ লৈনা!

ঙাইহৈক ঝানা চৈনা থাঙলম্লগা লৈনাগী মমিং অনীহু মতম চুম্লগী ওইনা তুমশিনখিরমই

চৎখ্রে মহাক্তী তাইবঙ পাম্বা অসিবু থাদোক্ত্না কপউ থম্মোয় পেম্না কপউ৹ অসুক কুইবা মতমসে তুংশিন্দুনা থম্নকখিবা পীরাং নঙসু ঙসিদি শিন্থজরে ননীং - তম্না। অচুম্বগীদমক থৌনা ফবী নহাকী নফমদা মিংকী পীরাংনা কৎচারু "শ্রদ্ধাঞ্জলি"

লোইজরে!

NEXT NEXT

# অয়োন্না পীরাং

Sentimental Love Story of a call Girl with AIDS

অইবা ঃ

এমঃ কেঃ অজমির